**DHARMAGI LANGTAI** a courtyard play (Shumang Leela) by Panthou Laioiba, Wangkhei Hijam Leirak, Imphal, Published by Dr Th. Munindro, Khurai Thangjam Leikai, Chingangbam Leirak, Imphal East, Manipur in 2011.



অফোঙবা : থাংজম মুনিন্দ্রো, খুরাই থাংজম লৈকাই, চিঙ্গাংবম লৈরক, ইম্ফাল ইষ্টতা লৈবনা ইমা লৈশেম কলচরেল ইন্সটিট্যুটকী মহুৎ শিন্দুনা ফোঙজবা।



মখুম : অইবা মশা
অহানবা ফোঙবা : ২০১১
মমল : লুপা ১৫০/-
ফংফম থোকপা : অফোঙবা

কোপি মশীং : ৫০০
ফংফম : রাজেশ বুক, গভর্ণর রোদ, ইম্ফাল, জোব সেন্টর, বাবুপাড়া, ইম্ফাল, অফোঙবা মশা।



নম্ফম : ঐস্ত্রা ইন্টরপ্রাইজেস, কৈশামপাৎ, ইম্ফাল।

# পুনেমজরি

ৱাখলগী তরঙগী লৈকোল্লক্তরা
পূক্লিংগী ইহুল্লক্কী লৈকোলদরনে
মীন্নাগী লৈতেংগী লৈচল্লা ?
ইহুল্লক্কী পূক্লিংগী মমিরনে
পুমশুম শুমহৎলেনে থম্মোয়সে
ঙাওরেনে মীওইপোক ঐতবু
কৌরগেনে লৈয়েংসিগী খোঞ্জেলসিনা
হাদ পম্বৌ, হাদ পম্বৌ লাইওইবা !
মণিপুব ইমাগী তম্পাকথক্কী লনকৈনি
চেক্তবরুবা ৱাহৈগী ঈচেল
ওইহল্লিনে মিকপসিদা সনাগী লাইজ
ওইরক্লিনে মীৎযেংসিগী লুপাগী কোঙ্গোল
লোযনাইদ্রবা চৈচৎকী লংলানি
পুন্সিনবিববদা মীওই কযাগী থম্মোয
চবৈ অদুগী নাওযোম ফি
মান্নৈদকো খল্লিদকো পূক্লিংসিনা
লনকৈগী মযাইগী মঙাল
ফংজরুরবা মীৎন্নাসিগী মীৎযেংনা
লাম্বোল্লুগে মপাসে থাংঙমদ্রেনে
নীংশিংলরোই মিকুপ কাউঙমদেনে
ইপাঙ্গলগী ইথৌনানা ঈপাক্ত থোংবু শাদুনা
পূক্লিং অসিনা নৌবেল ওই
হকচাংসিমক্লা হীরেল ওই
য়াইবীরেল অসিনা হীথক্তা তোং
খোঙদোইজরক্লিবা নচাবু থৌজানবীয়ুকো
পুনেমজরি য়াইবীরেলসিমক্লা
কোংয়াং চৈশু তীংনা তাবগুম,
হাদ পম্বৌ, হাদ পম্বৌ লাইওইবা !

ইম্ফাল,
তাং ২৯-০৩-২০১১

*তোল্লবা নচা*
ববা ডা : থাংজম মুনিন্দ্রো

# ৱাহৈ খরা



মীওইবা খুন্নাই অমা লিংদুনা ঈংনা চিক্না হিংমিন্নবদা অফবা লীচৎ শাজৎ লাইনিংলোনগী অচেৎপা লীপুন অমনা লাকশিনবা হায়বসি অচুম্বা অমনি। অদুবু হৌজিক্কী মীওইবা হায়বসিগী ফুরুপশিং অসি অসুক্কী মতিক তমথিরে। মশাগী অচুম্বা লীচৎ, অচুম্বা লাইনিংলোন, মীওইবা অমা ওইবগী মশাগী ফজবা মনাৎ কয়াশিং অসি মথন মথন্তা কায়হনজদুনা য়াম্না মাগু তাকহনজগ্রে। মসি হোংলক্লিবা মীওইবগী চাওখৎ লমজেল অসিগী খুদোল অমগুম্না মতমসিগী মীশিংনা লৌনরি। অচুম্বা লাইনিং অফবা লীচৎ হায়বসি হৌজিক্কী মীওইবগী মরক্তগী শিখ্রবগুম তৌরে। ঐগী কাণ্ডলুপকী ঐগী লাইনিংগী ঐগী ঐগী হায়বসিদা মীওইবা পূম্নমক ঈরাক্লদুনা লৈরে। মসিনা অপূনবা খুন্নাইগী মীওইবগী ফজবা মশক পূম্নমক মাঙহনগ্রে। মসিনি হৌজিক্কী মীওইবগী অৱাবা। অদুবু অৱাবসি কমদৌনা কোক্কনি ? মাগী মাগী লাইনিংলোনগী অমদি চৎনবীগী মরুমদা মীওইবনা অরানবা কয়া তৌরি। কাণ্ডলুপ অমনা অমবু অচৌ-মচা, অমাং-অশেং খায়দুনা লাইনিংলোন অমদি চৎনবিগী মিংদা খৎনরি, চৈনরি, তুহৎনরি অদুগা শিমিন্নরি। অমরোমদা মসিগী মরক্তা অরিবা চৎনবি অরিবা ৱাখল্লোন কান্নদবা থাজনবি কয়ানসু অসুক্কী মতিক মতেং পাংশিল্লি। মহৌশাগী অরিবা লোনচৎশিংনা হৌজিক্কী হোংলক্লিবা য়াওলশিংগা মুক্লদুনা চৎলি। মসিদা মীওইবনা মতমগী লাংওন লংদাইগী অৱাবা কয়া খাঙলি। অৱাবসি নোংম-নোংমগী অসুম হেনজিল্লক্লি। লুরিবদি মসিনা মীওইবসি নোংমদি মালেমগী লৈমায়দগী মুৎখিবা য়াই। শক্তম অসি কয়াদা অকিবনো! অদুনা 'লাংওন লংতাই' লীলা অসিদা লাইওইবা পল্থৌনা হায়রি হিংমিন্নৌ, নুংশিনৌ, পূন্না হিংমিন্নবা নুংশিনবা হায়বসিনা মীওইবগী লীচৎ পূম্নমক্তগী, লাইনিংলোন খুদিংমক্তগী অথোইবনি।

চৈচৎ ২৬, থাংজ, শজিবু ২০১১

ডা. রাজেন তোইজাম্বা
*এসোসিয়েট প্রোফেসার*
মণিপুরী মশঙ
মণিপুর তাইবঙ মহৈকোল

# ৱাহৈ অমনীদং



## থৌজানবিয়ুকো পন্থৌ

চাওখৎলবা ঙসিগী তাইবঙপান অসিদা মীওই খবনা শেমজবা অমাং-অশেংগী অচৌবা লান অসিগী ৱাবোইশিন অমা লাইবিক অসিনা পীরি হায়না খঞ্জে। ৱাথোক খূদিংমক্কী ৱাবোইশিন লৈবগুম্না তোঙান তোঙানবা ধর্মগী অমাং- অশেংগী পীকপদি মাল্লগা মযাইদি কল্লবা ফৎত্রবা চৎনবি অসিগী শক্তি লৈরবা তইং- তইংবা ৱারোইশিন অমা পূম্নমকপু নুংশিবগী লীপুন্না পুনবা পামজবা পন্থৌনা লাইবিক অসিদা পীবিবি। মসিমক ঙসিগী তাইবঙপান অসিদা লৈবিবা তাইবঙ খূদিংমক্কী মফমদা পন্থৌগী মমল নাইদ্রবা থৌজান্নি হাযজনীংই।

লাইবিক অসিগী মাপলশুবা উৎপা মতাংদা পন্থৌনা তাইবঙ ওইবা খূদিংদা থৌজালবিনীংবদুমক মযেক শেংনা নৈনদুনা উৎপীবি। লাইরিক অসিদা অমাং-অশেং হাযবা অমা তোঙান্না লৈতে। নুংশিরবা লৈরাংগী লৈনম, নারক্তা শাৎপা কেতুকী নারক- মোংশোং লৈতংকাই হায়নখিদেদো শীঙেল লৈ। নুংশিবা হায়বা লৈনুংশি ধর্মগী শাহুমলক্কুদা ঈচেল থৈখিদ্রেদো লৈরাংলৈ। নুংশিবগী হৌরকফম ওইবা লৈরাংলৈ তমজবা মীওইপোক ঐখোয়সে অমাং- অশেং খায়দনা নুংশিগী লীপুন্না পূনশিল্লি। মরম অসিনা পূম্নমক্কী মরূদি 'নুংশিনবা' হাযবসিনি হায়বা মমল নাইদ্রবা পাউজেল অমা মচা-মনাইশিংদা পন্থৌনা থৌজানবিবি। লাইযেক্লোন্দদি মীতারে। লীলালক্তদি মীংথোল্লে, মীৎযেং কুম্মৈ নৎতেনে। লীক্লুগী লৈচল মযাইনি। পুন্সি তৌরাং চৈশুনি। ৱাহৈরোলগী মযাইসে খুঞ্জিনমিন্নসিনে মীওইবা ঐখোয়সে অমুক্তং। লাপথোকপা হৈবা নাপলনি। নুংশিবা হৈবা অঙাওবনি। লাইচুরবা লাইয়েক মযাইসে ঐগীদি য়েনীংথানি য়েনীংথা।

তশেংনমক লাইবিক অসিনা অফবা চাওখৎপা মান্নবা সমাজ অমা শেমগৎলকপদা শুকশোয-শোযদনা চাউরবা মতেং ওইরগনি। হৌবক্লিবা তুংগী মীরোলবু ধর্ম্মগী অখূবা মীৎয়েংগী লাংদগী নাম্থোক্লুনা অচুম্বা অফবা ফিদম্লিংঙাই ওইবা মান্নবা তাইবঙ অমদা হিংজনবগী লৌশিংগী পূক্কেগী মশক ওইরবা অসিগুম্বা লাইবিক কয়া কয়া মথং-মথং মচা-মনাই ওইবা তাইবঙ ঐখোয়দা লেপ্লা লৈতনা থৌজানবিনবা পদ্মৌগী খূয়াখাদা থৌনিজরি।

তাং ১২।৪।২০১১
শজিবুগী ৯নি পানবা

ডা তোইজম তম্ফা
*এসোসিয়েট প্রোফেসার*
মণিপুরী মশঙ
মণিপুর তাইবঙ মহৈকোল,

# পম্বৌ থৌজানবিয়ু

## থৌগনজরিবা নচাগী পূক্লিং



অহৌবদা লাইওইবা পম্বৌবু খুরুমজরি । লাইওইবা ইপা পম্বৌগী "ধর্ম্মগী লংতাই" হায়রিবা লাইরিক অসিগী মবমদা ব্রাহে খরা ফোঙদোকচরিবা নচা ওইবা ঐগীদি মপান নাইদনা নুংঙাইজবনি।

লাইরিকসিগী লমদা ফোঙদোকচরিবা ঐদি সাহিত্যগী মীসু নৎচদে। নত্তে হায়রিবা ঐসু লমসিদা নকশিল্লুদবনা লাপতক্লা লৈজরুবা ঙসিনা অমুকসু নকশিঙ্গরক্লবা। চুম্নতগী সমাজ অসিদা থোকখিবা থোকহন্নিংদবা থৌদোক-ব্রাথোক ময়াম অসিদা ব্রাজবা মীশক অমনি।

লাইওইবা পম্বৌবু অমসুং পম্বৌগী মমল নাইদ্রবা মীওইবদা পীবিবা যাইগী মশক ওইরিবা লাইরিকসিবু মশক খঙবা অরায়বা অমদি নত্তে । মসিদি য়াম্না লুবা অমদি পুকচেল শেংনা কখোকপা চঙবা শিল্পা অমনি । ইশামক্তি ইতিং তিংনা লাইওইবা পম্বৌবু নিংজবা মীশক অমনি। ইপাবু মশক খঙনবা হোৎনজবা অমদি ইপাবু মশক মপুং ফানা খঙজদ্রবা মীওইবা অমনি ।

ঐনা ইপাগী মরমদা খঙজবা খরদং পঞ্জবা তারবদি ইপা পম্বৌ মীওইববু অচৌ- পীশক খায়দনা, লায়রবা-ইনাকখুনবা খায়দনা নুংশিবা, মীওইবগী য়াইফনবদা খঞ্জরিবা মীওইবা লক্তা লৈবা লাইওইবা মীনি। নোংমগী মতম অসিগী শরূক খরদং পোত্থাবগী মতম লৌরগা অরেম্বদি মীওইবগী য়াইফনবগীদমক কখোক্লবা লাইওইবনি । ইপা পম্বৌদি মপুং মরৈ ফারবা নাৎকী অমসুং মৈতৈ কলচরগী মহৈ লোইশঙ অমগুম্বনি । হীরম অসিদা ব্রাহং খুদিংগী মীওইবদা পীবা মপুং ফাবা পাউখুম লৈ । ইপানা পাউদমবিবদি অব্রাৎপা য়াওদবা লোয়বা নাইদবা য়াইগী ঈফুৎকুম্বনি । মীওইবা ঐখোয়না খুনজিনবা ব্রাৎপা অমসুং হৈতবগী ব্রাদনি ।

ইপা পম্বৌগী "ধর্ম্মগী লংতাই" হায়রিবা লাইরিক অসি অতেনবা মতমগী মনুংদা অচিনবা পুংফমগী মরক্তা ইপা পম্বৌগী ৱাখল্দগী চেস্তুরকপা য়াৱাগী ঈচেলবু লাইফমগী ইচা মেমচা (ময়ামগী ইচে মেমচা) না খুনজিঞ্জদুনা 'ইমা লৈশেম কলচরেল ইন্সটিট্যুট'না লাইরিক ওইনা পুথোকপীবনি ।

লাইরিক অসিদা সমাজ অসিদা থোকপা থৌদোক- ৱাথোক অমবু য়াম্না শেংনা ইমাঙদা থোকপদৌনা যেকই । ঙাঙনরিবা ৱাহৈ- ৱাতা কাচিন-কোয়া য়ৌই৷ য়াম্না ফজন৷ নান্না চৎলি । ইমাঙদা থোকপদৌনা তৌই । ফজে, তাবদা নুংঙাইহল্লি, কপহল্লি, নোকহল্লি। ইপাগী থৌজাল্দগী লাইরিক অসি ইবিঙে মনুংদা খুমনগী পুংফমদা ইপাগী য়াথংদগী লাইফমগী ইচে মেমচানা তাংকক নাইনা পাদুনা লাইরিক অসিগী মহাউ- ফংজহৌই । শক্তম লাংলিবশিংনা ফোঙদোকলিবা অসি মপুং ফাই । মতাং অসিদা ঐঙোল্দা ফাওজবদি পম্বৌদি থোঙ্গাল ৱাংমা লানথেক্তবা লাইওইবনি৷ অসুক ফজখ্রবা শক্তম লাংলিবশিংবু মতৌ কবম্না য়েকলিবনে' ৱাহং অসিগী পাউখুমদি মী মরক্তা লৈবা লাইওইবা মী ওইবনা ঙম্বনি হায়বা অসি নত্তবা পাউখুম অমা থোরকউ হায়বা য়াদে। কয়াদা মমল য়ামখ্রবা মীওইবা লক্তা লৈবা লাইওইবা পম্বৌনা মীওইবদা পীরিবা দান ।

লাইরিক অসিবু পুথোকপদা মরুওইবা থৌদাং লৌবিখিবী লাইফমগী ইচা মেমচাবু থাগৎচরি। মতেং পাংবীখিবশিং মরুওইনা বনানগী অশোয়-অঙাম য়েংবিখিবশিং শ্রী রাজেন তোইজাম্বা অমদি ঐগী ইনাওনুপী শ্রীমতী তোইজম নিঙোল ৱাইখোম ওংবী তম্ফা দেবীবু থাগৎচরি। লোয়ননা লাইরিক অসিবু নম্বীখিবা ঐজ্ঞা ইন্টরপ্রাইজেসকী প্রোপ্রাইটর শ্রী কে. নিলাচন্দ্র শর্ম্মগী মফমদা তৌবিমল খঙবা উৎচবি। লাইওইবা ইপা পম্বৌগী ময়েক্তদি বনানগী অশোয়বা অরানবা য়াওখিদে অদুবু খুনজিঞ্জবা ঐখোয়না ৱাৎপদগী য়াওখিবা অরান- অহুইদি মথংগী খুৎনমদা শেমদোকচগনি।

লোয়শিল্লকপদা "ধর্ম্মগী লংতাই" হায়রিবা লাইরিক অসিনা হিন্দু ধর্ম্মদা খম থেংনা ফজনা চৎলিবা বামোন ইমুং অমদা মৈতৈ নিঙোল পুকচেল শেংবী অমনা মকুবোক অমসুং মনেমবোক্কী থম্মোয়বু নুংশিবনা খুদুম চন্দুনা ধর্ম্ম অনীনা নুংশিননা তিন্নখিবা সমাজ অসিদা থোক্লিবা থৌদোক অমবু ময়েক শেংনা তাকই হায়বা ৱাফম অসি থমজরি।

| | |
|---|---|
| তাং ১৩।৪।২০১১ ইং | ববা ডা. থাংজম মুনিন্দ্রো সিংহ |
| শজিবুগী ১০নি পানবা য়ুমশকৈশ | পিঐচদি (ইকো.) |

পন্থৌগী

# "ধর্ম্মগী লংতাই"

মীংথোল্লকসিদা পূক্লিং চীংশিনবিয়ু পাবিরিবশিংগীদমক:

লাইরৈপাক্কী খুৎশেম, মপু মাগী থৌশিল লীক্লম কয়াগী ঈচেল্লক্ত, ঈরোং খূদিং লাইজগুম তুথুপ খূদিং ঈরৈগুম অনৈবগী ইপোম লাইজদো, অরূবগী ঈচেল লাইজনা ঈথক হৌনা মপাল শা ওইরল্লেনে মীওইপোক্কী পূক্লিংলোল লাইজ নহাক্কী শক্লেগুম মী ওই মপোকসু ৱাৎলমদ্রে। অখণ্ডবনা তুংদা ওই, খণ্ডদবনা মাঙদা থা, অখণ্ড- খণ্ডদ অনীদি, মালেমগী ফম্পাক্কী লৈচল লৈতেং, পূক্লিংলোলগী পাউখোংদো থম্মোয়নুংগী মৈহৌ ৱামৈগুম মৈচাক্লরি, মৈরি থোক্ত ৱামৈনি মৈশা ফংদ মৈচাকনৈ মৈরি মপাল থোক্লক্লে। ধর্ম্মগী ঈচেল ওইরক্লে মৈতৈ বামোন অনীসে, নক্লা পোলাংখোক ওইনৈদো মফি মাবু লৌশিল্লমদাই মীকুপ খূদিং মীৎয়েংনা লীরুং তেন্না কাপ্লেদো থম্মোয় কীশি থাংনৈদো। হিন্দুগী ধর্ম্ম- মৈতৈগী লাইশোল অনীসে মাংঙি হায়বা খোম্থোক মহায়নৈ, নখূৎ চাদে মখণ্ডহন মৈতৈ নহাল্পু মাংঙিদো বামোন হিন্দু ঐনা শেংঙিদো। হিন্দু লৈপাক হায়নদে বামোন পুংলেন শোন্নদে মৈত্রবাক লাইরৈপাক লাইগী পুংলেন হায়নৈদো ঈচেল ঈরোং কল্লিদো অনৈবা অরূবা অনীগী ঈচেলদো ঈতুংকোমদদি পুল্লেদো লাইশোল মীংখে মান্নৈদা লাইনিংথৌ থৌগল চৎমিন্নে য়ুমথোং খাদিং কাউনদে। মৈতৈ বামোন অনীদো লাইনিংথৌদি লাৎচৈদো। লাইগী মচা ওইবা ইনাক্তদি পূল্লেদো কনানা মাংগনি, কনানা শেংগনি ? নুংশিবগী মফমদদি মান্নৈনে চপ চপ

অখাবা নহাক্কী নাপলনা ব্রাজবনিনে মীওইপোক মিকুপ ভামগী পাউখোংনি, থম্মোয়নুংগী চোইরোলনি কলমগীদি লাইয়েকনি। তাইশিন্নরোনে অমত্তা ওইনা পূল্লশিনে হৌরকফম মালেম ফম্পাকথকসিদা লাইশোল অমত্তগী মচা ঙাক্তনি ঐখোয়সে। ঙামোক্তি পোৎফমদগী মচানৈ পাউতাক্তি মীওই মশক খল্লিদো মীৎয়েং শান্না উরুবা লাইগী মচা ওইরুবা ঐহাক্না অমুক্তংবু ব্রাখলসে মান্নরবদি করিগী খৎনরুনি করিগী চৈনরুনি খন্দুনা "ধর্ম্মগী লংতাই" হায়না মীংগৌবা ফম্পাক অমগী কুমহৈশিংগী লৈচল্লক্ত মীনোক অমগী লৈচল্লক্তা, পাউ খুলহৌশি পম্থুং তান্না ইজবা মীংচৎ হেন্না ফংনিংবা নৎচদে কলম ঐগী তরং চোইরোলনি।।

অইবা

# ধর্ম্মগী লংতাই

## লীলাদা চঙবা মী

নুপাদা:

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | ইবোহল | : | মৈতৈ লাইনিংদা লূপচবা |
| ২। | গৌরশ্যাম | : | ব্রাহ্মণ গৌরিয়া ধর্ম্মদা লূপচবা |
| ৩। | নিত্যাই | : | গৌরশ্যামগী মচানুপা অহল |
| ৪। | দয়াআনন্দ | : | গৌরশ্যামগী মচানুপা অতোম্বা |
| ৫। | ৱাতেম্বা | : | ইবোহলগী মচানুপা |
| ৬। | তোম্বা | : | খবর অমদি শঙ্গোম য়োনবা নুপা অমা |

নুপীদা:

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | রাশেশ্বোরী | : | গৌরশ্যামগী লোয়নবী |
| ২। | লৈম্না | : | ইবোহলগী মচানুপী |
| ২। | রাধিকা | : | ব্রাহ্মণ লৈশাবী অমা |

খুমন মতম : ৫।১২।২০১০

নোংমাইজিং

# অহানবা উৎপা

*(ঐজ্ঞা গৌরশ্যামগী ইমুংসি, হিন্দুদা য়ক লাউবা, গৌরিয়া য়াম্না কনবা বামননি। মনাইনুপী রাশেশ্বোরি, মপুরোইবগী য়াথংবু ঙাক্ল কিনা চৎচরি, চন্দন ফজনা থিনজবনা হৈনজবী ওইবীনি। মচানিপা অনী, অহলনা নিত্যাই কৌই, অতোম্বনা দয়াআনন্দ কৌই পরিংসিগী লাক্লিবা রারীলোন্দা গৌবশ্যাম চন্দন থিল্লি, নাম শোল্লি।)*

গৌবশ্যাম : কৃষ্ণ কৃষ্ণ হে হরি দয়ামোই
ইবুংঙো নহাক্কী কৃপানা
ননাই তোল্লবা ভক্ত ঐনা সেবা ঙল্লিবনিকো
থৌজানবিয়ু তোনবদগী তোল্লবা জীব ঐবু
ঙমজগে মতম লৈবা খিবিক্ত
কৃষ্ণগী নামবু শোঞ্জবা।।
শ্রী কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ, হরে হরে হরে

*(মচানিপা অহল নিত্যাই প্রপ প্রপ চঙলকই)*

নিত্যাই : হো পাবুং, পাবুংগী হরি নাম শোর্নবা লোইরবরো। অ... শ্রীকৃষ্ণগী শ্লোগ থীবা লোইরদিনে পাবুং, ঐগী পৈশা খজিক্ত পীয়োবা। পাবুংনা শ্রী কৃষ্ণদা ঙাওবনে'বা। ঐনা ঙাওজরিসু পৈশাদনে'বা, হে জগৎকী মপু ওইরিবী য়ূমথোং খূদিংগী ঈরাৎ থৌনিনরিবী, মীওক মীচান ফবী পৈশা মকোক কু কু কু ঐগী দরকাবসে অমুক্তা কোকহনবিয়ুবা।

গৌরশ্যাম : *(শাউনা)* হিংজোং কাংজোং, ফরক্কা তুরক্কা, ঙাইহাক্তং ঐনা হরিনাম শোনবসিদা। ফৎসু ফৎখিদ্রেদা ইবুংঙো নঙসে। হেক তৌরগা পৈশা, হেক তৌরগা পৈশা, হেনমল্লিকো নঙ। পৈশাসিদদা লাইচুখ্রে, পৈশাদো থোক্লনবগীদমক চাকখুম চৎলো হায়বদি য়াদেনে নঙ।

নিত্যাই : রাধে-রাধে, বিষ্ণু-বিষ্ণু, ঙম্মিদকো ঐখোয় পাবুংসে। ঐবু হেক পোকপা ইপা ইবুংঙো, হা পাবুং, কুরুক্ষেত্রগী লানফমদা চঙঙো হায়রবসু চঙজগে, চাকখুমদদি চৎলো তাকপীগনুকো পাবুং। চাক থোংবদো ঐ য়াম্না তল্লেবা।

গৌরশ্যাম : এ: এ: নচিন নরেদো খৎপা ঙম্মিনে নঙসু, চাউরক শাংলক্লবনিনা নপা ঐগী চিন্থক্তা খুম্মেনে। হায়না তান্নবা য়াদবা য়োংগী মচাসিদি, করিগীনো নঙনা ভাব অসুক য়াম্না তাদবসিবো ? পোকপদগীনা শিবফাওবা হিন্দুইজমনা মৈতৈ লৈপাকসিদা কর্ম্ম পূম্নমক্কী মপু ওইদুনা ব্রাহ্মণ ঐখোয়গী ইথৌ অমা ওইরবসিদা, নঙনা য়ানিংদ্রিবদুবো করিনোনহে ? নচিঞ্জাক পুজৌ, নখূত্তা শেল পায়জৌ হায়বনিনে।
*(তাল্লকসিদা মমা রাশেশ্বোরি থোক্লকই)*

রাশেশ্বোরী : মোয় ঐজ্ঞা, শিংলি পাফল হেক থোকপা মখৈ ঙাংবিরিসিবো করি অমুক তৌনরগে? ইবুংঙো, অচৌবা নঙ পাবুংদা করি হায়রিনো? পাবুংনা হায়বদো ইল্লু য়াদ্রনহে।

নিত্যাই : *(কপশিন্নরগা)* হো ইমা, ইমাসু অমুক্ত খল্লোবা, ইমানা শুমাং ব্লাই ফৎ শিংহন্দ্রবা নচা ঐবু সরকারগী থবক তৌহৌদ্রে হায়দনবু, আ: ইমা: ঐখোয় পাবুংনা ঐবু চাকখুম চৎলো হায়রিসে ঐদি য়াম্না তল্লে। চাক থোংবা চত্তোই শরুকপুদি ঐদি শিজখ্রগে ঐবু হাত্তোকপীরো আ:.......

রাশেশ্বোরী : মোই ঐজ্ঞনসুনে খিৎ হেনমনগ্রবা হায়বদুনি, অঙাংসিদবু ৱারক-ৱাতেম্মিনি হায়দনবু চাক থোংবমক চৎলু হায়বসিদি মমা ঐনসু য়ানিংদে। অঙাংসিনা য়াদ্রবদি খরসু মতোকপীরো নমচৎ চৎহল্লগা করিবু ফদৌরিবনো ঐজ্ঞাসু ভাব খব তাবীবা ফবনি।

গৌরশ্যাম : এ: এ: চায়োক ফবি মমা শাবী নঙনা নচাসে মাংহন্দৌরিবনিনে, চাক্লোন ফজবী য়েন অমুবী নমা নচানা লোয়না হেক শিনবীরোনে। ঐঙোন্দরা, পৈশা -নুংশাগী ৱাদিনে অমত্তা তাহল্লক্কনুকো, হায়রক্কনুকো অমত্তা, ঐ করিমতা খঙদে, শুকখঙ হেক খঙদে, হে- হে।

*(শাউবগা মমায় লৈথোকখিবা)*

নিত্যাই : হেরা পাবুং ঐখোয় পাবুংসু খরা ফৎমন্দ্রবা হায়বদুনি। ঐনা পংলৌ লৌবিদৌবা নত্ত্রেদা, হয়েংৱাই ঐনা পাবুংগী সেবা তৌবিদোইনিনে। নচানিপা অহল নিত্যাইনা তৌথরকপা সেবাসে পাবুং। হনুমান্ননে রামগীদমক্তা চীং ফুক্লগা পুরকইদনা পাবুং, ঐনা তৌরকপা সেবাদিনে হনুমান কচ্চা! য়েংঙুকো সেবাদো, য়েংবদা কল্লুদা পাবুং, ঐ তৌগেদা।

রাশেশ্বোরী : (হরাউনা) অদুনবু ইচাগী মপান চাগে হায়রিনিদনা। ইচা চাউবনিনে মমা-মপা ঐখোয়না ঙাইহিরিসে; হনুমান হায়বা মমৈ পানবা য়োংদুনবু ইচাদগী হেনগদ্রো, নৎত্রনে মোই পাবুং?

গৌরশ্যাম : *(শাউনা)* চৎলোহে সেবা তৌগে তৌ, তৌরোই তোকউ, ঐনা নঙবু পুন্সিগী থাকপা ঙমগদৌরিবরো? নত্তে, নঙ ঐনা ইচাসিবু হনুরা ফাওবা কোনবা ঙমগদ্রা হায়বা? ঐনা উপুদা পৈশা খাওজাও থনম্মগা করি কান্নদোইনেনহে, শিদ্রিফাওবা নচিঞ্জাক ওইরগদবা চাকখুম চৎপা হায়বসে ব্রাহ্মণ ঐখোয়গীদি বিদ্যানিনে বিদ্যা।

রাশেশ্বোরী : হো মোই ঐজ্ঞা, ঐনবু ইচা মাংনবা শীনগদ্রো? হৌজিক্কী মতমসিদদি অঙাংসে নৌমল্লিদা, ময়ূম মকে পানবমকসু নৎত্রি, হয়েং য়ুম্বাল কৈবাল্লগা চৎপনা চৎপনি। ইচা পাখং অসিনা খাবৈ- ও চেগপ- ও সাইকলদা চৎপদো, ইশ, ঐদি য়েংবা ঙল্লোইদা।

নিত্যাই : পাবুং ইমানা হায়রিবসে মযেক অমত্তা খেত্তোক্লিংঙাই লৈতে, নচাগীসু ইজ্জৎ খিত্তংদি থম্বীয়ুকো পাবুং, ইমান্নবগী মমাঙদা ইকায়বা।

গৌরশ্যাম : আহ, ফরে ফরে, নঙ তোকওকো। ইকাইখনা পুক থনবা ঙন্ত্রা য়েং:। মপানা হায়বসু য়াদবা, হৌজিক্কান অঙাংশিংসিদি হায়ন- তানবগা য়াপোৎতেকো। ঐনা নহান পীবা লাই সেবা তৌনবা মন্ত্রদুদি পারব্রা?

রাশেশ্বোরী : হো মোই ঐজ্ঞা, ঐদি নহান্দিনে নোকপনা শিরবনিনে, অচৌবমক্কী মতৌনে, লাই সেবাবু ঐজ্ঞানা চখোকখিবদুদা... *(গৌরশ্যামনা হরাউবোই করিবোই মরক থৎনা)*

গৌরশ্যাম : আ .. আ.. মমা ইচানুপা অহন্নগা লাইনুংগী সেবাকাসে চৎলিনা ? ঐনা পীবা মন্ত্রগদো থীরদনা, আ: আ: অমরোমদা ঙাওরবসু নাকল অমাবোমদদি ফরিনে মাসু।

নিত্যাই : ইমা, পাবুংদা হায়দোক্কনুকো, হায়দোক্কনুবা ইনা। অস, ঐখোয় ইমাসিদি বেরানিহে।

রাশেশ্বোরী : ঐজ্ঞা, ইমিৎসিননে শং শংনা হেক উরিহে নুমিৎতো, লাইশঙগী থোঙদো শবাক হেক ফাক্লা হাংদোকএবা অদুগা লাইরোল থীবদি লাইরদনা ফাক ফাক নোকশিল্লিবনিনে ঐজ্ঞা। মদুদদিনে চৈবদি লায়রদনা, ঐসুনে নোকমনখিদনা ব্লাবনা !

গৌরশ্যাম : করি? কৈদৌবগী নোকশিল্লিবা, কৃষ্ণ কৃষ্ণ, রাধে রাধে, করিবু খল্লমগদবা ঐগী ইচাসিগী মতৌসিবু। মচোংপাক নাইদবা, মতুংদনে, অদুম হায়না তৌরবদিনে ঐবু ফত্তে হায়জনুকো, ঐদি হেক্তো ফুগদবনি।

নিত্যাই : ঐদি নহান্না পাবুংদা হায়জরিদুদি ঐদি লাইনুংগী সেবা তৌবা ঙমজরোই হায়না। কদাইদগী? লাইবু অসুক য়াম্বা হৌনবরো? এসেমল্লি ফমদৌনা চোম্লপ্না ... হঙোই মহা থাবদৌনা।

রাশেশ্বোরী : নোই পাবুংনা শাউগদবদুদি হায়রনুদনা ইবুংঙো নহাকসু। অহলসিগী মতৌনে, অঙাংসিগী মতৌনে ঐদি নুং অনীগী মরক্তা হা ওইরেদা।

গৌরশ্যাম : মসিদনিনে ঐনা হয়েং শিখিবা মতমদা, লাইনুংগী লাই মযামসিবু ঐবুনে করম হায়না তৌদৌরিনো? হেক খল্লুবদ্দনে অহিংগসে তূম্বা য়াদে, লৱাইকাসে ফোং ফোং হেক শাই। ইচানেনা লম্প্রাইঙাক্ত পোক্লদনা।

*(তাঞ্জাদুদা মচা অতোম্বা দয়াআনন্দা থোক্লকই)*

দয়াআনন্দ : পাবুং করিগী মথা শারিনো? হো লম্প্রাইগী মপা পাবুং, ঐগীদি পাবুংদা নহান হায়বদো? পৈশা থোকপা লাইদো ঐঙোন্দা পীয়ু হায়বিদুদি, ঐদি লাই সেবাসু তৌনি, পাবুংগী সেবাসু তৌনি, ঐখোয় তামোগীদি খঙদে। ঐখোয তামোগীদি খঙদেকো।

রাশেশ্বোরী : ইবুংঙো তোম্বা মপা নিংবা মচা, মপানা য়াজবা মণিতোম্বো লাকএদনা।

গৌরশ্যাম : ইচাতোম্বা, পীনি পীনি ইচাদ শিন্নগেকো, ইপানা হেক মন্ত্র শোনবা হৌবগা নঙসু ঈরুজথোক্লগা হেক্তো চঙলকউকো, আর্তি হাইবগুম্বা, জনামিত্র চাইবগুম্বকাদে, নঙ খরা য়েংশিনহৌ। মসিমনা খরা জ্ঞান তাদৌবা মাল্লিনে।

দয়াআনন্দ : তামো, পাবুংনা ঐদি য়ারিয়ে, ঐদিনে পাবুংদগী লাই মচা, পৈশা থোকপা লৌদোইনে। নঙগীসু মফি শেগায়বা উদবা, উচিনা চিকপা খঙদবা মমিৎ লাউবদো লৌজহৌ।

নিত্যাই : চৎলহে, মশক অসিগা পৈশা থোকপা লাই পীয়ু কাইনা, পাবুং, লাইদো মানা মাংথোক্কদৌরিনি, মানা হায়বা লৌবিরুনু! য়োৎ শান্নরিনি কাইনা কুম পুখৈ শূদবা ফুরিৎতো অদুম লীৎপনি। আ.. য়েরুমকাসু অদুম চাবনি মাদি। ঈরুজথোকউ হায়বসু য়াদবা শক্তাথি, নমথিবা।

রাশেশ্বোরী : অচৌবা, নোই পাবুং মমাংসিদা, নপানা চৎলিবা গৌরিয়াসিগা, নঙসিননে হায়নি হায়রোই খঙদবসিনা, মথোং ওস্থোক্লা চাখিদ্রে ইমাগী ইবুংঙো।

দয়াআনন্দ : তামো, ঈশিং লৈয়ে, ঈরুজথোক্লগা কোকএ, তামো অপঙ! নঙনা ঙসাই হায়খিবদো ঈশিংনা জম, অদুম কোকএ।

গৌরশ্যাম : করি, হে রাধাগোবিন্দ ইবুংঙো, পাপলা? পুন্যারা ঐনা তৌরিসিবু, লাইনুংগী লাইগসে লোইনা মাংথোক্লবরনে, মীনা তাখ্রগা ঐবু করি হায়নদৌইনোনে?

রাশেশ্বোরী : কনানবু পু-থাংবা ঙমদৌরিবনোদা। মোই ঐজ্জাগী গৌরিয়াসিনা কর্নাখিবসিনা। হৌজিক্তংবু কনানা শেংগদৌরিবনো? মীগী মচাদিনে হাওখুন্দা লোইনা তারবনি। চাক থোংবা চৎলগা খাবৈ-ও, চেগপ-ও পুল্লপ নমদুনা তুশিনবদুদি ওস্থোক্লা ইকাইখ্রপোৎনিদা। ঐখোয় ঐখোয়গী ইচাদি ফবু ফরিয়ে।

দয়াআনন্দ : পাবুং ব্রা অমা হায়বিগেবা, ঐনা য়াম্না হংনিংবা ব্রারী অমা লৈরে'বা। তামো ঙহানগীদো হংঙগে পাবুংদা।

গৌরশ্যাম : হংঙুনে লাইগী মরমদদি, খঙদবা পূম্বা তাক্কে হায়রিবনিনে ঐসু।

রাশেশ্বোরী : মোই ঐজ্ঞা, মসিদা হংদুনা লৈরবনি। ঐসুনে খুমফমগা অমতা খঙদ্রে।

নিত্যাই : নঙ পাবুংনা চৈরকপ্রা খঙপোত্তেকো, নথন্তগী ওইনা হংজৌ ঐবু য়াওহল্লকনু, ঐদি খুপাক চাবা তল্লেবা।

দয়াআনন্দা : চৎলোহে, কৈদৌবগী খুপাক চাদৌরিনো? খঙনিংবগী হংবনি। পাবুং, ঐখোয়গী গৌরাঙ্গ মহাপ্রভুদো উসবকীদমক্তা হয়েং লেঙবীরক্কবা য়াদে হায়দুনা বার্ত্তন লাকইদনা।

গৌরশ্যাম : হোইনে, হোইনে, চৎলিনে অদো কৈদৌরবা ?

রাশেশ্বোরী : হংঙকঅদবনি, শুকলোই হেক লোইররোইদবনি ঐজ্ঞা। মসিগী ৱারীসে ঐঙোন্দসু ঙসাইদগী হংলিবনি।

নিত্যাই : পাবুং, মানা হংদৌরিবসে, মীগী মমাঙদা হংঙক্লবদিনে পাবুং অদুম চোপ্পদবনি। পাউখুমদা চেকশিনবিয়ুকো।

দয়াআনন্দ : হংনিহে, করিসু চোপ্পোই, ঐখোয় তামোনা মফত্ত হেক ফৈজিল্লকই। ইমা, ঐ পাবুংদা হংঙগেকো- গৌরাঙ্গ মহাপ্রভুনা মীগী ময়ূমদা চৎল চৎলগা ফি হেক হেক হোংঙিবসিবু করিগীনো? মাগী ফি অমত্তা লৈজদ্রো পাবুং?

গৌরশ্যাম : হাই অপঙবা, লৈতবা হৌনদেনে, জগৎপূম্বসে গৌরাঙ্গা ইবুংঙোগী মরল ঙাক্তনিনে। থৌরমদুগী মপু অমা ওইরিবা কৌবনিনা, য়ুম্বুদুনা অহনবা ফিজোল অমা হোংদুনা থৌগলজবদা অফবা ওই, অৱা-অনা কোকই হায়বগী থৌগনবা ঙমজবা হায়দুনা তান্নরিবনিনে।

রাশেশ্বোরী : নহান্দগী হংবদো তোম্বা, নঙ পাবুংনা তাকপীরবনিনা অহন্না তাকপীবসিদি খর-খর লৌশিনসিকো। মন্ত্র তল্লিবনি হায়দুনা তৌরিবদুসু ঈরুজথোক্লগা তৌরবদি খর ফগদবনিদো।

দয়াআনন্দ : ইমা, অদুবুদি কোন্না লুজগেবা। পাবুং, ঐদিনে লাইনুংগী সেবা ফংবদা পাবুংনা তাকপীবা মন্ত্র শ্লোগতুদি লোইনা কাউথ্রেবা,

অদুদা মীঙোম্দদি তাহন্দনা - নমিৎ পাংঙো, নমিৎ পাংঙো। হায়রগা ঐনা শরিক্তো ক্রিং ক্রিং খিংজল্লেবা, বর্তিদো মৈ চুখৎলগা নখোয় মৈ ওকথোক্লবনিকো হায়রেবা অদুদগী নখোয়বু ঈরুজথোক্লবনে হায়রগা মোইবুংদগী ঈশিংদো খিকচিল্লেবা, ঙাইহাক্তং তুমিন্ন লৈরগা 'সমাত্রং ওঁং শান্তি দরব্বাজা বন্দ কবো' হায়না লাউরগা লোইশিল্লেবা।

নিত্যাই : লোইরেহে, মসিবু মীনা খঙঙবদি চোপ্পোইদবা অদুবুদি ঐসু হৈনা। পাবুং, লাইগদো মখৃৎ লোইনা নাম্থোক্লবনি। ঐদি খুজাই ওন্থবিবোই নিংই অদুগা লাইখূৎ ওইরম্মিবা। মাননে, মমিৎসিনা কিরুক-কিরুক যেংলগা কিৎ নমশিনখ্রবনি, মখাদা ওন্থগদৌবদুনা মথক্তা হাইগৎহৌববনি ঐসু পাবুংনা শেন্বীরসনু খন্দুনা তুমিন্না লৈথোক্লবা।

গৌবশ্যাম : হরে, হরে, শ্রীবাধা গোবিন্দা ইবুংঙো ঐনা হীংলিবসি পাপনিনে পাপ। হোইদা, লাইগী সেবার চঙশীর্বাদ অমবু ওইববসু, অমবু ওইববসু ফবেদা।

বাশেশ্বোবী : করিনোদা মোই ঐজ্ঞা অঙাংদুবু ফত্তে হাযদনা চৈ থাংগদ্রা হায়রগা কনখৎলিসিবু। হো, মোই ঐজ্ঞাননে খঙদদনা তৌরিবনে, মখোযনস শংশংবদো হাযদোক্ত্রিবা। জগনাথগী মখূত্তো আকাশ যৌহৌববনি।

গৌরাশ্যাম : রাশেশ্বোরী ইবেম্মা, করুদুনা করিবু কান্নদৌবিবনো? লাও তোম্বা চঙশি লাহগী মশক তাক্কে লাও।

দযাআনন্দা : অহোই পাবুং, *(ময়াম্বদা)* তামো, ঐদি পাবুংনা যারে। ঐগীদি হোরেন শোইদনা ফংলনি।

*(হায়রগা চঙমিন্নখিবা)*

নিত্যাই : ইন্নৌ ইন্নৌ ও, হো কলি লাইমু। ইমা! পাবুংনা পীদ্রবনিনা ইমানা পীযুকো পৈশাদো।

বাশেশ্বোরী : হো মোই ঐজ্ঞা, অঙাংদো লাইনুং য়ৌনা পুশিনবদা চেকশিনবীয়ুকো। অঙাং ওইরিঙৈদনে শলিগ্রামদো থ্রি কাপ্পি শান্নরম্বনি। অচৌবা নঙসুনে নপাবুংনা হায়বদা খব য়াওকো, নঙগী পৈশাদুবুদি ইমানা পীরগে। লাক-ও, লাক-ও চঙঙসি। *(হায়রগা চঙমিন্নাখিবা)*

--( )--

মঙাং মতম : ৭।১২।২০১০

লৈবাকপোকপা

# অনীশুবা উৎপা

*(হায়স্কুলগী ওজা ইবোহলগী য়ুমনি। মচানুপী লৈস্না কৌবী অমা লৈ। মশক মতৌ ফজবীনি, লাইরিক্তসু মতিক চানা হৈবী, মপা মচাদং লৈমিন্নবা, থোইদোক্লা চাব থকপা ৱাৎতবা, মীরক তীনবা ইমুংনি। মৌপ্পা নুপা ৱাতেম্বা কৌবা অমা লৈ। ৱাতেম্বা মবুক্তা ৱা থম্বা হৈতবা, দোং দোং ঙাংথোকপা, নোক্লিংবা মতৌ চেনবা মীশক্লি।)*

ইবোহল : হাই ইবেম্মা, নোইবু কনা কনা লৈবগেনহে, খবরদো অমুক্তং পুরকউনে। ইবুংঙোনা ওইরবসু য়ানি। নহারোলগী থৌদাংদুদি . য়ৌরক্লব্রা?

লৈস্না : বাবা খবর অসিদা লৈজরে। খবর অমদি লাক্লি, ঙাইহাক লৈরদি লাক্লনিদা। ববাবু কদায়দা চৎথোকপীরুবগে?

ইবোহল : ঐসে, অস্বাইদা ৱাক্কিং ওইনা ঙাইহাক্তং চথোকউবনি। শোরোক লমজাউসিদি মীনা ক্রিক-ক্রিক ইন্নখিবসিনা মতমসে মতম অমা ওইরে। দিজল ওক্টোনি হায়ব্রা করিনো ওক্টো হীংচাবীদো, মনীংদুনা মী থেংনি- থেংঙোই খংদ'খৈ মঙক্তুদং শৎ হেক্তা লিংখৎলকই। অদুদগী রিক্সো ড্রাইভরনেনা তৌরিশিংসিনা মৈতৈলোলবু অমত্তা থোক্তেনে। কদাইদগীবু পুশিল্লক্লিবা, পাঙ্ঙল্লা মৈত্রো ময়াংলা হাওরা হায়বসু খঙদে। মণিপুরগী মৈতৈসে মাংখিবা য়ানবু ......

*(ৱা ঙাংবা লোইফাৎত্রিঙৈদা খবর য়োনবা বামোন তোম্বা লাউ লাউদুনা খবর য়োনবা চঙ্ঙকই)*

তোম্বা : খবর, খবর, খবর, ফ্রন্ত পেজদা য়াওবনি, মনিং মমাঙ হেক্তা ওম্থোক্লগা পাবীয়ু খবরদো। মকোক্লা মখোঙ ওনবনি মখোঙনা মকোক ওনবনি। বাং ! পোকখায়রে, পোকখায়রে, পোকখায়বি য়াওরুনু, পোকখায়বি য়াওরুনু, পৈশা মাঙবনি, পৈশা মাঙবনি।

লৈম্না : ঐজ্ঞা তোম্বা, ঙসি করিগীনো খবর য়াম্না থেংঙিনা।

তোম্বা : ইবেম্মা, মণিপুরসে কৈনোমা তৌরেনে। হৌজিক মতমগী নেটৱার্কিং - য়ুনিপে, জেৎ ৱার্কিং, গ্লোবেল ৱিং ! মসিদৈসিদনে পৈশা মাঙনখিবসিনা, ময়ূম মকৈ ফাওবা কায়বা য়াওনরবনিনে। মখোয়গী ৱারী ময়ামদো তাদুনা হেক লৈরুবদুদা থেংদোকখ্রেনে। থেংগ্রবনিনা ওজাগীদি অরোইবদা তপ্পা চঙলগে খন্দুনা থেংলক্লবনি।

ইবোহল : আ.... ইবুংঙো তোম্বা, অদুনিদো, মণিপুরগী মৈতৈ মচাশিংসে শূদনা নুংঙাইবা পাম্মিনে, পৈশা খাউজাওসে হেক্তা লাক্লগে, খূদি থিজিনবদা সনা খাউজাও খুল্লগে হায়বসি ঙাক্তা ঙাইরে।

তোম্বা : ইবেম্মা লৈম্না, নুপীসে ফত্তেনেকো। নুপী পোৎলাকপী, নুপী মীহাৎপী য়াম্না লৈনে। নুপাদি থোইনবু তৌদেনে, কদাইদগী পৈশানো খঙদেনে, নুপীশিংসিনা লাক্ষ লাক্ষ পুথোরকখিবসিনা! তু অমসু য়াওবনি, য়েংঙু খবরদুদা- "মৌ অমা হল্লক্রে, হল্লকউকো য়ূমদা নচানা ঙাইরি।" লৈশাবীনবু ইমাং মাংদ্রে, মৌ ঙাক্তা মাংঙিনে হৌজিক মাংঙিসে।

লৈম্না : ঐজ্ঞা তোম্বা, নুপী অম-অনীদংনা ফৎত্রগা নুপী লোইনমক চেম্থবদি হৌনদেদা। নুপী অফবী অসুক য়াম্না লৈরিসিদি।

ইবোহল : হোয় নহে, নুপী হায়বসে ফৈনে, চুম্মী। মালেমগা চপ মান্ননা ইমা হায়না কৌনরিবনি, চায়োক-নাওয়োক ফজবী লনগী

মপু লনলৈমনি হায়রিবনি। অদুবু হৌজিকসিদি, নুপীশিংসে য়েংনিংদবনা খম থেংঙে। মখোয়গা লেংথৈনদৌ শরুকপুদি কৈ ওইরসু, হিংচাবা ওইরসু মখোয়গী মমাঙদা চৎচরগে।

তোম্বা : ওজা, চুম্মী তাকপীরিবদু। নুপীশিংসিদিনে পূল্লপ পুনশিল্লগা থুম বোড়া অমা থাকচিল্লগা কাকফৈ হাৎতৌনা হাৎলবদি নূঙাইখ্রনিদা। মফি শেৎলে- মযূমদনা ফীবুম ফানা শেৎলি, শোবোক লমজাউদনা লাই ফদিবিনা শেৎত্রবা ফিজেৎ শেৎল া থোক্লকইনে। নত্তে, ফি হায়বসিবু ইন্ননবনি, য়ান্ননবা নত্তে'বা। ময়াংদৌনা লাইবক্তা শিন্দুব চিংখৎলদুনা, মনাদনা মথাং-মথাং হুৎলিবা, মনাতোন্দনা নাশিকা হেক হুৎলদনা, মশম্না তুবৎ-তুবৎ ককথৎলগা অঙাংবা শংজিল্লে, মশক্তুংি যোং হিংচাবী মাল্লেদো।

ইবোহল : তো, তো, অদুনি ইবুংঙো তোম্বা, মতমগী যাওল অমা লাক্তুনা স্কুলগী অঙাংশিংগী যুনিফোর্মদা ফনেক ওইহল্লবদি শেৎহল্লোদনা ফনেক্তো। অদুসু নত্তে ফনেক্লা ফনেক নত্তা, স্কর্টলা স্কর্ট নত্তা অথিংবা মখোযগী মমিৎতুবু উদ্রববো? ফনেক মশক খঙদনা ফনেক শেৎতবা য়াদে হায়বিবরো? মমাদুসু ফনেক শেৎপী মৈতৈ নুপীনি, মচাশিংদুবু ফজনা ফনেক শেৎপা তম্বীবা য়াদবরো?

লৈম্না : বাবা, অওনবা হায়বসিদি থোক হেক্তা ওম্থোকপা য়াবা নত্তেদা। মখোয় ময়াম্না খোঙগ্রাও, সলব্বার, শারি শেৎলবসু বাবাগী ইচানুপী অমা ওইনা ঐনা ফনেক্তমক শেৎলগা থবক চৎলিবসিদি। অসুম হায়না ফনেকপু নুংশিজবা নুপী ময়াম অমা থোক্লকখিনি। অদো বাবা, নহান মখৈদি মী হৌগৎত্রিঙৈদা ব্রার্কিং চৎপনি। ঙসিনা করিগী থেংনা চখোক্লুরিবনো।

ইবোহল : খঙদে নহে, ঙসিদি হোতেলদা ময়াম্না পংঙাং ঙাংনরকপদুদা খবরদা করি করিবু য়াওরিবনো খঙনিংমন্দুনা হেক্তা থোক্লুবনিদা, যূমদা ঙাইবদো ঙম্মক্তবা।

তোম্বা : ওজা, তু তু, য়েংঙু শিদসু য়াওরিসিনি- অঙাংদগী গুলি ফারগা ফারিবা গুলিদো পুলিসনা অদুম চাশিনখ্রে য়ে। অদুদগী অমনা-নোংমৈ কাপশিল্লকএ য়ে, খরনা চেনখ্রে য়ে, অমনা শিহৌরে নে। কাপ্পরম্বগী খূদমদি অমত্তা লৈতেয়ে। অশিবদুদং মথক্তগী পুপ তারকপদৌনা তাদুনা লৈরম্মেনে। অমসু য়াওরে ওজা, নুপীসে হেক্তা য়াওইদা। নিশাবন্দগী সেক্রেটরিনা দিমান্দ লেটর পুরগা চৎলম্মে য়ে।

লৈম্না : ঐজ্ঞা তোম্বা, ঐজ্ঞাদি নুপীসে য়াম-য়াম্না চৈবিদা। তৌববুদি চাকখুমসু চৎপা, খবরসু য়োনবা যূমথোং খূদংগী চৎপনিনা মীয়ামগী অশোয়বা অরানবা ময়াম খঙবনিনা তুমিন্না লৈবা ঙমদবনেবা, নৎত্রনে ঐজ্ঞা? অদো ঐজ্ঞা তোম্বা, ববাগা ঙাইহাক পুন্দুনা ব্বারী শান্নবসে তাবা য়াম্না নুংঙাই, চা লোল্লুখিগে, ফম্বিরম্মুকো।

ইবোহল : চৎলো, চৎলো, চাদু লোল্লুচো, শঙ্গোম য়াওবা তৌরক্কনু চাঙাংনা হকচাং নুংঙাই। ঐসুনে ইবুংঙো তোম্বগা ব্বারী ঙাইহাক শান্নরমখিগে।

তোম্বা : ওজা, ঐ চা য়াজরে, চা থক্তৌ শরুকপুদি ব্বারী ঙাইহাক শান্নবসিনা হেন্না নুংঙাইদা।

লৈম্না : ঐজ্ঞা তোম্বা, মৈতৈগী খূৎ চাবা য়াদবগীরো? লৈশাবীনা লোল্লবদি য়াই হায়রিদুদি ঐজ্ঞা।

তোম্বা : হে অপঙ, খূৎ চাবা চাদবা হায়বদুদি মী মীগী ব্বাখলদা লৈবনিনে। নঙগী ঐজ্ঞা তোম্বদি য়ুথক অমুক্তা নৈহৎলবসিদা, মৈতৈগী খূৎ চাই-চাদে কাইনা, শেরান তুরান হেক ঙাংঙিদা।

মোই- মোই, থোকপনিনে, ঐদি ঙন্তানা খবর য়োনবা থোক্লক্লিবসে ময়াং দুকান্দগী চা গ্লাস অমগা পুরী অহুমগা গর্ভসে কয়াম লাউরিনো য়েংউ।

ইবোহল : ঙাইখোনে নোইগী চাগা তোকখোনে, ঐনা ঙসাইদগী থিবদো শিদা য়াওরেনে তু- নুপা মচা গুলি চাবদো পুলিসনা ফারেয়ে, গুলিদুদি ফাদনা মঙকশমদগী লিকতো ওইনা থৎলেনে।

লৈস্না : খিৎ হেনমনখ্রে ঐখোয়গী মণিপুরসে। অঙাং নুপামচাশিংসিসু লম হেনখিবনা, পুলিসশিংনা মরোল অমা কা হেল্লিবা। ববা, ঐননে চৎলিবা স্কুলদুগী অঙাংশিংদুসু লাক্লবা কয়াম্না ব্রাই। নুপামচাসু নুপীমচাসু লম হেনখ্রজাৎনি। ওজাগসে থওই উশিৎপোত্তে হৌ.জক্কান অঙাংশিংসিনা।

তোম্বা : আ: আ: ইচনদি তলবকা চারবোরে, করি স্কুলনোনে? হনুবনা লিংখৎপরো, হনুবীনা লিংখৎপরো? শঙ্গোইদরো, শঙ্গোন্দরো ?

লৈস্না : করিনো ঐজ্ঞা তোম্বা, স্কুলবু শঙ্গোয়দরা শঙ্গোন্দরা হায়রিসিবু?

তোম্বা : গভর্নমেন্টকীরা প্রাইবেৎকীরা হংবনিনহে অপঙ, প্রাইবেৎকী স্কুলসিদি পান দুকানদৌনা তৌইদনা অদুগী হায়বনিদা।

ইবোহল : *(নোক্লগা)* হা, হা, হা, তোম্বসু খবর য়োনবা চৎপদগী নোংমগী থৌদোক ব্রাথোকসে উরিবনিদো, সমাজ অসিগী মমিসে মঙোন্দা ফজনা তারেনে। ইচা খঙদে, মীচা খঙদে মতমগী খোঙচৎতা য়াওহল্লকপা হায়দুনি। নখোয় ঐখোয়না ব্রাখল মপুং ফারবকান্দা নহাক্লা ঐহাক্লা লোয়নরিবা মীবুসু ব্রাখল মপুং ফাহনবা ঙমগনি। ঐ ঐনা হেক ফরবা মতমদুদা লোইনা হেক ফরকপা হায়দুনি। কদাই চৎখ্রে নৌপ্পাদুদি হৌগৎখ্রবরা?

লৈস্না : ববা ঐ কৌথোক্কে, ইবুংঙো ব্রাতেম্বা, বাবানা কৌরিয়ে তাব্রো নঙবো। হৌগৎখিবদি কুইরবনেবা বাবা। মাদিনে অমুক হৌগৎলগনে অমুক তুমশিনবা অমা লৈবনি। ইবুংঙো ব্রাতেম্বা।

*(ব্রাতেম্বা থোক্লকপা)*

ব্রাতেম্বা : কৈনোহে, ঐখোয় ইচেসিমা কৌখ্রপোৎনি। হৌগৎপদা নত্তেয়ে, লেপখৎলবনে। করিনো খঙদে পঙকৌদা কৌই, হায়রো ইচে, করি হায়দোরিনো? ঐ মনিংদা শন্থি খুল্লুইনি।

ইবোহল : ঐ লাকএ দং হায়রগা য়াবসিদা খোঞ্জাও থারগা লাওরকইবনিনে, নঙসু হৌজিক্কানগী অঙাংনিনে। ঙাইখোনে নঙগী শন্থিদুবু কৈদৌদৌরিবনোনে?

ব্রাতেম্বা : শন্থিসিরো ববা, *(তোম্বা উবদা ওনশিল্লগা)* হেমা ঐজ্ঞা তোম্বা কৈদৌরল্লিবা সিদা, নঙগী খবর ময়ামদুদি? *(মপাদা ওনশিল্লগা)* ঐনা লৈ খরা থাবদো মখোঙদুদা শন্থি হাপচিনগে তৌবা। ইচে নহানগী লৈ চারশিংদো কদাইদা চৎখ্রে? ঐজ্ঞা তোম্বা ঐদি থবক কন্দ্রো?

তোম্বা : ইবুংঙো ব্রাতেম্বা, নঙনা থবক্কা শুরম্বসিদি নঙ গী ঐজ্ঞা তোম্বদদি অঙকপা অমা ওইরেহে। খবরদবু হাপকেনে। হুং, ব্রাতেম্বনা থবক শূরকপসিদি ঐসু শূনিংঙকএ। ঐ চৎলগে। খবর, খবর, খবর ঙসিগীদি লোইরবদো, লোইরিবসে খবরনিকো।

ব্রাতেম্বা : ইচে, ঐজ্ঞা তোম্বসে বেরানিকো, ফজনা হায়নরবদি লৈয়ু হায়বা য়াদবনি, লৈরোদনা হায়রসু ফুক হৌগৎলগা চৎখ্রেসে, মহা বেরানি, নুংশিৎ অমনি। ইচে ঐগী লৈ চারদো পীরোমী।

লৈস্না : লৈবনিহে, মসিগী অঙাংসিদি শুরু-শুরু হেক নৈরকঅদবনি। ঐননে মরা ঙাক্তা, মচৈ ঙাক্তনি হায়দুনা পুখ্রি মপান্দা লংথোক্লম্বনি, খুল্লুরো চৎলো।

ইবোহল : ইচাসিদি মতম মাংহল্লোইদবনি। ঙাইহাক্তং লৈবদা কান্নবা থবক অমা শুজিনগদবনি।

ৱাতেম্বা : হোই বাবা, ঐ লৈসে ফজনা থারগে খল্লে । মীৎসু ইংই, লাইদসু কৎপা ফংই।

ইবোহল : হোই, হোই, লৈসু থাও, অদো নঙ থবক মচা অমত্তংদি তৌনবা হোৎনসিদনা। নঙগী নহানগী ইন্টরভিয়ুদুদি কমদৌরবা ? চৎলুরবরা?

লৈম্না : ববা, চৎতবনি, ঐনা চৎলু হায়রবসু মানা শুকয়া য়াদবনি, মাননে নমদনা চৎখিদবনি।

ইবোহল : নঙবু ভাব করিমত্তা তাদ্রিবরনহে ? নখূৎসু নহে অমা থমজিল্লুনহে। নথৌ অমা পানবা হায়বসে নপূক্লিং ৱারকপা কৌইনে, পৈশাখক্তগী ৱা নত্তেনে।

ৱাতেম্বা : বাবা, ঐ চৎনিংদবা নত্তে, চৎনিংঙেবা, থবক তৌনিংদবা নত্তে তৌনিংঙেবা। অদুদনে, ইন্টর্ভিয়ুনে হায়দুনা থৱায় ৱাব'খৈ চৎলনি, মন্ত্রি, এম.এল.এ. ময়ামদুনা মখোয়গী মী মখৈ খঞ্জিনবা লোইরগা কৌরকপনিনা ঐ চৎকদৌবা তল্লেবা।

লৈম্না : ইন্টভিয়ুদো চৎত্রসু তোকওবা। ববা, ঐখোয় ইবুংঙোসে নহানসু লৈকায়গী মথক থোংবশিংগা লৈপুং ফম্মগা ঋার শান্নরম্বনি। হায়দোকএদনা।

ৱাতেম্বা : অস:, ঐখোয় ইচেসিদি ভাব য়াম্না তাদিয়ে। শান্নবিদ্রগা লোইরবদুদা। ওস্থোক্লা নাপ চাদেহে।

ইবোহল : অদুনিদো, নথৌ পান্দবদগী অরেম্বদা মতম মাঙহনবা, মতমবু মমল খঙদবা, শিনশু পান্দবদগী মাঙনবগী মশক্তুদা খোঙদাবা হৌরিবনি। মসি থোক্লকনি হায়বসে নহান্না খঙলবনি। ঐবু ৱা য়াম্না ঙাংহনগনুকো। ইচা অমগী হাক্তক্তা শোরারেন য়ৌবা, ইচা অমগী হাক্তক্তা লৈনুং চঙবা হায়বদো খঙলব্রা?

ৱাতেম্বা : ববা, ঐ করিসু শান্নদ্রে, ফত্তে খঙবদগী ঐ লৈ থাবা হৌরগে হায়দুনা ঙস্তানা হৌগৎলগা শস্থি খুল্লুরিবনি।

লৈম্না : অসিসু হৌদোকপখত্তংনি ববা মানা তৌদৌবিসে, লোইশিনবনা ঐগী শরূক। ববানা স্কুলদা চৎখ্রকান্দা মানা থোকপা অমা হেত্তা তৌবনি। নহান মখৈদি ঐনা হায়দোকপীরোই হায়দুনা তৌবনি। ঙসিদি হায়দোকএদনা।

ইবোহল : অদুনিদো ৱাতেম্বা, নচেনা হায়রিবসে নঙবু শিংনবনি ফনবনি। লম হেনগনুকো নুপামচা, ইপাদি চৈ থাঙ্গৎলোইকো, খোঞ্জেলসিখক্তনা ভাব তাগদবনি।

ৱাতেম্বা : বাবা, ঐখোয় ইচেনসু স্কুল চৎখ্রিঙৈ, য়ুমসে ঐনা শংঙিনি। ষণগা চঙবদো ঐনা লোইনা তাম্থোকইনি। ঐখোয় ইচেদি স্কুল চৎলমদাইদা কেবদত মতমসে কোন্নজদ্রবনি।

লৈম্না : হে অঙাং, নমীত্তো শুগৎলক্কনু, নঙ মী য়াম্না উশিংতে, কেবদা মতম কোন্নদবা কাইনা হায়রদনা, নঙ অমুক্ক হায়দোরকউরো, ববা মাদিনে তলবসু চাবনি।

ইবোহল : হাই তোম্বা, নঙবু নচেনা হায়রিবসিবু লোইনা তৌরবদি করম হায়না তৌগনি? নঙবু খজিক খজিক লোইনা শোকচিল্লকত্রনে তলবসু চাশিল্লক্কবদি মথংদদি য়ু অমুক থক্কে হায়রক্কনি, গঞ্জা অমুক থক্কক্কনি, মদো অমত্তা তৌবা য়ারোইকো, মতুংদা অমুক মসিগী ৱারীসে তারবদিনে, ঐবু ফত্তে হায়জনুকো।

লৈম্না : নঙ ববাদা লাঞ্জরে হায়য়ুদনা। ববানা নহান মখৈ শুমাইনা ঙাংবরো? করি অঙাংনো খঙদেমী?

ৱাতেম্বা : কুইরে ববা ঐদি চাদবা, হয়েংখৈ শুকচা চাজররোই। ইচে, হো ঐখোয় ইচে নৌপ্পাগীসু খজিক্ত খাকপীয়ু কৈদৌগে শকথিবী।

ইবোহল : হৈমা ইবুংঙো নচেনা শাউনবা ব্রাদুদি হায়গনুনে।

লৈস্না : অঙাং নঙ নঙ মী উশিত্ত্রিদো, নঙনে ঙসিনে। *(হায়রগা মশমদো লামফোই ফোইরগা শেৎ শেৎ থারগা ফুই)*

ব্রাতেম্বা : ববা, ববা, ঐখোয় ইচেনা খুজিন্না খোৎলকএ শম ফোইরে, অয়ো ইমা, অয়ো ইমা..!

ইবোহল : ফরে, লম হেল্লদি ফু, নচেনা ফুদনা কনানা ফুদোইনো? ইবেম্মা নঙসু যারেহে, তোকওহে, চঙঙো চঙঙো ইমুংদদি খৎনগনুকো।

*(মচিন মৌপ্পাদো চঙমিন্নখ্রে মপানা মখোয়বু য়েংজরগা)*

ইবোহল : নুংশিখ্রেদা মমা য়াওদননে য়োল্লকপা ইচা অনীসে অমনা নুমিৎ অমুক ওইহল্লি অমনা থা অমুক ওইহল্লি। হাই হাই খৎনবমগনুকো ঐসু লাকএ, ঐসু লাকএ। *(ইবোহল চঙখি।)*

-( )

খুমন মতম ৫:৪০ - ৬:৩০

লৈবাকপোকপা

# অহুমশুবা উৎপা

*(রাশেশ্বোরীনা মাঙ্গোন্দা ঈশৈ শক্লি)*

রাশেশ্বোরী : *রাধা গোবিন্দ অনীনা*
*লৈনা থেকনা জগোই শারি*
*গোপীশিংনা তুং ইল্লি*
*লৈনা থেকনা শারি জগোই।*

*মল্লম্বা পুম্নমক ঙালহনবিবি*
*তোল্ল- তাব পুম্নমক্কী*
*মঙালগী মশক ওইরিবা*
*জগৎ পুম্ববু শেম্বিরিবা।*

*হে ইবুংঙো পুম্নমকপু লানবিরিবা*
*নঙান্তনা লমজিংবিরো ননাইশিংবু*
*নগুণতনা শেম্বিরো তাইবঙপানবু*
*শোনশি শোনশি রাধা গোবিন্দগী মীংলেনবু শোল্লশি।*

দয়াআনন্দ : *(চঙলকই, মাসু ঈশৈ য়াওশিল্লকই)*
কৃষ্ণ কৃষ্ণ শোল্লু শোল্লু
শিগদবা নুমিৎ নকশিল্লক্লবনি
অহাউবদা চাথোকউ, অরৈবদো পীথোকউ
মীনা শক্লা শোন্নরক্কনি কৃষ্ণদগী হেল্লকনি
পীথোকপদা লেপকনু।

রাশেশ্বোরী : করি কান্ন ঙাওশিন্নরিনো, মসিগী অঙাংসিদিনে। মসিদি শেং হেক থাববু। *(থাগে তৌরগা থাদি থাদবা)*

দয়াআনন্দ : হো ইমা, ঐখোয় ইমা, ঐবুদি ফুজৌ, ঐখোয় তামোগী ৱারী অমা লীবিগে।

রাশেশ্বোরী : নয়ান্বগী ৱারীবু ফত্তবদি ওইরম্মরোইদনা, নোই তামোগী মতৌ তম্মো।

দয়াআনন্দ : ফরেনে' অদুদি, অদুবু য়ানরবদি তশ্বীগেনে। খাবে তিন্নবা, খাবে তিন্নবা হায়দনা, পুশিল্লকইনেনা হৈকক হৈনাও ঙাক্তা ঐদি হন্দক ইমানা নুপী অমা য়েংঙুক হায়রগদি মনা নাখুন হুৎপরা, মখনাও তিংখল য়াওবরা য়েংঙদবনিকো।

রাশেশ্বোরী : নখোয়গী পাবুংগী মতৌসিগা ইবুংঙো, নখোয় নখোয়গী অপান্বনি হায়দুনা মখূৎ চাবা য়াদবা পুরক্লবদি করি কান্নদোইনো ? অহলসিগী সেবা চৎপা য়ানবা ব্রাহ্মণ শাগৈ থীবনিনহে, ইমানা।

দয়াআনন্দ : ব্রাহ্মণ শাগৈগী মশক মতৌ ফজবীশিংদো মৈতৈ নুপানা লোইনা লৌখ্রবনি। ব্রাহ্মণগী নিঙোল অতা অতুদো লৌগদবগী শরূক মৈতৈ নিঙোল ফজবী অমা লৌবনা ফৎত্রো? ইমানা পুশিল্লকইবা নিঙোলশিং অদুদি হৱাইজার মৈরৌ হেনজিনবা মানবা ঙাক্ত, অদুসু মরু অকুপ্পীগী ! মখোয়দুবু লৌদৌ শরূক, ঐখোয় তামোগীসিনা হেন্না ফরে।

রাশেশ্বোরী : করি নোই তামো কৈদৌরবা ? হা ! হায়য়ুনহে নঙবো, কৈদৌরগেমি ? ইস! মীহুনকাসে তীং- তীং লাওইকো ঐ।

দয়াআনন্দ : হো, মীহুন- তীং- তীং লাউরগা করি কান্নদৌরিনো ইমা। মীগী মশানা পামজবদুদা, মশানা খোইদাজবদুদা ইমানা ক্রোস থিক্কিং তৌরুরনু।

রাশেশ্বোরী : নত্তেনহে নঙবু ফাগী তৌরনুনে, মোই ঐজ্ঞানা তাথ্রগা ঐবু চৈবদা লোইররোই হায়বনি। ঙাইখো নোই পাবুংনা তাদ্রিঙৈদা কনানো করিনো অমুক্ত হায়য়ু।

দয়াআনন্দ : ঐসু খঙদে তামোগী দাইরি মরক্তা য়ুম্নাক্লা থিংজ্জম মশক্লা ফজথ্রবা, ইশ, মশক্কী হায়রুরবদি ইমা ফজেহে, মমিংনা লৈশ্না, 'খোয়গী তামোদি খনববু য়াম্না হৈনে, তামোগী নরাশিদো ঐসু ওইগেকো।

রাশেশ্বোরী : ইস ! মাঙঙেদনা মাঙঙেদনা ! শ্রীরাধাগোবিন্দ ইবুংঙো, লৈকায়সিগী মমাঙদা ওম্থোক্লা ইকায়খ্রনিদকো ! মৈতৈ নিঙোলদুবু থোক হেক পুশিল্লকও, মোই ঐজ্ঞাদি শাগৈসিগী মমাঙদা চঙশি হেক শিরনিদকো।

দয়াআনন্দ : শিরনিহে, চঙশি হেক শিরনি মীগী অপাম কাদ নুংশি কাদক্কানে খুরৌ লাংয়েৎনবিরুরনু। হৌজিক মতমদবু করিগী মাংবা শেংবা, মৈতৈ বামোন ! য়াওল ইহৌ অমা লাক্লবনিকো ইমা।

রাশেশ্বোরী : করিগী য়াওল, করিগী ইহৌ ? শ্রীরাধা গোবিন্দগী মপাল মচুম চাদুনা লৈরি। অসুক চাউবা লাই অমা লাৎলিবসিদা, ইচাগী ইমৌনি কায়না মীগী মমাঙদা করম হায়না ইমৌনে- না ওক্কদৌরিবনো? *(তাল্লক্কুদা নিত্যাই চঙলকই)*

নিত্যাই : ইমা, ঐখোয় দয়াআনন্দনা করি হায়রিনো ?

রাশেশ্বোরী : ইমাগী ইবুংঙো, ইচাদি মরম মোকপনিকো, অহল লমনগী খনথ্রপোৎনি। নোই পাবুংনা য়াদবা থবক্তি ইচানা তৌরক্কনি থাজদে।

দয়াআনন্দ : থাজরুরনু, হয়েংদো থোক্লক্লগদি থাজরনি। তামো থাজহল্লো।

নিত্যাই : ইমা, ঐঙোন্দা য়ুম পাল্লো হায়বদুদা ঐসু য়াম্না বানা উচিন নাচিন্না থিরিপোৎনিদা, ইরায় লায়না ফংপোৎ নত্তে। শি ফাওবদনে ইমিং ইথাগা লোৎচরিপোৎনিদা।

রাশেশ্বোরী : করি, নমিং নথাগা লোৎলিবা, নঙনা য়াবা থবক্তো ঐনা হেক্তা য়াগদবা নত্তে, পাবুংনসু য়ারোইনে। মমা মপানা মচা চাউনবা য়োক্লিবসিবু চাউরবকান্দা হামুক তৈশিন্নবরনহে।

দয়াআনন্দ : হামুক তৈশিন্দেনা, উফুলসু তৈশিন্দেনা, ঐখোয় তামো মরাল লৈতেনা। তামো ঐখোয় ইতৈমা ওইদৌরিদো মমিংসু মশকসু ফজে, লাইরিকসু হৈ।

রাশেশ্বোরী : করি লাইরিক, চন্দোল উপু থাংদোকপা য়াদবা নুপীদুবু নুপীরনহে ? শাগে জাংকী মমাঙদা ইমৌনি হায়দুনা পুথোকপা য়াদবদুবু লৌরে হায়রগা করিবু কান্নদৌরিনো?

নিত্যাই : ঐখোয় ইমানা অহিং পংকাদা কায়হে, মীগী মচানা লৈবিনি লৈবিরোই হায়বসু খঙদবা, ঐবু হেক্তা পান্থীরমদৌ মানবরো? মফৎত পংঙাংদা ঙাংঙেমি, ঐখোয ইমাসে।

দয়াআনন্দ : তামো, ঐখোয়বু হৌজিকপু বামোন নুপীবু কদাইদগীনোমে? ঐখোয় ইমাগা, ঐখোয পাবুংগনা পুশিল্লকপসিনা মখোয়গী মরী ঙাক্তা ! ইকায়জদ্রমি মীগী মমাঙদা, মরী মতা লৌনবা য়াবা শাগৈসিদা পোক্লম্মিসিবু করিগীনোমি হে রাধাগোবিন্দ !

নিত্যাই : দয়াআনন্দ ইবুংঙো, নঙনা করি করিনো পংঙাংদা ঙাংথোকউবিনিনে হন্নাদা ! ইমা, পৈশা খিত্ত পীয়ুবা ! ঐনে নহান ঙাগী ফার্ম তৌনি হায়দুনা পৈশা লৌবদো ঐখোয় খরা খরা অমুক চেনখৎনদবা য়াদরে।

রাশেশ্বোরী : লৈতে লৈতে, পৈশাক অমত্তা পীরোই, নঙ ঐনা হায়বা য়াদ্রিমখৈ পৈশাক অমত্তা পীরোই, ঐনা হায়বদো হেক য়াদবদনে নমিংদো তুলসি মনাদা হেক ইরেদনা, নুপাসু নুপীসু চরনখাদা হেক থমখিবদনে পুমকায়।

দয়াআনন্দ : হৌজিক্তি ঙস্মনি রাধাগোবিন্দদো লেঙবা, ইমাগী পাঙ্গলদি য়াওদনা কনাগী চরনখাদবু থম্মুদোইনো ? থম্মু, য়েৎতা লৈরে ইচানি, ওইদা থম্মে ইচানি হায়দনা হোরেল হয়েং ঙাইঙমদনা পুশিনজরকচনি। চরনবু কয়াম লাপ্লগে ?

নিত্যাই : ইবুংঙো নঙবু ইমাদা পংহায়দা হায়জিল্লনু হায়বনি। ঐখোয় ইমাসে ব্রান্থ তারেমি, বি.পি. গা ব্রাংঙস্মনি। ইমা থাজরুখিনু, য়াম্না থাপ্না থমখিসি, পৈশাদো খিত্ত পীয়োবা।

রাশেশ্বোরী : শে শে নঙ পাবুং তাদ্রিঙৈদা ইমা ইচা ব্রারী লোইথোক্লসিকো। নখোয় পাবুংগী খোঞ্জাও লাক্লবদিনে লোইরে লোইরে। মীগী মচাদো তথি তথিনা হ.ঃবিরুনিকো।

*(ঐজ্ঞা তোম্বা লাউর লাউরগা শঙ্গোম য়োনবা চঙলকই)*

তোম্বা : শঙ্গোম ,শঙ্গোম, শঙ্গোমসি থকপদা অমুবা মীসু ঙৌথোকহল্লি। অঙৌবসু মশা ফহল্লী, ব্রেন ফহল্লি, মেমোরিদি ব্রান্দরফ্ ল ! ঐজ্ঞা গৌরশ্যাম, শঙ্গোম লৌবিহৌরো ।

রশেশোরি : ইবুংঙো তোম্বা, নঙগী ঐজ্ঞাদি লৈতেনহে ঐনা লৌহৌবা য়াদবরো?

দয়াআনন্দা : ঐজ্ঞা তোম্বা, শঙ্গোমসিবু অথকপা মীনা নৎত্রবদি লৌবা য়াদ্রো?

তোম্বা : ইবুংঙো দয়াআনন্দ, হৌজিকসে মতম য়াম্না ফৈ, মতম খোঙচৎ কায়দে, মীসে খোঙচৎ য়াম্না কায়নে, মী ফত্তেনে । ঐগী শঙ্গোমসিদা থৌরানিনা ইচাশিং কোন্ননবা হায়দুনা ঈশিংদো য়ালশিল্লো ঐজ্ঞানা শঙ্গোমগী কালিটি হন্থরে হায়না চৈরকও, চোপতৌরিসে ঐ নৎত্রো? হৌজিক কানগী নুপীশিংসে ঐদি থাজদে।

নিত্যাই : ঐজ্ঞা তোম্বা, ঐজ্ঞানা হায়রিসিবু ঐখোয় ইমাবু থাজদে হায়ব্রো ? থাজদ্রগনা ঐঙোন্দা পীরমমোদনা।

তোম্বা : থৌরানিবু করিগী থাজরোই, ঐনা থাজে । বামোন নিত্যাই, নঙ- ঐ ব্বারী অমা শান্নগদবা লৈকো। থৌরানি, শে ঐঙ্গাগী শঙ্গোম, নকলিদি তাহনগনুকো ।

রাশেশ্বোরি : অসিগী বামোন তোম্বাসিদি, মানা ঙাংবসে হেক্তা নোকনিংই। অদুদি বামোন তোম্বানা পুরকপা ঐঙ্গাগী শঙ্গোমনি হায়রগেকো, ঐ চঙঙগেকো।

নিত্যাই : (পাখৎনা) ইমা, চঙদ্রিঁঙেদা পৈশাদো পীরম্মোবা, ইমা, ঐনা হায়বদো কোক পীরোবা ।

দয়াআনান্দ : ইমা, ঐখোই তামোগী পৈশাদো অদুম পীবিখো, তামো ঐনসু তেংবাংবীরিনিকো. কাউজনু ।

তোম্বা : থৌরানি নচানুপা কোকহন লাইহন নিত্যাই, ধর্ম্ম অনীগী তাইশিম্বা ঙম্বা তা নিত্যাই, নিত্যাই ! ফৈ।

রাশেশ্বোরি : ইমানা য়াদবা থবক্তো নঙ পাবুংনসু য়াদৌবা লৈতে, ইমানা হায়বদো কাউনুকো ।

নিত্যাই : তানিংদেবা ঐখোয় ইমাসিদি, অদুগী ব্বাদো তানিংদেকো। ইমানা হায়বা খুদিংদি ঐনা তারিসিদি, ঐখোয় ইমা নুংশিবী, ঐনা হায়জবদো য়াবিয়োবা।

রাশেশ্বোরী : ফরে ফরে সে সে পৈশাসে লৌরো। ঐনে নহোই পাবুংননে করিগুম্বা খরা শিন্নরম্বনি, লাইরিক থীয়ু হায়রম্বনি। মদু অমুক্ত থীরুখিগে। লম হেনগনুকো নিত্যাই , ঐ চঙগগেকো । *(হায়রগা চঙখিবা)*

দয়াআনন্দ : হেল্লোই, হেল্লোই ইমা, তামো ঐখোয় ইমাগা পাবুংগসি ঙসিগী সোসাইটিসিদা চন্নবা য়াখিরোই। তামো নহান্নে, ঐখোয় পাবুংনা নুপী অমা য়েংঙুচো হায়দুনা সেকমাইদা চৎলেবা অদুগনে বামোন নুপীনেনা মখুবীগসে অনী লোংঙেমি, ফিগরদুদি ব্বাহ! ফজরে, বালতিন ফিগর।

*(নিত্যাইনা ফাক ফাক নোকথোরক্লগা)*

নিত্যাই : অদুদগী কমদৌরবা ?

তোম্বা : ঙাইখো নিত্যাই, কাউগনু নঙদি পাখঙনি ইন্দিপেন্দেন্ট ফিগরনি । নঙগীদো, মাই লব- ফিয়ুচর ফাওন্দেসন ! নঙগা মাগদং, অনীখক্তুংদো নুংশিনৌ । অতৈদি দেম ক্যার, মশক থিবী নুপী লৌরুনু, চাকখুম মোৎলে, ইঞ্জাং হাউতে । মখা তারকউ দয়াআনন্দ ।

নিত্যাই : হোয়নে ঐজ্ঞা, ইনাওগী ৱারীসে নুংঙাইদৌবা মাল্লে । মখা তাশিকো ঐজ্ঞা, অদুদগী নঙ করম হায়না নানথোরকইনো? ৱাবীগা শান্নবকপ্রো ?

তোম্বা : লেম্না মাঙঙরোইদবা বামোন মচানি, বামোনগী লৌশিংদো হাযবকও, নঙ ঐজ্ঞনা নুংঙাইনা তারি

দয়াআনন্দ : তাও'বা ঐজ্ঞা, মশকতুগা ৱারী শান্নবদুদি আ- দা লাপ্পা থমখ্রো। মমাযদু উবদা খঙপ্রেক খঙদুনা ফমবা ফাও ফম্মমদ্রে । ঐখোয় ইমান্নবদো গাড়ী পার্কিংদা ঙাইনসি হায়নবনি, মাদি লাকত্রিমাল্লে, ঐ ওইনা ঙাইবীরুরগে হায়রম্মগা ঐসে হোৎতুনা চেনথোরক- এ, ঐগী ইশক্কা অমত্তা তাকথোকলমদ্রে।

নিত্যাই : তৌনিয়ে নঙদি, অদুগুম্বদো য়াম্না হৈনজবদো ! ঐ ওইরদি অদুম ইয়া ইয়াদা লোইরনি, লৈথোক লৈশিন হৈহে। নঙ পাবুংগা ইমাগদা হায়দোকপা য়াদেকো ঐগী ৱারীদো। হেক হায়দোকপদা কৈদৌগে য়েংঙু ।

তোম্বা : পাখঙ ফারকপগী ৱারীসিদিনে ইবুংঙো, নখোয়গী ইমাগা পাবুংগদা হায়দোক্কনুকো। ঐদি খঙঙসু নঙোন্দা হায়দোকত্রিসিনি ।

দযাআনন্দ : ঐসু হায়দোকপিরোই’ বা ঐজ্ঞা, তামো হায়দোকপীরোই’বা, নোই নমান্নবা ময়াম্না চাক চাননি হায়বদো, কৈদৌঙৈনোবা? ঐবু অমুক্ত পুবিয়োবা।

নিত্যাই : চৎলোহে ইমুংদা চঙঙোবা, শোয়দনা পুবিগে- বা। নঙ মদুসু পা'বুং তাননবা হায়রক্লবদি ঐ শিরোইদ্রা ।

দয়াআনন্দ : চঙবিবগে, ঐসু খঙঙে নবান্নীনা ৱারী শান্নদৌবিদো। ঐজ্ঞ তোম্বনা শঙ্গোম থিনবা লাকপদা তামোগী কবিনো অমা পুবক- এ, ঐ খঙঙে, ঐ চঙঙগে, শান্নজহৌবো ৱারীদো, কো বামোন নিত্যাই। (*ময়াম্বনা ফুরকতনবা চেনশিনখিবা, ময়াম্ব,,স হাইফেৎ তান্নবা)*

নিত্যাই : মসে, মসে, মসি অঙাংসে শেৎ থাববু ।

তোম্বা : নিত্যাই তান্নকুনু তান্নকুনু, কান্নবোই, ঐঙোন্দা লৈবিব' পাউখোংসে চল্লগে, ফোংঙরো লাকও।

নিত্যাই : চল্লকও পাউখোংদো ঐজ্ঞা ফোংঙাগে ।

তোম্বা : নৌবিবী নুজা অমখকনা তমবা নুপা অমখকপু ঙাইজহৌই, হায়নখিবা মতমদি মানা খঙই হাযহৌই ।

নিত্যাই : নুজাদুনা- লৈম্না, তম্বা নুপাদুনা - নিত্যাই ।

তোম্বা : লোইরে, ফদিগোম তাইমিং লোইবে । যাববনি নঙ অদুম চৎলুরো। শাবি শানৌ অনীগী পাউখোংদি নখোয় মঙাইরেনে হৈরিবা ।

নিত্যাই : ঐজ্ঞা তোম্বা, ইমাগা পাবুংগদি তাহনখিরোইসিকো, হেক খঙখিবদা পুমকাই- পুমতোই, চৎলসি লাকও পাউখোংসু ফোঙঙবনিনা চৎফম থোকপা মফমদুদা চৎলুরসি । *(মখূৎ শম্নরগা চৎখিবা)*

-- ( )--

মঙাং মতম ৯:২৫ - ১০:১৫

তাং ৮।১২।২০১০

# মরিশুবা উৎপা

*( ৱাতেম্বা হরাউ নুংঙাইনা ঙাঙ- ঙাঙদুনা থোরকই।*

ৱাতেম্বা : নুংঙাইখ্রেদা, হৌজিক্কী মতমদা পৈশা পায়দবকাসিসু, তূমফম চাফমগসু নে- না হেক তাই, পৈশা পায়রল্লবদি ঐখোয় ইমুংগী গেৎ লাউনা হাংঙিবসি হাংঙোইদো। ঐখোয় ববানদি ঐঙোন্দা থবক তৌ তৌ হায়রিবা ঐনদি সরকারগী থবক তৌনিংদে- বা।

*(মচে লৈস্নাসু তাঞ্জাদুদা থোরকই।)*

লৈস্না : ইবুংঙো নঙ ববানা নঙোন্দা শিন্নবা থবকশিংদুদি করম হায়না তৌরে। ঐখোয় বাবাদো থবক চৎখিবগী তৌনি, হনজিল্লক্লদিনে নঙবু চৈবিররোইদ্র'বা?

ৱাতেম্বা : চৈরোইদা ইচে, ইচে, কৈনোমা হংগেবা, নহানসে ঐখোয়গী লৈকায়দা লীলা অমা তৌইদনা, লীলাদো য়েংবা লাকপদা বামোনগী ইতৈমগী মনাওনুপী অমা লাকপদো মমিংনা রাধিকা কৌবীদো ইচে ফজবরা ?

লৈস্না : উম মশক ফজে মরমসু মোকই বামোন ইনম্মগী করিগুম্বা অমা থোক্লকপদা মা হেক্তা লাকই, থবক তৌবদসু ইচু তাই, ঐগসু খঙনৈ।

ৱাতেম্বা : অদুম ফজবনে অদো অদুম য়াবনে উম অদুগীদো নুংশিবনি অসুম পামজরিবা। সুম... হায়নিংঙকপদো।

লৈম্না : অদুইদো পাম্মুরনুবা অদুম হায়নিংঙুরনু হায়বা য়েংঙুরনু হায়বা ঐখোয় ববানা য়াগদবা লৈতে হায়বা ঐখোয়না মৈতৈনেবা মখোয়ননে বামোন।

ব্রাতেম্বা : ইচে, নুংশিবগী মফমদবু জাতি বিজাতি খায়ব্রো ? নুংশিবা হায়বসিদি মশক থীদে হায়, নুংশিবা হায়বসে য়ূম্নাক শাগে খন্দে।

লৈম্না : ইবুংঙো, য়ূম্নাক খল্লক্কনি, শাজে জাৎ থীরক্কনি, নুংশিনবা হায়বসে হেক্তা য়াদে, য়ূম্নাক অমা, শাগৈ অমা, খাবৈ অমা, চাকচা অমা, হেক্ত মান্নৌ য়াপোৎতেদা।

*(তাল্লক্রুদা রাধিকানা কৌরকই)।*

রাধিকা : হো ব্রাতেম্বা, নখোয়দা হৌবা নোবাবতো য়াম্না চানিংঙে।

লৈম্না : ইবুংঙো, অচংবা মীগী ব্রারী শাননু হায়বদো চপ চানা হেক থোকইদা, মাগীসিবু কদাইদা লাকইজাৎনো?

ব্রাতেম্বা : চানিংঙদি হেকঁউ লাকওদনা, ঐখোয় ইচেসু লৈয়ে, লাকও।

রাধিকা : হোয় লাক্কে লৈরম্মুকো।

*(রাধিকা চঙলক্রিডৈ মচেনা ব্রাতেম্ববু চৈ)*

লৈম্না : অঙাং নঙ য়াম্না তৌ ঙম্মীকো, ববা লাকঅদি মীগী মচাসিগী মরমদা হংঙক্লবদি নঙবু করি হায়না খুমদৌরিনো? ঐদিনে, ঐখোয় ব্রাতেম্বগী মমান্নবনি হায়দননে থোক তাকথোকচরক্কনি।

ব্রাতেম্বা : *(করিমত্তা ইকায়বিদে)* থোক তাকথোক্লবদি ফন চোংঙগা চেনমিন্নরগা লোইরে। *(তাল্লক্রুদা রাধিকাসু য়াম্না খঙনবগী মওংদা ইকোয় কোয়দনা য়ূমলৈ কৈরৈ য়েং য়েংদুনা চঙলকই)*

রাধিকা : ব্রাতেম্বা, নোই ইমুংসিদি য়াম্না নুংঙাইদৌ মাল্লে, য়াম্না চিকনা লৈরম্মিনা। কদাই, নোই নোবাব হৌয়েদো কদাইনো? নহানগী য়াম্না হাউবদো?

ব্রাতেম্বা : লাওনে তাকপীগেনে তু আদা ! হৌরিসিনি, হেকউসিরা?

লৈস্না : ইবেম্মা ইচে হেকপীরুগেদা ইনাওনবু চানিংঙবদি !

রাধিকা : হৈমা ইচেসু য়াওরম্মিনা ইচে য়াম্না নুংশিয়ে ঐনে নখোয় ইমুংসিদা য়াম্না লৈনিংঙেমি !

ব্রাতেম্বা : রাধিকা ঐখোয় ইচেদা হৌজিল্লো অদুম হায়না ঐখোয় ইচেদি য়াম্না ফবনে, অমুক্কা হায়য়ো অদুম য়ারক্কনি।

লৈস্না : ইনাওনবু লৈনিংঙবদি লৈমিন্নসিনে, ঐসু ইথন্তনে নুপী অনীশুরবদি নুংঙাইরনি ঐদি।

বাধিকা : ইচে, ইচেহোযগী ব্রাতেম্বসে নুংশিজাৎনি ইঙো, মবুক য়াম্না চম্মে, ব্রারী শাবসু য়াম্না নুংঙাইজাৎনি। মশক্কাসে নুপা মাল্লদনা কয়াম য়েংবা নুংঙাই।

বাতেম্বা : রাধিকা নঙনা হাযরিদো অচুম্বেরা? ঐসু নঙবুদি শেংনা নুংশিদা।

লৈস্না : তানিংদেহে মসিগী অঙাংসিদি, মীনা শুম ইচিন ইনাও ওইবগী নুংশি হায়রগা। অঙাং অসি ইকায়রম্মনি।

বাধিকা : ইচে অদুম য়ানৈয়ে ঐখোয় অনী ব্রাতেম্বনা হায়রিসে ঐসু অদুম হাযবা হৈ। ব্রাতেম্বা ইবানি নুংশিনরিনিকো।

লৈস্না : হৈমা হৌজিক্কান অঙাংশিংসিদি য়াম্না ইকায়বা খঙদেমি কৈনোমনিনহে। ঐখোয় ববাসু লাক্কনি ঐ চা লোল্লুখিগেকো ইবেম্মা।

ব্রাতেম্বা : ইচে চাদ নত্তেকো রাধিকা নঙদি করি চানিংঙি? চানিংবা অমা হায়য়ো ঐখোয় ইচেগীদি য়াম্না লৈবনে, অচাপোৎ য়াম্না থম্বনে।

বাধিকা : ইচেনা পীজনিংবা অমা হেক্তা য়াই, ইচেনা ঐগী পংব্রাদ ব্রাবিদৌরবা?

লৈস্না : কৈদৌবগী ৱাদৌরিনো? য়ূমদা লাকপগী ঐনা ইনাওদা পীজনিংবগী তৌবনে। ঐ লোল্লুরগেকো। *(হায়রগা চঙখিবা)*

রাধিকা : ৱাতেম্বা, নোই ইচেসে য়াম্না নুংশিয়ে। নোই ববা করি থবক তৌরিনো?

ৱাতেম্বা : ঐখোয় ববাগী থবক্তি হায়স্কুলগী ওজানে, মেথমেটিক্সকী ওজা ইবোহল মমিং তাব্রা?

রাধিকা : ওহ, অদুদি লাইরিক তাকপা য়াম্না হৈবা, য়াম্না চৈগনবা ছাত্রগা য়াম্না ফুগনবদো। অদুদি নহানৱাই ঐখোয়বুসু তাকপীরকএ।

ৱাতেম্বা : বাধিকা ঐখোয় ববাবুদি অদুম খংঙক অনীবা, নোইগী পাবুংসু বামোন্দা য়ক লাউবিনিনে, ঐখোয়গীসু মৈতৈদা য়ক লাউবনিদো। ঐখোয় অনীগী পুন্সিসিবু ফাষ্ট ৱার্ল্ড ৱাররা নত্রগা সেকেন্দ ৱার্ল্ড ৱাববা অদু গুম্বা অমা তৌরবা যাইনে।

রাধিকা : তানিংদেহে ৱাতেম্বা, ঐখোয় পাবুংগা নখোয ববাগা ঙাইহাক খৎনজরবসু, ঐখোয় অনী, পুন্সিগী লম্বীদি পম্বুং যৌবেদনা।

ৱাতেম্বা : অশেংবমক্কীরো রাধিকা? তশেংবমক্কীরো ঐখোয অনীগীসিবু? নঙনা নুংশিরিসিবু অশেংবগী *ফ্রেন্দ* অমগুম্না নুংশিবিবা নত্রো? ফাগী নত্রো?

রাধিকা : এ: ৱাতেম্বা, নঙসিদি মীতা অমনিহে, নুপী অমনবু নুপা অমদা নুংশি হায়বসিবু পংহায হায়বা য়াব্রো? ঐদি নোবাব চানিংদুনা লাকপা নত্তেয়ে, নহান লীলা য়েংবা নুমিৎতা উখিবদুদগী অদুম ঙাওদুনা লাকইনে ।

ৱাতেম্বা : ঐসু নঙনা য়ারক্কদ্রা য়ারক্লোইদ্রা খঙদবগী ৱানেবা। অস নুমিৎতুদা ঐনা নঙবু নুংশিবসে খৃৎনুংশি অমনি। নুংশিবকাসে ঙাওই, পামজবকাসে য়েংনিংদুনতা লৈ-কা হায়বদো চুমজাৎনি।

রাধিকা : ঙাওদ্রনে, নঙনসু নুংশিবা ঐনসু নুংশিবা, সিদা নত্রো মীনা লৌন লৈনবা কাইনা হায়নরিসিবু ?

ৱাতেম্বা : অদুদি ঐখোয় অনীসু লৌনদৌরবা, অদুদা ঐখোয়গীবুদি কৈসু হায়রোই'বা, নখোয় পাবুংনা বামোননে হায়বদো অস! য়াম্না হৈনদেয়ে মদুগী থবক্তো, চঙনবা চঙনদবা, মৈতৈসে মাংঙি কা হায়বদো।

রাধিকা : হৌজিক্কী মতমদবু। মখোয়দো চাওখৎতবনিনা মাংঙি মাংদে হাযবগী ৱানি। ঐগীদি নুংশিবা মশক ফজে চানিংবা য়েনশাং হাউখ্রে, খঙলবরো, হো ইবুংঙো । *(মমায শৎ নানবা)*

*( লৈম্নাসু মতাংদুদা চা পুথোক্লগা থোরকই।)*

লৈম্না : ইবুংঙো, ইবেম্মা সে চা সিদা লৈরে। হাউনি হাউরোই হায়বদি খঙদেহে পীথকনিংদনা তৌবনে। সে সে.. *(হায়রগা চা লানশিল্লি, মখোয় অনীসু অমমম লৌই। রাধিকা য়েংঙগা হংঙকই)* রাধিকা নঙবু মৈতৈ মখূৎ চাবরো, ঐনা লোল্লকইবসিবু যাবরো, ঐনা লোল্লিবসিবু থক্কদ্রো?

রাধিকা : ইচে মাংবা শেংবা হায়বসে মী মীনা খাযবগী ৱানিদা। ইচেনা লোনবা চা ঐনা থকপা ফংঙিসে ননাওগীদি লাইবক য়াম্না ফরবনে।

ৱাতেম্বা : রাধিকা ঐখোয় ইচেগী চাসে নুংতিগী থকসিকো।

লৈম্না : মসি অঙাংসিদি মমায়সে য়াম্না কল্লেমি।

রাধিকা : ইচে চাসু য়াম্না হাউরে অদো ঐ ঙসিগীদি চৎলগে। ৱাতেম্বা থীন্দোকও লাকওদনা নয়ূমদা মী লাকপনিনা।

ৱাতেম্বা : অদুসু ঐ খল্লিনিনে, ইচে, ঐ থীন্দোকপীরুখিগে।

লৈম্না : ইনাও অমা ওইনা ঐনসু থীন্দোকপা য়ারোইদ্রা?

ব্রাতেম্বা : হোল ফেমিলি ওইনা, অদুনবু য়াম্না ফরিনে, রাধিকা কো। ঐখোয় ইচেসু য়াওরবদি ঐখোয় লোইনা খঙনরেদনা।

রাধিকা : ইচে নুংশিবী ঐদি য়াম্না নুংশি'মি ইচেসে ইচেননে থীন্দোকপীগেক হায়রিসে রাধিকা ঐঙোন্দদি ইনৌ নৌবা ইচে অমা ফংজবগা চপ মান্নে। ইচে ঐদিনে বামোন নুপা পামদেবা, মৈতৈ নুপা পাম্মী ইনম্মা, কাইনা কৌনিংবনা শিদৌরে ।

লৈম্না : ফরে, ফরে, ইনাওগী পূক্লিংগী অপাম্বদো ফংজৌকো, লাকও লাকও চৎমিন্নরসি লাকও।

ব্রাতেম্বা : ইচে, নঙ মাঙদা চৎলো ঐখোয় অনী তুংদা লাককে । লব তোলকিং হি হি *(নোকপা)*

লৈম্না : হুং ! মমাইসে ইকন কল্লদনা । ফরে ফরে চৎলগে লাকউকে অঙাং নঙ হৌজনুহে।

*(ব্রাতেম্বা, রাধিকা অনীনা চপ মান্নন 'হোই ইচে' হায়রগ তুং ইন্নখিবা)*

-- ( )--

লুৱাং মতম ৩:০৫

## মঙাশুবা উৎপা

*(গৌরশ্যাম মাগী ইমুংদনি। ঙসিগী তাইবঙপান্দা চৎনরিবা তৌনরিবা কয়াগী মরমদা পেন্দদুনা মথন্তা ঙাংলি।)*

গৌরশ্যাম : করি যুগনো কনানা হায়রগা লৌগদৌরিবনো? ইচা খঙদে মীচা খঙদে, ঐখোয়দি অঙাঙ অঙাঙবনা পংচাউদা চাউনৈ। ঈরুজদ্রিঙৈদা ইচিন অসিদা করিগুম্বা অমত্তা কক চীক্লিংদে, হৌজিক্কানগী অঙাংশিং অসিদি চাশিল্লিবা থকচিল্লিবা মহা অঙক'পনি।

বাশেশ্বোবী : মোই ঐজ্ঞা, মোই ঐজ্ঞাননে হেক থোক্লুরগা হঞ্জিল্লকপসিদনে ঙাঙখিবসিনা, কনানবু তাবিদৌরিবনো? কনানবু য়াবিদৌরিনো কনানবু লৌবিদৌরিনো, ঐজ্ঞানসুনে খবখিৎ হেনমনখ্রে ঙাঙবসে।

গৌবশ্যাম : হাইট, নঙদুম চৈ চানি হনুথংদা, নুপী ফুহৈদেকা লৈপোৎতেকো হনুরসু, নঙ হেনজল্লক্কনু রাশেশ্বোরী।

বাশেশ্বোরী : হৈমা করিনোনেহে, করিনোনে ঙাওবু ঙাওরক্কবরা মোই ঐজ্ঞাসিবু চখোকওদা ফুগেগা চৈগেগা অঙাং মচাদৌনা ঐবো?

গৌরশ্যাম : করি, অঙাং হায়বা লৈবরা, অহল হায়বা লৈবরা, ঙাঙঙিবসে ফনবনিদনা, ফত্তনবা ঙাঙবরো ঐবু নচানুপা অনীদুনা হৌজিকফাওবা তুম হৌগৎত্রিদুনা ব্রাহ্মণ অমগী শাগৈদা পোক্লগবু হৌনব্রা অদুবু ?

রাশেশ্বোরী : হো খঙদ্রে খঙদ্রে, ঐখোয়সুনে ফনা য়াম্মা ঙাঙবনি হো লৌবীদৌবনা লৌবিদ্রবদা করি উপাই লৈবগে মোই ঐজ্ঞা মপা ফত্তবনা মচা ফত্তবনিদনা মসি হেক হায়রবদি ফরৈনি হনুবা ।

গৌরশ্যাম : নঙ পংহেন্দি হেনজিল্লক্কনুহে পেম্মা হায়নরসিরো- হো লোইনবনা ফত্তবা শেম্বীবদি য়াম্মা ফৈ মমা নঙনা শূনিংদবদগীনে নচাশিংসে লোইনা শূনিংদ্রবনি, খঙঙাব্রা ইবেম্মা রাশেশ্বোরি।

রাশেশ্বোরী : হা হায়ো নোক্কুম নোকচনিংঙি মোই ঐজ্ঞানা নহা ওইরিবঁে মতমদদি গৌরিয়া চৎপীরকপরো? রাধা গোবিন্দগী সেবা কয়ারং তৌবিরকপগে? মোই ঐজ্ঞা ভাব তাবিদ্রবরো ? অঙাং মমাঙদা চোপ্তনা শিজনি করিবু থোকএনা তৌজশারিনে ঐসু হায়রকউরো ?

গৌরশ্যাম : নহা ওইরিবঁেনা নহা ওইরিবঁেদনিদনা, পাবুংগা ইমাগা লৈরিবঁেদদি ঐনা করি খঙঙুদৌরি? করি হৈরুদৌরিগে ? উম্ন সিমসু নীংশিংঅবনিদো, ইবেম্মখোয়নগা হেক্তং য়াবিরকপোৎতেনে, নঙমক্তা কোয়বদা মতম কয়ানো ঐনা মাঙখিবা অদুগা নঙমকনসু ঐবু ফত্তে ফত্তে হায়রিবনিনে। ঙমখ্রেদকো ইবেম্মা নঙসে।

রাশেশ্বোরী : চখোকওদা করি ব্রাতা লাক্তানেগে অঙাংশিংগী মমাঙদা ইকপু ইকায়জদ্রা ? হনুরক্কগা অঙাং ওল্লে হায়বদুরনে, তৌরিসিবু। *(তাল্লক্কুদা মচানুপা অতোম্বনা হকাম চল্লগা থোরকপা, গৌরশ্যামনা মচাবু য়েংঙগা)*

গৌরশ্যাম : গোং গোং ক্রিং ক্রিং হে, মীৎনা উবা শ্রীকৃষ্ণ লেঙখৎলসি লেঙখৎলসি দশর্ন তৌজরিয়ে।

দয়াআনন্দ : হৈনদেদা, ঐখোয় পাবুংসিদি, সিবু হৌনরিব্রমি ঐবু পাপ পুবা তারেমি ?

রাশেশ্বোরী : মদু থোক্তনবা ঐনা হায়দ্রো ? নোই পাবুং লাক্লনি হৌগৎলো হায়রেদনা। কদায় চৎখ্রে নখোয় তামোদি?

গৌরশ্যাম : এ: এ: অমসু হৌগৎত্রিবা, মসিদা তৌরনু হায়বসি য়াদেনেসে, হো শিবদা কপনিংদবা, চাথোকঅগে হায়বদা ঙমদবো, হৌগৎলো হৌগৎলো লেঙখৎলো, লেঙখৎলো।

দয়াআনন্দ : ইমা ঐখোয় পাবুংসিবু ঙাওরবরো ? মী মমাঙদা ইকায়জদ্রমি। হো পাবুং, লাউরিবদো নচানে, করিমত্তা খম্বিবা ঙমদ্রবরো?

গৌরশ্যাম : হৈ খম্বরবা তুংদনিনে, মপানা মচা ব্বারকপা হায়দনা ব্বারক্ল রিবসি। নোংমতা লাই সেবা চঙঙোসু য়াদবা, ব্বারী লাইরিক অমত্তা তাও হায়বসু য়াদবা। করিদা নুংঙাইদৌরিনো ঐবো, ঐনা হয়েং শিখ্রগা রাধা গোবিন্দগী সেবাসিবু কনানা তৌবিগদৌরিবনো?

রাশেশ্বোরী : হো মোই ঐজ্ঞা ব্বাননবনি কৈদৌরগে ? মতম মতমদুগী থোকপা অদুম লাকচনি। মতমনা অদুম ব্বারকচরক্লনি, মোই ঐজ্ঞাবু ঙাঙবদো খরা লেপ্পিরো রাধা গোবিন্দদো থাদোকপা হেক ঙমদ্রগননে , মোই ঐজ্ঞাসু শুকসি হেক শিবিরুরনু।

দয়াআনন্দ : পাবুংনা শিখ্রগবু শ্রীরাধাগোবিন্দ ইবুংঙোবু হুন্দোকপা য়াগদরো? নত্তেনে, লাইদুবু হব্রাই মতোননেনা কোৎলগা চাবসু য়াবা নত্ত, চেজেৎনে হায়দুনা হেক্তো থুপচিল্লগা থম্বা য়াগদরো ? ঐখোয়না থোকপা অদুম তৌজরক্কে। তূম হৌগৎতা ঙাইরিঙৈদা আর্তিনা মরোল অমা ওকশিল্লকপও কাংশিনা মরোল অমা খিংজিল্লকপও।

গৌরশ্যাম : ইবুংঙো তোম্বা, হো তোম্বা, হো হংকোক, ইপাননে নঙ অমদি ঙাঙন শব্লবদা খরা য়াগদ্রা হায়না খনবনি, নচিনগদি খুল্লকপনা, নঙনে চন্দোল উপুগা অমত্তা পায়হল্লরোই।

রাশেশ্বোরী : হাই তোম্বা, নোই পাবুংসে অহল ওইরকপদগীনে য়াম্না শাউগল্লবনিকো, নোইসুনে অহল অসিনা হায়বসে খরা ময়াওকো। অঙাং নোইশুনে, হায়সু হায়বনেবু ফৎসু ফৎমনদেহে।

দযাআনন্দ : হো পাবুং, পাবুং সে-বা পাবুংনা হায়বা য়াগেবা, চন্দোল উপুদো থাংদোকহনবিয়োবা, নঙ্গল নম্মুরা, হকচাং নম্মুরা? খোঙদ নম্মুরা *(মপাদা কিংকিং নম্বিবা, অহল ওইরবনিনা গৌরশ্যামসু নুংঙাইবা মতৌদা)*

গৌরশ্যাম : আ: নঙ্গলসু নম্মু, হকচাংসু নম্মু, ইচা তোম্বানা সেবা তৌববু অদুনিদনা ঙাইহাক চৈরুরবসু ইচানিনা হঞ্জিল্লকপদা নুংশিদ ঙমদেনেসে, নুংঙাইখ্রেদা মসিনিদনা ইচা পোকচবগী মহৈ য়ানবা হায়রিসে। অচাপোংকা ওন্নবসু য়াদবা, কাইথোক্তুনা চাবসু য়াদবা অশেংবা ইবল হায়বদো ইচানিদনা, ইস নুংঙাইখ্রেদা।

রাশেশ্বোরী : এ: এ: মসিবু হায়দোক্লুরগা শা-লান অমুক থোক্লদরনে তৌবিসিবু ? অহল অসিনা অসুক শেংজরিবসিদা ঈরুজদবা মমায় তাদ্রিবা মানা শোক্লিসিবু ? হো মোই ঐজ্ঞা অঙাংদো ঈরুজদবনে, করিনোনেহে মোই মপা মচাসিবু ।

গৌরশ্যাম : করি ঈরুজদেবা, রাধে রাধে, গোবিন্দ ইবুংঙো, ঐনা লেন্দৌরিবা পুন্সিসে লুখ্রেদা, অহল মতমনগা ওইশিল্লকপনে পাপলা, পুন্যরনে শ্রী রাধাগোবিন্দ ইবুংঙো।

দযাআনন্দ : পাপনসু নত্তে, পুন্যনসু নত্তে, হৌজিক হৌজিক পাবুংনা খঙখিদুদি। হৌগৎলকপদা ঙাইরিঙৈ, আর্তিগা ওকখ্রদাইনে, নুংশিবা নচাদবু মাংবা শেংবা 'মুক থমবীগে হায়বিরিব্রনে পাবুং? আর্তি ওকখ্রদি শেংঙেকো।

গৌরশ্যাম : হা, ঙাঙখৈ ঙাঙঙুরগা, ঐনা লাল্লবা, নঙনা ওইনা চুম্মবা! হোইদা, মীগী মচাগী মনপ তুক্কৎচৈ, ইচাগীদি থুম্মে হায়দুনি।

রাশেশ্বোরী : হো মোই ঐজ্ঞানবু য়ানিংঙবা, ননঙ্গলদা চোংখৎলে ময়ারে, কারগা চৎখ্রে ময়ারে, না পায়রগা চিংঙে ময়ারেদুনি। অঙাং অসিবু মতুংদা তৌরক্তনবা চৈ থাংগেদি হায়দ্রগা নুংশিবরোমদা চিংশিনখ্রেনেসে। শিদবু মপা ফত্তে হায়বসে মোই ঐজ্ঞানা য়াপোৎতেয়ে।

দয়াআনন্দ : ঐখোয় ইমা নুংশিবী, পাবুংদা অমুক মৈ চুশল্লনু। ইমাগী চিনগাইব্রানা ইপা ইচামুক চিক্লহনবিরনো, ঐখোয় ইমানা লুনা তৌবদি তামোনে। ঐবুনা পাবুংনা লুনা তৌজবা, ইপা ইচা য়ানজরিবা কো পাবুং।

গৌরশ্যাম : নঙগী মপা ফত্তে হায়বা ব্রাহৈদো হায়রক্কনুনহে, ইচা নুংশিবনা ঙাঙঙিবা ব্রাসে তাওনহে। ঐ ফত্তবা নত্তেনে, লোয়নবা নঙনা ফত্তদনা অঙাংশিংসে লোইনা মাঙহল্লেনহে।

দয়াআনন্দ : হায়দোরকও ইমা, হায়দোরকও পাবুংগী ফত্তবা, পাবুংসে নহানব্রাই য়াম্না ঙাওশিন্নে হায়য়ে মীনা হায়বদা, মচা ঐখোয়দি ফবু ফমল্লবনি।

গৌরশ্যাম : অঙাংশিংসু লোইনা ঐসে ফত্তে ঙাওশিন্নে হায়বসে মমাগী ব্রাহৈনা হেক্তা তাহনবা, লোয়নবনা ফত্তে হায়বসু মশানা য়ানিংদেনে। থবক শূনিংদবগী মকে শবান শেমবী, লাইনুংগী লুক কনানা হৌগেনহে।

রাশেশ্বোরী : হো মোই ঐজ্ঞা পংথেক থেক্কৎপীরক্কনু, অচঙবগী মপাউনে মশীং থীবদবুনে ঙম্মমম্লিনে, লাইগীলুক হৌসি হায়রগনে হেক্তা হৌদনা চেনখিবা, লৈকাইসিদা বামোন গৌরশ্যাম হায়না মমিং চৎলিসে, মসিদা ভাব তাবিরো মোই ঐজ্ঞা। ঈরুজথোকপা চৎখ্রগা তুমিন্না ফদি অচোৎপনা তৈথোকলগা লাকপদো ।

দয়াআনন্দ : ইমা, চৎতি চৎলিকো ঐখোয় লৈকাইসিদা বামোন গৌরশ্যাম হায়না। পাবুং মমিং চৎলিকো। ঐখোয় ঐজ্ঞাবোক্লা হায়বদো ঐ কাউদ্রিনে, নপাসে মঙাও থীবনিকো, অঙম অরাই খঙদবনিকো, লাইনুংদগী পৈশাকা হেক্তা লৌথোকপনি

রাশেশ্বোরী : চৎলোহে, নঙনে অহল মরক্তা শুম য়াওদনা নমাই নমিৎসু তাদ্রি, তুক্কচৈ, চৎলোনে নঙবু, চাদো থক্তোক্লবা তৌরুরোনে। নচিন ননাওনে বালভুগতো মচেৎ অমমমসু চাওকো।

গৌরশ্যাম : নঙনা হৌদোরকপদগী অঙাং অসিনা শিৎ নান্না হায়দোরকএ। অসিবু ঐনা লোৎশিল্লু য়াব্রাবা, ময়েক্ত হায়রক্লবনিনা।

রাশেশ্বোরী : ইবুংঙো নঙবু চৎলোদা।

দয়ানন্দ : হোই ইমা চঙলগে, পাবুংগী কৈনোমদি খঙঙেকো, ইমাগীসু খঙঙক্কনি। *(চঙখিবা)*

গৌরশ্যাম : ইবেম্মা রাশেশ্বোরী, রাশেশ্বোরী নঙগীসু শিৎ নান্না হায়দোক্কনিকো ঐনা। ঐনা খর নুংশি হায়দনা খঙখিবদগী নঙনা য়াহৌ থেংন থেংন হৌগৎলগা, নোংমতা মান্দব ব্রাই তৈপোৎতে, নোংমতা লাইপোৎ ফেংপোত্তে। লৈ নাচোম্না থেৎখিবসিনা চিনখিবসিনা ঈরুজদনা নাচোম চিনবী।

রাশেশ্বোরী : হে হে হরে হরে , ঙাঙথোরকইসিগা, রাশিদি হেক য়াওদনা, মদুদিনে মোই ঐজ্ঞানা তৌহঞ্জবা, শাজা- য়ুথক তৌদে, ব্রাহ্মণ শাগৈদা পোকপনি। লাইনিং লাইশোল ফজখ্রপোৎনি হায়দুনা খন্দুনা লাক্লগা, শবিনা লৈনুংদা ব্রারু চাবদৌনা পেদ্রেক পেদ্রেক ! মদুদা শক্তাদো নুংশিমন্দদনা তৌরোইদো হায়না তৌদবা।

গৌরশ্যাম : খঙপোৎতেনহে, ঙসি অহল অমা ওইরকনি হায়বসে, ইমা ইপানা ইথম্তা পোকপদগী লুনা তৌমনখিদুনা কেথোকপদগী লাইগী সেবা কাসে তৌহনপোৎতে। হৌজিক্তি দন্দিনা তৌদ য়াদবা সেবানিনা, ইমা পাবুংনা চৎলম্বদো ঐনা তৌরিসিদি ! হৌজিক ফরকপসিদি হায়দেনে নঙসু, নঙ হেক ঙাঙহৌরো ঐদি চৎলে । *(চঙখিবা)*

রাশেশ্বোরী : হো চঙনিংঙনিয়ে চঙনিংঙনিয়ে হৌজিক্তি লীলনা মখুন চঙলমদাইদা চুম্বগুম হনুরক্লগা ফরগা করি কান্নদৌরিনো, হো অচৌবা, ইবুংঙো অহল, নঙবু অমুক চৈবীতারেমি, নঙসু নপাদৌনা তৌরনুকো। *(ঙাঙ- ঙাঙলগা চঙখিবা)।*

-- ( )---

# তরুকশুবা শরুক

*(নিত্যাইনা মী অমা য়াম্না খৌরাংনা ঙাইজবগী মওং)*

নিত্যাই : অস ! চীং কাবনা ফৈহে, ঈপাক অমদা চোংথরগা য়ৌরনি খন্না ব্রাজবদুনা হেন্না ফৈ। ব্রাবদগী ব্রাবসে হায়নখিবা মী ঙাইবসিনি। মসিনা খ্বাইদগী অব্রাবনি। হৌজিক ফাওবা লাক্ত্রিনেসে। পুংসে থেংজিল্লকএনে। *(তাল্লকসিদা ঐজ্ঞা তোম্বা চঙঙকএ)*

তোম্বা : লাক্কনি খম্বা মহাক্তমক ঙাইব্রো ? লাকমিন্নবা ঐবুদি কাউরবরো? ঐগীদমক্তদি অব্রাবা লৈরম্মোইনে, নঙগীদি ফনবা ঐনা লোইনা শিল্লিবনি।

নিত্যাই : ঐজ্ঞা তোম্বা, নঙ ঐনদি কাউবা নত্তে'বা অদুদা মানদি ঐঙোন দা ঙাইরম্মু হায়রকপনিনা ঐসু মাবুনে' বা ঙাইরিসে। নুংশিবগী মহাউসে খেন্নেনে।

তোম্বা : মহাউ খঙবা বোক্ক, ওম্হোক্লা হাউনসু চাখ্রবোইদকো! নুংশিবা কাই'সে নুংশিখ্রবজাৎনিকো, নুংশিয়ু, নুংশিয়ু, নুংশিবগী নক্লা লাপ্লবা মতম অমা লাকখিনিকো। মতমদো লাক্লগা নঙনা খঙবা তাবনি, ঐনদি খঙঙুবা য়াররোইদনা।

নিত্যাই : অস! ঐজ্ঞা তোম্বা লাকত্রেমি, মাবু পুং কয়াদা হায়নরমগে ? ঐজ্ঞা তোম্বানা হায়বদো মানা ওন্নানা তারবজাৎলো হায়বনি?

তোম্বা : হেরা, নঙগী ঐজ্ঞা তোম্বানবু বামোন নিত্যাইগী ব্রাবু শেরান্নবা হেক্ত হায়গদ্রো? থম্মোয়দা কাপখ্রবা তেন্দুবু পান্দবা হৌনদেনে, ঙাইনফমদা অদুম ঙাইয়ুনে। তু আদগী ইপাক্কী লৈকোল নিংথিবদা শাৎলিবা থম্বাল ফজবসে য়েংদুনা লৈয়ু, ঐনা শোয়দনা কৌবিগে? *(তাল্লক্লুনা লৈম্না, বামোন তোম্বাবু উদবা মখৈ নিত্যাইবু য়েং য়েংদুনা চঙঙকপা)*

লৈম্না : তানিত্যাই, করিগীনো মুরুম মুরুম শোল্লিদো অরাপ্পদগী উই হায়বা, করি শোল্লিনো ? গোপাল সহস্ত্রনাম থীরি- রামি। *(তোম্বা উবদা )* হৈমা, ঐজ্ঞা তোম্বা ঐদি লাকইসিনিকো, ঐজ্ঞানা হায়রম্বদো ঐদি শোইদেকো ।

নিত্যাই : চৎলো হে, নঙ লাক্তে হায়দুনা শোল্লগা, কদায়দগী গোপালসহস্ত্রনামনো ! নঙসিসু ওখাক ভাব তাদেহে।

তোম্বা : ঘাড়ীগি কাটাদো কোয়না চৎলুরবসু লৈশিল্লো তাহন্নিংবা মফমদুদা অদুম য়াবনি। নুংশিবগী মফমদবু পুংশিং মাবু থেংবা লৈব্রো ? ফরে, লৈম্না নঙসু লাকলবনিনা ব্রারী শান্নহৌরো, নিত্যাই য়ারেনেকো। ঐদিনে আশ্বাইদা লৈরুরগে, ষন্নাও মচা অমা ফারগা মমৈ থেকতোক থেকচিন শান্নরুরগে ।

লৈম্না : ফনি ঐজ্ঞা তোম্বা । করিনো তা নিত্যাই, নঙনা ঐবু ভাব তাবা তাদবা হায়রিসিবু, লাকইসিনা কৈদৌরবা ? সি ফাওবদা স্কুলগী পেরেদ অমা লৈথোক্লগা মিস অমদনে ঐগী ক্লাসতো শিন্নরম্মগা লাক্লিবনি।

নিত্যাই : নঙনা পেরেদ লৈথোক্লসু ঐদি খঙদ্রে, নঙনা ভাব তারবসু ঙাইবগী ব্রারিবসে ঐনে।

লৈম্না : করিগী ব্রারীবনো তা নিত্যাই, উপাল- ব্রাপালনা পুমকোয় কোয়শিল্লবা ঈপাক্কী তনিকপদা শাৎলিবা থম্বালগী লৈকাদা

খোইমু অমখকনা ঙঙলিবসিসু অৱাবা ওইরমগদ্রনে? কল্লবা মালংগী শাহুমদা হাইনা হুম্না খাঙজরিবা থম্বালগী লৈকাদা কাইদোংবা য়াদ্রবা খোইমুসিনা হঞ্জিন- হঞ্জিন পাইশিন্দুনা কাইদোংনবা হোৎনরিসে য়েংঙু য়াদ্রো।

নিত্যাই : ফাগি নৎত্তে লৈস্না, নুংশিরুবগী অৱাবসিবু ঐ ইথন্তনা পংখন খনজিনবা তারগদ্রা ? নুংশিবা হায়বসিনদি ঐবু তুমফম চাফম খঙহনদ্রে, নঙগী মাইথোং অদুতনি উদুনতা লৈরিবসে।

লৈস্না : ঐসুনে ইচিলসিননে তা নিত্যাই কৌরিবসে লাপ্পবনি। থম্মোইনুংদদি নঙগা ঐগা অমখত্তনি। ঐনা নহাকপু নুংশিজবগী খুদম কয়া কয়া নঙনা খঙন- খঙনা লোংশিল্লিবা কারিগী ' া তা নিত্যাই

নিত্যাই : ঐগীসিবু লোৎশিনদা তারব্রা? ফোঙদোক্লিংবনা হেন, হায়দোকখিবনা খজিত্তং ! লৈতাফম খঙদ্রবা, ননাক্তদা লৈজনিংলিবা থম্মোয়সিবু উরম্লবদি ৱাজরিবা ঐগী মতেং পাঙবিরমগনিকো। নঙসুনে খঙনা খঙনা নাথৈবা হৈখ্রেদ' লৈস্না ।

লৈস্না : ঙাইখোসে তা নিত্যাই ঐ কৈনো'মা নীংশিংলকএ । ইবান্নি উন্নবদা হায়গে খনবসে হেক্ত কাওই ঙসিদি হায়রগে নিংশিংলিঙৈসিদা । নোংমনে, ইবান্নি খঙনদ্রিঙৈদা নুংতিগী ইতুংদা লাপতক লাপতক ইন্নরিঙৈ তা- নিত্যাই না ঙঙখিবা ঈশৈ অমখক্লা ঐবু ঙাওহনখি হৌজিকসু ইশৈদো তানিংঙি হৌজিকসু অমুক্তা ঙঙবিরক্কেরা তা নিত্যাই, ঐ য়াম্না তানিংঙেবা । ঈশৈদো ঐগীদি নুংশি- নাওথেম ইশৈনি, অমুক্তা শকও তারগে ।

নিত্যাই : *(নোক্লগা)* নহানৱাইগী ঈশৈদো, নুংশি নাওথেম ঈশৈ ! তানিংঙদি ফরে তারো ....

**ঈশৈ** *(হরাউ- নুংঙাইবা তান)*

নুংশিবী নঙগী মায়থোংদা
ঙাওহল্লে ঐগী থম্মোয়সে
য়েংনিংদুনা লৈরে নঙতবু
নুংশিবগী মীশুমসিদি কল্লিদা ॥

ৱাহৈগী লৈচল পরেংনা
হুক্রুবা ঙকশমগী লৈতেংদা
পুক্সিগী লৈপুন শিংঙেলগুম
খঞ্জবসি অরেম্বা তাহনবিগনু ॥

চোইর শল্লাংগী মরুমদা
নতোম  তরক ননীং তম্বা
মিস্নানা করিগী কাইহৌরক্লিবা
হুক্রুগে পুক্নিংগী পরেংসে ॥

লৈস্না : নহাক্কী নুংশি লীপুননা পুনখ্রবদা নাম্থোকপা ঙমলরোই লৈস্নানদি। নুংশিবগী লীপুন্নদি পুনশিল্লক, নোংমদুগী তারক্কদৌবা পীরাংদো খঙদবদি নত্তে। নঙ- ঐগী লাইবক্তা নোংদম্বা মপুগী লৈই অমদি শোয়দনা লৈরমগনিকো তা নিত্যাই।

নিত্যাই : লৈই অদুগী মমিদো তাইবঙ ফাওরিবসিদি নঙ- ঐ । নঙনদবু লৈইসে মুখৎনবা হোৎনবনি, ঐনাদি লৈইসে অদুম চিংদুনা লৈহল্লি।

লৈস্না : ঐনা তা নিত্যাইবু খন্দবা করম্বা নুমিৎ য়াওখ্রবগে? ঐগী থম্মোয়দা লৈরিবা অৱাবসিদং লৈরমগদ্রদি, নুংশিববু মমল লৈতনা লৌগদবা লৈস্না নত্তে।

নিত্যাই : ঐ খঙই লৈম্না, নঙনা হায়রিবশিংদো - ঐনা বামোননি, নঙনা মৈতৈনি, অসি নংত্রা?

লৈম্না : মানি মসিগী ধর্ম্মগী পলসিনা ঐবু অসুক্কী মতিক নিংহন্নহল্লি। খঙদ্রেদা তা নিত্যাই নঙগা- ঐগা খঙনবসি তোল্লসিরা ? নখোয়গী পাবুংদো গৌরিয়া য়াম্না কল্লি, ঐখোয়গী ববাসু মশাগী লাইনিং য়াম্না ঙাক্লা চৎলি।

নিত্যাই : করিনোহে, লৈম্না নঙ ভাব য়াম্না তাদে, নুংশিবা হায়বসে ধর্ম্ম জাতি বিজাতি খায়পোৎতে, নঙগী অদুগী ৱাহেদো তাননবা ঙাইরম্মু হায়রিবরো ?

লৈম্না : নত্তেদা, মৈতৈনা ব্রাহ্মণ শাগৈদা য়ূম পানবসে য়াম্না ৱাই, খূৎ চাই চাদে হায়নৈ, চাকখুমদা চঙহন্দে হায়নৈ মাংঙি হায়দুনা।

নিত্যাই : মোই চাগে চাসনু চারোই তোকসনু, মখোয়গী সেবা তৌদৌরিরো ? ঐগী সেবা তৌদৌরিরো ? লৈম্না নঙনা খল্লিবা ৱাখল ময়ামদো হেনমনদ্রো ? .

লৈম্না : হয়েংৱাই তানিত্যাই হোয়গী পাবুংগা ইমাগনা ঐসে মাংঙি কায়না শোক্লক্কনুক হায়রবদি ঐদি য়াম্না কপকনি। ঐদি অহল লমনগী সেবা তৌগে খঞ্জরগা সেবা তৌজবা ফংদ্রবদি কবি কান্ননি ?

নিত্যাই : হয়েংৱাই পাবুংগা ইমাগা শোল্লক্লবা মতমদুদা সেবা তৌবা অদুম ফংজনিদা লৈম্না, অদুগীদমক করিমত্তা ৱারুনু, নঙনা ঐবু নুংশিবা, ঐনা নঙবু নুংশিবা অনীসিনা তৎত্রবদি ধর্ম্ম পূম্নমক লোইনা জয় ওইগনি।

লৈম্না : করিবু কান্নদোইনোদা পোলোইদা মনা পুংবা ? ইখূৎ চাই চাদে হায়বসু তানিত্যাইনা খঙবিরবনিনা, শাগৈ মান্নবা অহল লমন্না য়াবা অমদা মায় ওনশিনবিগ্রো। ঐগীদি করিগুম্বা অমত্তা খনবিরুনুদা।

নিত্যাই : এ: এ: নঙদি য়াম্না লায়না হায়দোকপা ঙম্মিনা। তোকঅসি হায়রগা হেক্ত তোকপা য়াবরো? মদুবু ঐনা হেক্তা য়াগনি খনবরো ? ফাগী হেক্তা য়াবরো ? লৈম্না, নঙ খর খঙ্গোকো।

লৈম্না : ঐখোয় বাবা মীহুন য়াম্না কাংগল্লি নখোয় পাবুংনা ঐদি ব্রাহ্মণ শাগৈনি হায়দুনা হেক মুক্লকপদা ঐখোয়গী ববাসু ঐ মৈতৈনি হায়দুনা অদুম মুক্লকনি। অদুদা খৎনরক্কদৌবদো ঐ য়াম্না পামদে। তানিত্যাইবুদি নুংশিদবা নত্তে, য়াম্না নুংশিবা।

নিত্যাই : 'নুংশিবা' হায়বদুদনি ঐনা ঙাইহিরিবসু, নুংশিবা হায়বসিবু অঙাংগী চোকোলেটলো, চাথোকপ্রে কায়না হেক্তা য়াবদৌনা, পাবুংসু মীনি, ঙাইহাক শাউনরবসু ফরকপা নুমিৎ লৈজনি।

লৈম্না : অদো, তা নিত্যাই, তাদনা হায়বদো ঐ লোইনা য়াগেবা, পাবুংগী পূক্লিংদো অমুক্তা ফাবিয়ু, ঐনসু ঐখোয় ববাগী পূক্লিং ফারক্কে।

নিত্যাই : চখোকউহে, নঙ ঐগী নুংশিনবসিবু পাবুংদা ব্বারী শাংনা হেক্ত লীগদরো ? নঙসু নোই ববাদো ঐগী ব্বারীগসে শাংনা হেক্তা লীগদরো ? নঙ অদুম হায়না মতম মাঙহন্দোই শরুকপুদি চৎলসি লাকও। *(মখূৎ তাপ ফাই, লৈম্নানা পাখৎনা খাংঙি, মতাংসিদা তোম্বা চেনশিল্লকই)*

তোম্বা : হায় নুপানা নুপীগী খুদাং পায়রিদো ঐনা লেম্না তোক্তদ্রো? নাপ চাদবা, মথোং মরম খঙদবা, চেল্লো, চেল্লো অদুবু কৌবনি নুপী চেনবা, চেল্লোনেহে ।

লৈম্না : অস, তা নিত্যাই, কোন্না চৎসিবা, থাদোক ও, সে থাদোকও'বা, ঐ স্কুলদা অমুক হন্দবা য়ারোইবা, থাদোকওমি।

তোম্বা : ইবেম্মা লৈম্না, চিংনগনু ইবুংনা হায়রিবসে য়াওনে, নিত্যাইগী তুং ইলহৌরোনে নঙ ঐজ্ঞা তোম্বনা ফন ফনবা শিল্লগেনে। চৎলোনে চৎলোনে।

নিত্যাই : ঐজ্ঞানা হায়রিবসিদা ইবান্নিনা য়ারসে । লৈশাবীগী খুদাংদা পাখংনা পায়খ্রবদিনে, মীংচৎ চেম্বনিংঙাইনি (*চেম্বোই, চিংবোই চৎমিন্নখিবা, মবান্নিনা চৎমিন্নখিবদু য়েংলগা তোম্বনা মথন্তা মমিৎ খুমজিল্লগা ঙাওহৌই*)

তোম্বা : ঐ উই, মীৎ উইশিনবনি, ঐ খঙই, খঙদবা শাবনি । চৎলো চৎলো, চেল্লো চেল্লো । খঙনদবসু নত্তবা, নুংশিনদবসু নত্তবা, লৈশাবীসিনা- অস থাদোকও, থাদোকওমি, কাইনা হায়জা শারি পাখঙসিনসু মপাঙ্গল ফুদোকখৈ চিংঙিনেসে, চিংদ্রসু অদুম য়ারকঅবসিদা। উম! অহ- অহম নুংঙাইদৌরিদা ঐদি, মীৎসে চফূমুক লাউথোকঅগেদো । অমনা বামোন গৌরিয়াদা- য়ক, অমনা মৈতৈ লাইনিংদা - য়ক । মদুদা লৈম্নানা - তা নিত্যাই হায়দুনা তাইশিন্নবা হোৎনবা, অং! তাইদৌরি, লৈম্নাদি মায় পাক্কদৌরি।

- ( )- - -

# তরেৎশুবা উৎপা

*(ইবোহলনা মচানুপী চেনখিবগী য়াম্না শাউনা লৈ, মচানুপানা মী লাকলনি হায়বগী মপাগী অশাউবা ফাথনবা থেমজৈ।)*

ইবোহল : ইস ঐগী ইচানুপী লৈম্নাসে, মহাক ভাব তাদবদি নত্তেসে, মপা ঐগী লিংজেল খঙলিবনি। ঐ য়াম্না শাউনিংঙিদা খল্লু খল্লুরগা।

রাতেম্বা : ববা শাউবীরুরনুবা ! হনজিল্লুবা য়াবসু নত্তবসিবু নুপী ওইবীগী হৌনবিনি। ইচেনা য়ুমসিদা লৈদুনা কয়াম কুইনা লৈদৌরিনো নুপাসু নত্তবদুবু।

ইবোহল : ঐসু খঙঙিনে মহাক নুপা নত্তে, নোংমা ময়ুম পানখিনি হায়বসে। হায়না শিংনরগা মাঙ্গোল কারগা থাজ য়োঞ্জবা হায়বসে ফজখ্রবনিদকো। ফজবা হায়বসিবু মীওইগী হৈনদবা হায়বদো ওইরব্রা খঙদেনে।

ৰাতেম্বা : ববা ঐখোয় ইচে ভাব তাই, মাসু খঙহৌদবা ওইরম্বা য়াই, ফাবি পুনবিরম্বা ওইরম্মদি কমদৌনি।

ইবোহল : করি হৌজিক মতমদবু নুপী ফাবা ? মানা নুপী ফাবা ঙম্লগদি ঐনমুক নুপাদো পুলিস তাক্লগা ফাহন্নি। পৈশাগী মতমসিদবু ফুদেকহনগেনে।

ৰাতেম্বা : ববা অদুসু তৌবিনু ঐখোয় ইচেগা খঙনজরিবনি ইচেনসু নুংঙাইরোই, মীগী মমা মপানসু নুংঙাইরোই ইচেসু অঙাং নত্তে, ফাদোক্লগা অমুক চেনশিনখ্রগা ববাদা নৎত্রো চোপতোইসে !

ইবোহল : করিগী চোপ্পা, কনাদনো ঐনা চোপতোইসিবু, মপা অমনা তৌফম থোকপনে মচা অমগীদমক, ইচাবু ফাবা নুপাদো য়াম্না ব্রাইল্ড ওইবা নুপীবু ফারগা লৌই হায়বা কেস পানশিল্লগা ফুদেকহল্লগা লোইরে তৌনিংবতা তৌবা য়ারবা হৌজিক্কী মতমসিদবু।

ব্রাতেম্বা : মদু হেক্তা ওইথোকপা য়ারোইনে, ববা অশাউবা ফাথবীয়ু। ঐ লৈকাইগী অহল লমন পূম্নমক তাকচরম্মবনি, নুপা ময়ূমগী মী লাকপদা খরা লাকপীয়ু হায়না।

ইবোহল : করিগী অহল লমননোদ, ঐ লৈরিদ, ঐনে য়াম্না পেন্দেদা নুপাদুনা করি ওইরদনা কৈয়ূম মচা ওইরিগবা।

ব্রাতেম্বা : ববা, ঐ য়ূম্নাকসে হায়দোকপদা ববানা শাউরক্রদ্রা হায়বগী ঐ হায়দোকপা ভুমদ্রবনি। শাউবিখিনুকো, ঐখোয় ইচেনা চেল্লিদো মৈতৈ নত্তে বামননি।

ইবোহল : ই: করি ? করি হায়বা? চৎলু চৎলু নচেদো হৌজিকমক লৌরুচো চৎলো। শাগে জাৎসু মান্নদবা, বামনদা ইচা থাজবা ওইথোকলোই, ইবোহল ঐনা পোকচবা ইচা বামোন্দা থাজরোই।

ব্রাতেম্বা : হান্না খঙহৌবসু নত্তে, ঐখোয় ইচেনা তাকসু তাকথোকতে। অদো, হৌজিক চেনখ্রগা বামননি হায়দুনা ফাদোকপদো তৌবিনুদা ববা !

ইবোহল : হৌরকফমসু মফম মরাং খঙদবা, শাজৈ জাৎসু কদাইদেনো খঙদবা, য়ূম্নাক অমা পংথোন থোনজিল্লগা পংলৈ লৈবদুদা, ঐগী ইচা থাজগদবা নত্তেনে। য়ারোইনে নিপামচা চৎলোনে নঙ নচেবু লৌরুচোনে।

ব্রাতেম্বা : ববা, ববানা নথন্ত পংশাউতা শাউরগা অরেম্বদা বি.পি. ব্রাংখৎহনবীনু চেনখ্রগা ইচেগীদমক্তা ঐখোয়না করি তৌবা য়াবগে হায়না তান্নবনা ফৈদা ববা, শাউবীনু।

*(তাল্লক্লুদা নুপী হায়দোকপা লাকই, গৌরশ্যাম চন্দোন লংত্রিক লংনা থিল্লি। ময়তেম্বনা মপান্দগী চণ্ডলকলিবা গৌরশ্যামবু য়েংজরগা পাখৎচনা মপাদা থেমজবা।)*

ময়তেম্বা : ববা মী লাকইকো, ববাগী অশাউবা ফাথবীয়ুকো, ঐনে চাগা থৌরাং তৌজরুখিগে। ফিদাগা শেম্লবনি শাউবিনুকো ববা ঐ চণ্ডঙেকো।

*(চণ্ডস্ত্রে, ইবোহলসে পৈরগা লৈ, গৌরশ্যাম থৌ- রা শাদবা শারগা শম শম চণ্ডশিল্লকই।)*

গৌরশ্যাম : আ: ইবুংঙো ইবোহল অঙাং নুপী চেল্লকএ হায়ব্রা কৈনো।

ইবোহল : অ: সোম্না নুপা মপারা, মীতোপ ওইবীরবরা ?

গৌরশ্যাম : হী: করিনোনে ইবুংঙো, ঐসে মপানিনে, ঐনা ব্রাহ্মণ শাগেদা পোকপা ওইবনিনা কোক অসে নোনবদা ..

ইবোহল : ব্রাহ্মণ শাগে ওইরবসু, নিংথৌ শাগে ওইরবসু ইবোহল ঐগীসু য়েক শলাই নিংথৌ ওই। কোকসে লেঙবিরকপনা নোনবা তারেদো, ঐগী ইচানুপী অমা অদোমগী ইচানা হুবিরিবনিনা কোকসে অদুক য়ুম্নু ঐঙোন্দা নোনবীবা তাবনি।

গৌরশ্যাম : হেরা ইবুংঙো, কৈসু নত্তবা নুপীমচা অমগীদমক শাগে শলাই চেম্নবা থবক, ইপা ইপু নোরোক তাগদবা থবক গৌরশ্যাম শর্ম্ম ঐনা তৌনিংদেদা, মীমাঙ থোকপা থবকসু নত্তবসিদা, ইবুংঙোনা ইখা থাবা থোকই করি হায়গে?

ইবোহল : অদোম ঐনা মশক খণ্ডদ্রি, করি শাগেনো ঐ খণ্ডদ্রি, ইপা ইপু অমগী লিকলমদা চৎনবী অমা- নিঙোলগী মমা মপাদা নুপাগী মমা মপানা কোক নোনলি হায়বসিগী চৈখলসে কাম্হোকপা তারগদি নাতে অমা চারক্লরোই।

গৌরশ্যাম : কৃষ্ণ কৃষ্ণ, হে কৃষ্ণ রাধে মসি পূম্নমকসে, ঐগী ইচানিপা নিত্যাই ইবংঙো নঙনা থোকহল্লিনিকো।

ইবোহল : ইপাগী ব্রাতেম্বা, মদুদা থাংজ তরেৎকী খাঙশাং অমা লৈবনি পুথোরকউ, মীশিংসে লম পংহেন হেনবা য়াপোৎতেদা।

গৌরশ্যাম : *(পাখৎপোই করিবোই কিদুনা)* অ: লৈবাকমচা তাবা ওজা ইবোহলনিদা, খৎনবা পংয়া য়াপোৎতে, চৈনবা পংয়া য়াপোৎতে, ইবুংঙোগী ইচানুপীদো ননাই তোল্লবগী ইমৌ ওইজরগে পুনেমজরি *(খুরুম্বা)*

ব্রাতেম্বা : ববা, অহল লমন লাকপীরিবশিংগীসু চা সোমদা লৈজরে। *(ব্রাতেম্বগী চাদো মপাদা পীগে তৌই।)*

গৌরশ্যাম : নুংশিদা ইমৌগী ইপ্বাসে মথন্তরা ? ইবুংঙো, নঙগী ঐজ্ঞা লাকইহে, নচেদুবু নুংশিবননে।

ইবোহল : নুপামচা, চাদো নহাক্কী অপোকপা ওইরবসু ঐঙোন্দা কোন্না লাল্লু, লাকলিবা মীশিংসিদা হান্না লাল্লু।

ব্রাতেম্বা : ঐজ্ঞা শোমদা চা লৈজরে।

গৌরশ্যাম : ইবুংঙো কৃপানি, নুংশিদা ইবুংঙো মতম শাংনা কুইনা পূম্পিখোকো। ইবুংঙো শ্রীকৃষ্ণগী, শ্রীকৃষ্ণ ইবুংঙোগী কৃপানিকো।

ইবোহল : মফম মরাং খঙদবদা মীংগৌ হান্না কৌখিগনু মরী মতা ওইনি ওইরোই খঙদ্রি।

গৌরশ্যাম : ইবুংঙো, ওঝা ইবোহল অঙাং নুবীগী লুহোংবকাসে য়েথোকসিরনে? য়েথোকপসিনবু নঙগী ঐজ্ঞাদি .....।

ইবোহল : য়েথোকপা য়েথোকতবা ঐ মপানি, সোমগী ইচানুপা করি থবক তৌবিরি? মহাক কনানো ঐ মশক খঙনিংই।

গৌরশ্যাম : অস: ইবুংঙো ব্রাহ্মণ শাগৈদা পোকপনিননে, করিবু ব্রাৎলুনেগে? থবক শূবা শূদবা গৌরশ্যাম ঐগী ইচানি। মপুক মপাউ তপখ্রবা, ঈংখ্রবনি। মানা হন্দক তৌরক্লিবসে গ্রহগী দশানি হায়দো তারেদা।

ব্রাতেম্বা : ববা, অহল- লমনগা ব্রারী শান্নবিরিবনিনা নচা ঐ অমুক্ত চঙজরুখিগে। *(চঙখি)*

ইবোহল : ব্রাহ্মণ শাগৈ ওইরগা থবক শূকসু শূদবসিবু কৃষ্ণনা পোপ পোপ থাদরকপরা? রাধেনা চাক অমুনবা থিরগা হেক্তা থাংদোরকপরা?

গৌরশ্যাম : *(ফং লাউনা থংলগা)* ইস, মীকৌ-মীরাংনা ফজরিবা, মপা- মমা ঐখোয়দা ঐজ্ঞা হায়বদগী হেন্দবজাংনি, হরিনামনা নাওয়োমদুনা য়োকচবা গৌরশ্যাম ঐগী ইচা নিত্যাইনিদো। লুহোংবসে য়েথোকসিরা অঙাংশিং মতিক চানদ্রি হায়দনা, অহল- লমন ঐখোয়না হেক্তা য়ানরগা লোইরে।

ইবোহল : ভক্তি বেদ খঙলবসু মথৌ পান্দ্রদি করি কান্নদৌরিনো? লুহোংবা য়েথোকসি হায়রিসিনা ঐগী ইচাসে মৈতৈনি পামদেসিরা? ঐনা হায়গদৌবা ব্রাহৈদুবু শোম্না হায়বিরিসি করিগীনো?

গৌরশ্যাম : হেরা ইবুংঙো, ঐনা ব্রাহ্মণ শাগৈদা পোকপনি ইবুংঙোনা মৈতৈনি। অপাম- পামদা থিরুরগদি ঐনসু মৈতৈ হেক্তা পামপোৎতেদা।

ইবোহল : ব্রাহ্মণ শাগৈনা মৈতৈ পামদে, সোমবু গৌরিয়া কয়াম খঙবীরবগে, লাই কয়াম নীংবিরবগে, হেরা মসি য়ৌশিল্লরুবদি পুবিরক-ও , হৌজিকমক ইচা পুবিরকও- হে হে হৌজিকমক ইচা পুবিরকও *(মখোঙ থিনবা)* মপাসু চৎপা য়াররোই হৌজিক থৌরিনা পুল্লগা ঈশিংদা থাদরগে।

গৌরশ্যাম : হে-রা ইবুংঙো, ঐ ইথন্তগী ব্রা নত্তে, ইবুংঙোসু মৈতৈনিনা ব্রাহ্মণ ঐবু হেক্তা পামপোৎতে, খৎন- চৈনরগা করি কান্নদোইনো, বামোন মৈতৈ খায়রুরগা করি কান্নদৌরিনোদা, খঙনবা চান্নবা হায়বসিদি কৈসু লৈতবা হূই, হৌদোংদসু

নুংশিনরক্লিপোৎনি। ইবুংঙো ব্রা তেনশিনসি, ইমৌদো নুংশিঙ্গ্রজাৎনি, ঐনা হেক পোকচবা ইচাগা মান্নজাৎনি, কন্যা- দানদো পীবিররো, ঐগী মান্দবতা শৎ হেক্তা হোংদোক অসি।

ইবোহল : ঙাংলিবা ফোঙদোরকলিবা ঐসে মৈতৈনি। ইশানা খঙই ঐ কনানো হায়বসে। শোমনা ঐগী ইচানুপীদো মান্দবতা হেক্তা হোংদোকসি হায়রিসি, মীগী মীমাঙ থোক্লা লুহোংবদা ইকাইজে হায়বা শোমগী য়াম্না ঙক কনবা অমা য়াওরিনে।

গৌরশ্যাম : ইবুংঙোনা ভাব হেন্নবু তাবিরেনে, নঙ ঐস্তানা হেক পাম্বদো হায়দোকপীরকইদা, শ্রী কৃষ্ণগী কৃপাসি লৈতবদি নত্তেকো। ইবুংঙো হেক্তা শিন্নবিরো।

ইবোহল : ইবোহল ঐগীসু বামন অমদা ইচা থাজে হায়বসে য়াম্না ইকাইনিংঙাইনি । ইমায় অসে থাংদোক্লগা মীমাঙদা চৎপা ঙল্লোইদৌরিবনি। ইপা-ইপু শাগৈ-শলাইনা করি খল্লিদগে হায়দুনা ঐসে ব্রাদবা ঙমদে। মসিদৈসিদা ঐবুনে, ঙসিনে তাইনফম হেক খঙদ্রগা ময়ামসে লোয়না হাৎতোক্লম্লগা শিরশিরনে?

গৌরশ্যাম : *(থক থক নিক্লগা)* অ: অ: ইবুংঙো ইবোহল, ব্রারী শমজিনসি পোকঙমদনা পোকপা মীওইপোক্তা হেক লম্মখাংদা শিবা হায়বসিদি কৃষ্ণগী খুয়াখা য়ৌবা ঙম্মোইদৌরিপোৎনিদো, পূন্সি নুংশাংনা হিংবা ওইসনু, শুভ-বিবাহ হায়বদো পাঙথোক্লগা লোইরেদনা, ব্রা খন্নবীরম্মু। *( পাখৎপোই-করিবোই হৌদুনা চেনখিবা)*

*(ব্রাতেম্না প্রপ প্রপ থোকরকপা)*

রাতেম্বা : ববা, ববানা পঙফিংদা ফিংবসিনা, ইচেদা তম্মুবদা ইচেনা করি খনদৌরিনো, অশাউবা ফাথবীয়ুবা, ইচেগী হৌনবী পূন্বা লোইনা পাঙথোকসি।

ইবোহল : ঐ য়াওরোই, ঐ লুহোংবা য়াওবা শুকঙম ঙম্মোই, ঐগী ইচাসে ভাব য়াম্না তাদে, ইচাসে ভাব তাদে, মৈতৈগী লায়রবা অমদসু ময়ূম পাল্লম্মুদনা, ব্রাহ্মণ শাগৈদুদা মথৌসু পান্দবদুদা ময়ূম পাল্লগা করি চাদৌরিনো ? ঐনে মাবু লুহোংবীবা শুকঙম ঙম্মরোই। *(শাউরগা চঙখিবা)*

-- ( )--

মণ্ডাং মতম ৯:৩৮- ১০:৪৭

# নিপানশুবা উৎপা

*(রাশেশ্বোরী ফীংনা পোরোক হেক শোনবমখৈ ঙাংঙি, ঙাং-ঙাংঙগা ইমুংদগী থোরকই।)*

রাশেশ্বোরী : লোইরে, লোইরে, পূন্নমক পূন্মাং মাংলে, পুমলোই হেক লোইরে। ইচা অমা পোকপদা স্বর্গ কায়, ইচা অমগী হাক্তক্তা নোরোক তাহল্লি হ য়বদো রাশেশ্বোরী ঐগী ইমুংদা থোক্লবনেমি। শ্রী কৃষ্ণ ইবুংঙো, শ্রী রাধাগোবিন্দ ইবুংঙো ননাই তোল্লবীগী অৱাবসে উবিদ্রবোইদকো। ইস, মীগী মমাঙদা ওস্থোক্লা ইকাইখ্রেদকো, শাগৈ জাৎ অসিগী মমাঙদা ইমায় অসিবু থাংদোক্নুনা করম্না চৎকদৌরিনো?

দয়াআনন্দ : লোইদে, লোইদে, মাঙদে মাংদে, শ্রীকৃষ্ণ ইবুংঙোগী যুগ যুগ কী অবতারনি। চপ মান্ননা শেল্লকপা, চপ মান্ননা তাইরকপা, শ্রীকৃষ্ণ ইবুংঙো, ইবুংঙোগী লীলাসি মতাংসিদা দ ইন্দ।

রাশেশ্বোরী : হী: নখয়াৎতো শেৎলুরা? মৈ পীশিল্লক্কনুকো মৈচাক্লরিঙৈদা ইকং হুনজিল্লক্কনুকো। নখোয় অমা পোকপদগী, ঙসিদি ইমায় ফিরুক খুম্মি নৎত্র নহে।

দয়াআনন্দ : ই: ই.. ইমা নঙনা লুনা তৌজবা নচা ঐঙোন্দবু খয়াৎ শেৎকে হায়রিসিবু ইমাগী করম্বা শক্তিনো? নত্তে, ব্রাহ্মণ শাগৈদা পোক্লগা অদুক হীংচা য়াইতম্বীদৌনা ভৈরবীগী শ্বরূপ পুথোরকইসিবু নচা অতোনববু লানবীরগে খনবিরব্রনে? হে, দয়ামই, ননাইদি বেশত নত্তে, বেশোন ওঞ্জরগেনে হে হরি।

বাশেশ্বোরী : নঙ মতোইনরা, হা? নঙ সুম হেনজিল্লকএদনা? নঙদা ইখুৎসে পেনখৈ ফুরগনে ঐসে পেল্লদবনি। নয়াম্বদসু ফুবগী মতম হেন্দোকখ্রবনিননে নঙোন্দতা তাইনরগা লোইরেদা। নঙ ঙসি খঙনি। *(খূবাক থাঙ্গত্তুনা মচানুপাদা ফন চোংশিনবা, মচানসু ফন চোংথোক্তুনা মশাদো ফন ফন চোংঙগা হায়রকই)*

দয়াআনন্দ : খঙগে খঙজৌ ঙসিসে, চেনফম থোকপা সেনবিগে, কনাদা ফুগে য়েংজৌদো, হনুমান্না লঙ্কা চোংবদি ঙম্লগা, গৌরশ্যাম শর্ম্মগী মচা দয়াআনন্দনা লোংহুন তৌবদি করিগী ঙম্লোই? *(লোংহুন্দা ফৎ হুনখিবা, মমানা ফুগে হেক তৌবগা ফন হেক্তা চোঙথোকখিবা, মমাদি খোইদৌ শাউগৎপনা হেল্লগা ফুবদি ফংদবদুদা মখোঙ শৎ তিংথোক্তুনা কপ্পা)*

বাশেশ্বোরী : করিনো, করিনো ঐনা তৌগদৌরিবসিবু হে হরি? দেবকীগী মচা শ্রীকৃষ্ণ, রোহিনিগী মচা বলরাম অনীবু যশোদানা য়োকপদদি পোক্তবা মচা ওইরবসু মচাশিংদো ফবনিনা মমা যশোদাগী মীংচৎ হেনগৎহল্লিদো। রাশেশ্বোরী ঐনা হেক পোকচবা ইচাদি ঐনা ব্বারকপদি ঙমদ্রেনে। *(কপ্পা)*

দয়াআনন্দ : ইমা, ব্বারী অদুক ফজবা ইতিহাসকী লমায়বু হাংদোক্লম্লগা কদাইদগী লাকপা প্রেম্না ইমোম্নেল ওইনা কপথরকইনোনে? ইপা গৌরশ্যাম ঙাইরসিনে, হেরোদা প্রেম ভক্ত পূম্নমক এক্সিদেন ওইরসিনে চরনখাদা।

বাশেশ্বোরী : ইমাগী ইবুংঙো অতোম্বা, নঙ পাবুংদো লাক্লগা ইমা-ইচাবু করি হায়রদোইনো? নঙ তামোদুবু য়ুমসিদগী হেক তাম্থোকপীখ্রো? ইস, মদুদবু মমা ঐনা করম্না খাংহৌবা? মসি থোক্তনবা মৈতৈ নিঙোল লৌরকনু, ব্রাহ্মণ নিঙোল লৌরকউ হায়বনিনে, মৈতৈ নিঙোলসে মাংঙি, মখোয়গী মখূৎ চাবদি নোরোক কোমদা তাই হায়বনিনে, ইমাগী ইবুংঙো।

দয়াআনন্দ : ইমা ব্রাহ্মণ শাগেখত্তুং লৈবসু নত্তে, হেক য়ূমথং কৈথংনবসিদা মৈতৈসু লৈমিন্নরি। ব্রাহ্মণনা মৈতৈবু মাংঙি, মাংঙি সুম হায়রবদি ঐখোয়সে নোংমদি অৱাক্ষমদা তারক্লনিনে। নঙগী শাগেদা নঙনা চাউই, ঐগী শাগেদা ঐনা চাউই হায়দনা তৌরক্লবদি মণিপুরসে শুমাঙ তীন্নবা ঈখেং তারে, শম্বল নকশিন্ননা মৈ হৌরে হায়বদো তৌরক্লনি, ঐখোয় ভাব তাশিকো ইমা।

রাশেশোরী : মৈ হৌগে হৌসনু, লৈপাক কায়গে কায়সনু, ইপা ইপুনা চৎনরম্বা লাইনিং ধর্ম্মবু হেক হোংদোকপা য়াপোৎ নত্তে, ইচাশিং নখোয়ননে মপা-মমা ওইবা ঐখোয়বুনে নোরোক্কী কোমদা থাদরবনে থাদরবা।

দয়াআনন্দ : ইমা, ঐখোয় তামোদো করম হায়না লৈরমগনি ? ঐখোয় ইতৈমদুসু নুঙাইরম্মোইদো মীগী মমাঙদা, ময়ূমসু থাদোক্লগা লাকইনিদো, ব্রাহ্মণনা পাম্বি পাম্বিদে হায়বসু মশানা লাইরিক হৈবনিনা খঙলমগনিদো। অস, মীগী থম্মোইবু অসুক নাহনবসিবু ধর্ম্মগী মপু ওইবা শ্রীকৃষ্ণনবু য়াবিরমগদ্রনে ইমা?

রাশেশোরী : শ্রী কৃষ্ণ ইবুংঙো, ইবুংঙোনা থৈগে হায়রবদি ইবুংঙোনা ঙম্বা ঙাক্তনি, ইচাগী লুহোংবসে হোংহনবিগনুবা, নুপীমচাদো ফাদোক্লবা, খাইদোক্লবা অমুক্তা য়াহনবিয়ুবা শ্রীকৃষ্ণ।

*(তাল্লক্লুদা গৌরশ্যাম কৌরকই, মপান্দগীনি)*

গৌরশ্যাম : হাই, নোইবু কনা লৈগেনহে, মৈদো অমুক্ত পুথোকরকউ নহে? অমুক্ত মৈদো ওকথোক্লেনহে, অ: ঐবু শান্তিদো অমুক্তা হায়দোক্লেনহে।

রাশেশ্বোরী : ই: করি ৱানোনে তাকপীরিসিবু ঐজ্ঞা? ইমাগী ইবুংঙো দয়াআনন্দ নঙ পাবুংসে কৈদৌরগে অমুক্তা য়েংঙুনহে?

দয়াআনন্দ : পাবুং, নচা দয়াআনন্দ লৈজরিয়ে, নচানা ফনবা পূম্নমক শীনজরগে। *(চেম্ছোকখ্রগা মপাবু কোম্লগা পুশিনজরকপা)*

বাশেশ্বোরী : কৈদৌরগে মোই ঐজ্ঞা? করিগীনো অদুক শোম্হনা হনবিরকইসিবো?

গৌরশ্যাম : হাই মমা, লুহোংদবা য়ারোইদৌরি। ঐসে নখোয়না ঙসি উরিবসে মপোক অমনি নহে। ঐ শিব্রা অমুক্তা য়েংঙু, ইপাগী ইবুংঙো, ইকোকসে য়াওরিবরা য়েংঙু, অ ....ইশাদি শীদেকো ঐ?

দয়াআনন্দ : পাবুং করিনো চোইরোল পারোল ঙাংঙিদুবো? কৈদৌবগী শিদোইনো? পাবুং ভাব তাওনে !

বাশেশ্বোবী : *(তাপ ওক্লগা)* তৌরিনিয়ে, শাগে জাং মফম মরাং খঙদবা পু-পাং শূদবা, ব্রারক্তবা মপাল থোরকইনিয়ে। মোই ঐজ্ঞা কাই-কাইদ ফুরকই? শোকঅম্মনিয়ে। মসিদা পেল্লসনু, পূম্নমকসে নচানুপা অফবা পোকপদগীনে, অফবা পোকপদগী?

দয়াআনন্দ : ইমা, অমুক্ত তপথখোদ, মীসু মীনিদা। ইমাগী ব্রাহৈদো কনমল্লি, মীগী মমাঙসিদা কৈরোইনা লৈকায়না অমুক পাউ তম্মগা ইমুংসে পূমকায়-কায়বা তারেদা। পাবুং ফু- চৈ তৌরকপরনে?

গৌরশ্যাম : ইপাগী ইবুংঙো তোম্বা, ইপা ব্রা হায়গে করিগী পংফু ফূবা য়াব্রনে? ইচানা হায়বদো- মীদি মীনি, লৈপাকমচা তাইদা। ঐসুনে কদাইদগীনো খঙদে, ব্রাহ্মণদা মৈতৈনা কোক নোনগদবনি হায়না হেক হৌরুরে, মদুদগীদি নিঙোল পোকপা মপানিননে।

দয়াআনন্দ : *(ঙাইঙমদনা)* অস, ঐখোয় পাবুংগী হৌনবী ফরত্তু তৌরুরৈনি। মীগী মচানুপী মথন্ত পোকপী, মশাসু কালিফাইদ ওইরবা, ঐখোয় তামোনেনা কংনাল, কন্দ্রং, লাইরিক হৈবসু নত্তবসিদবু কনাগী মমা মপানা হরাউদৌরিনো? শাগে জাত্তুদি থম্বু থমখোনে, মীগী মচাদুদি মমোম লাংলেন থোইবীনে, মপাসু লাইরিক হৈরিবা।

রাশেশ্বোরী : লাইরিক ফনা হৈগে হৈসনু, হৈরোইসু তোকসনু, মমোম লাংলেন থোইবীসু ওইসনু, হো পামদ্রদি পামদ্রে। চন্দোল উপু থাংদোকপা য়াদবি নুপীদুবো ইমৌনেনা লৌশিনগদৌ শরুকপ্‌দি, হৌদোং অমা লোইবনা হেন্না ফৈ।

গৌরশ্যাম : হাই, হাই মমা, ৱাহৈসে খরা ফাথসি। মীসুনে মীহুল অমা ফংঙিবনি। নঙ ঐননে হেক্তা অপাম-পামদা, চোই-চাং য়েংবা য়াপোৎ নত্তেনহে। অঙাংশিংদো লৌশিল্লুচো, লুহোং-খোংদোংবনা ফগনি। মদুদা য়াম্না শাংথরক্লগননে লুৱাং নিংথৌদা কৎনবগী ককয়েল শুজা অথৌবগী তালোই কৈশিতোম্বীগী লুরেলবু য়াইস্কুল লালোই ৭না লুখা থাখিবদো নঙ ঐ গী কোক্লেনসুনে ....। *(মখা তাদে)*

রাশেশ্বোরী : করিনোনে মোই ঐজ্ঞানা ঙসিসিবু ইমানা পোকঙৈদগী তাদবা চোইরোল ঙাক্ত লোল্লিসিবু? নত্তে, মোই ঐজ্ঞাদবু থাংনা য়ানগেকা হায়রকপরো? দয়াআনন্দ, ইমাগী ইবুংঙো নঙ পাবুংসে অমুক্তা ভাব তাহল্লুনহে।

গৌরশ্যাম : হায়রকইপোৎনিদা। অদুবুদি ঐনা তুমিন্না লৈরিঙৈদা হেক্তা হায়রকপোৎ নত্তেদা। অঙাং অনীসে ফাদোক্লরসি, ঐনা ব্রাহ্মণ ওইবদুদা ইবুংঙোনা মৈতৈ ওইবনিদো হায়না হেক হায়রুরে।

দয়াআনন্দ : *(খঙপ্রেক খংনা)* এ: নুপী হায়দোকপা চৎলু হায়রগা খায়দোকপা ওইনা চৎলুরবা! পাবুং, মীগী ময়ূমদুদা চৎলুরগা মীগী মচাদো পামদে অমুক হায়রুরিবা? হীংঙকইসে লাইবক ফরবনি। থব্রায় হীংঙকইদো মীগী ইমুংদো লৈপাক মচা তাখ্রেদা, মপাঙ্গল ফখ্রবা মৌপ্পানুপা চাউথোক চাউনা লৈরিবদুদা।

রাশেশ্বোরী : *(মেন ইতা তাদনা)* মোই ঐজ্ঞা, ফাদোক্লসি হায়বিরুবদুদা শ্রী কৃষ্ণগী কৃপা ফংবিরকপরো? কৃষ্ণগী থৌজালসিদি হকখ্রপোৎনিদো ঐজ্ঞা। য়াবিরকঅমদৌবা মাল্লিবো।

গৌরশ্যাম : ইবেম্মা, কৃষ্ণদো শং শং হেক চোঙথোরক্লবা, থাংজ তরেৎকী থাংদো হেক্ত পুথোরকউ হায়বা। শ্রীকৃষ্ণমক্কী থৌজাল ফংদননে ইবেম্মা, মীহুলসে মপাল থোক্লগা লাকইসিনি উবরা? করি কান্নবা তাঞ্জা মেনজা খঙদদনা, মৌদুগী মৌপ্পা নুপাদুদি চাগা লোল্লগা পুথোরকইনিনহে।

দয়াআনন্দ : এ: নুপামচাদুমক্ক চাগা লোল্লগা পুথোরকইবা ! লৈপাকমচা তাবা, অহল-লমন্না হায়বা ইনবা ইমুংগী মচা ওইবনিনা চৎনবী থৌগল্লোন্দুনা মীমাংদসু থোক্লকইনিদকো। মদুবু নমতম হেক্ত তম্বা য়াবরো? হান্না ফবদুনা অদুম ফরকইনিকো পাবুং।

রাশেশ্বোরী : ইমাইপেম্মা, ইমাইপেম্মা, লাইমিং লৌই- লৌদেসু খঙদবা মীগী ইমুংদ গী চাদুবু হেক থক্লকপ্রা ঐজ্ঞ? মোই ঐজ্ঞানা নহানখৈ গৌরিয়া চৎলিসিদি ঙসিখক্তুংদা লোইনা লোইশিল্লব্রা ঐজ্ঞা? তৌরিনিয়ে, নরমচৎতো ফৎলকতেয়ে নহা ওইরিঙেদা।

*(রাশেশ্বোরীগী মফৎতুদা গৌরশ্যাম খংশাউ শাউরক্লুনা খৃৎপাক অপাকপদু থাঙ্গৎলগা হায়রকই)*

গৌরশ্যাম : নঙ নমায়দুদা খুবাক অপাকপসিনা বাক লাউনা থারদি, নঙনে কো খোংশিননে লামকাও কাওরদি নঙ, বৃন্দাবন চৎপদা নঙবু করি থক্কে? ময়াং কুলিনা লোনবা চা থকপদো নঙগা ঐগা নংত্রো জগৎনাথ ক্ষেত্রদা ময়াংনা হৌবা পুরি চারকপদো? *(ফুদি ফুদে)*

দয়াআনন্দ : ঐখোয় ইমাসিনা মফৎত ওন্থোক্লা ব্রাকোইহিসি য়ানশিল্লকখ্রে। পাবুং, পাবুংনা হৌজিক ইমাদা হায়বদো অদুম হোৎনবিরো, ঐনা ঙসাই পাবুং লাক্লগা চরণখাদা এক্সিদেন্ট থোকপীরো হায়খ্রবনি। পাবুং অদুদি লুহোংনবা তৌরসিকো, তামোগী মনাক্ত পাউ পীরুরগে। *(রাশেশ্বোরীগী মফৎ হন্দ্রি, শাউনা হায়রকই)*

রাশেশ্বোরী : করিগী লুহোংবা, করিগী পাউ পীবা ! খঙনি ইমুংদা চফূ উয়ানকা লোইনা থুগাইরুরগে, ফিরোলকা লোইনা মৈ থাদোক্লগা খঙনি, ঙসিদি বৃন্দাবন চৎখ্রগে, য়ূমসিদা শুকহন হঞ্জিল্লক্লরোই।

গৌরশ্যাম : অ: অ: শ্রীবৃন্দাবোন্দা চৎলোকো, নঙনে নঙ হয়িংদসু হাৎলিদা খূৎপাকসিনা, নঙ চৎকদ্রা চৎলোইদ্রা, চৎকদ্রো নঙগী টিকেৎ ককপীরগেদো *( য়াংলেন্দা খুবাক অপাকপদুন শেৎ লাউনা থারকই, দয়াআনন্দদি নাকন্দ থৈদোক্লগা নোকই)*

রাশেশ্বোরী : *(নামনখ্রদুনা)* ইস! ইমাইপেন্মা, হনুথংদকা ফুরকএমি, হো মোই ঐজ্ঞা মৈতৎপো, য়োং মমৈ অতৎপো, চিখাক্তো, পায়রগনে ফর ফর হায়জনি নঙ। লুহোংবা শুকয়া য়ারোই, হেক হোংবদনে, য়ূমসে রাশেশ্বোরী ঐনা গ্রো গ্রো ওখায়গে, লুহোংবা থুগাইগে য়েংঙুকো। *(গৌরশ্যামসু মসিদদি ফুরগে মতাগুম চেনশিল্লি)*

গৌরশ্যাম : নুপী অঙাং মফম মরাং খঙদবা নঙ, থুগাইয়ু থুগাইয়ু *(ফুগদবগী তান্নৈ, রাশেশ্বোরীনা চেল্লি, মচিন্দি লেপ্পে।)*

রাশেশ্বোরী : হো থুগাইগে, থুগাইগে, মৈতৎপা নঙবুসু খঙনিদনা হো হনুবা-ও *(চেনশিনখি।)*

দয়াআনন্দ : পাবুং, ঐখোয় ইমাসিসু মফৎতি ফজনা ফুইহে। পাবুংসু তমথবিরো, ইমানা মীরক্তা তীন্দবগী, ইমুংগী ফুঙ্গোই রাঙ্গোইদুনত লৈবনিনা, মীমাঙ থোকপা য়াবা অমত্তা নত্তে ইমানা ঙাঙঙিসে। তামোসু মথা শাবনা লোইরম্মনি, করিমত্তা খঙজদবা ইতৈমসু রাবনা লোইরম্মনি। য়ানরে রারুরনু লুহোংনবা তৌরনি হায়করগেকো পাবুং।

গৌরশ্যাম : চো চো, নখোয় তামোদা পাউসে হায়রুবোকো, অদুগনে হাই হাই মীগী মচানুপীদো, নতৈমদো থরায় নুংঙাইতবা তৌরুনু। ঙাইহাক্কী পাউ ফাওদবদগী পংশাউ শাউনবনি। ঐনা য়াহৌই, ঐ শাউদ্রে হায়যুকো।

দযাআনন্দ : হোই, য়াম্না ফরে পাবুং, ঐ চৎলগে, নুংঙাইবা পাউসে তামোগা ইতৈমগদা তম্মুরগেকো *(হরাউনা চেনখিবা গৌরশ্যাম মচাবু মুন্না য়েংঙগা নোকই।)*

গৌরশ্যাম : চৎলো চৎলো, শিবা হায়বসিনা পুম্মাং মাংঙবনিদো, অহিংবা মীবু নুংশিননা লৈমিন্নবা হায়বসিদি ধর্ম্মগী মপু ওইরিবা শ্রীরাধাগোবিন্দনা অদুম থৌজানবিনিদা, করিগী মাংবা শেংবা? কনানা বামোন ? কনানা মৈতৈ? য়েনখা য়েনখুন্দা য়ূমলোন কৈরোন্নদুনা য়ূমথং কৈথংনদুনা লৈরবসিদবু করিগী অমুক চীংনরুদোইনোদা, ইচা কোকহন- লাইনবু ফজনা চাউনদুম হোংদোক্কেদা। *(চঙখি)*

-- ( )--

মঙাং মতম ৯:৪৩- ১০:৩৭

তাং ১৩।১২।২০১০, নিংথৌকাবা

# মাপনশুবা উৎপা

*(ব্রাতেম্বনা মচেনা লুহোংগ্রবগী তুংদা মাগী লাইবক্কী নোংদমদা করিবু তল্লমগদগে হায়না মথন্ত খঞ্জবা, মফমদি ময়ুমনি।)*

ব্রাতেম্বা : হে নোংদম্বা, হে শেম্বিরিবা মপু, তোনবদগী তোনবা, হেনবদগী হেনবা, থোইবদগী থোইবা, নচা ব্রাতেম্বগী লাইবক্তা করি তল্লিগবা! ঐখোয় ইচে, বামোন্দা ওংখ্রে, অপাম পামদা খঙহৌইদো। ঐগী লাইবক্তনা বামোন নুপী অমা শরুক থুংদৌরিবা, ঐখোয় ইপানা কমদৌদৌরিবা। *(মতাংসিদা খবর য়োনবা তোম্বা চঙঙকই।)*

তোম্বা : কনাদনো? কমদৌদোইনো? করিসু তৌরোই অদুম লৌশিল্লু। মরোল থোক্রবা হূই- হৌদোংদদি নুংশিবা ঙল্লগা, মরোল তীন্নবা মীদদি করিগী নুংশিরোই?

ব্রাতেম্বা : ঐজ্ঞা তোম্বা ঐদি খংপ্রেকপু খংঙুরেনে, ঙসিগী খবরদবু কবি করি য়াওবগে?

তোম্বা : ইবুংঙোনবু খবরগী ব্রা হংঙবদি, খবর, খবর! অচুম্বসু য়াওবনি অরানবসু য়াওবনি, পৈশানা হাপ্পা খরা, পোকলাওবি থিংবা খরা, মীয়ামগী খোল্লাওনা য়াবা খরা, রিপোর্টরগী অশেংবা খরা, মেছিনগী মিস্তেক খরা- কোন্না শেংদোকচরক্কে, খবর খবর খবর... সিনিদনা।

ৱাতেম্বা : ঐজ্ঞা, নহাক্কী খবরসি য়াম্না শিংলমগনি। ঐজ্ঞা তোম্বগী থবকসি য়ামদি য়ামখ্রেদা, খবর অমুক য়োনবা, শঙ্গোমসু য়োনবা, চাকখুমসু চংপা।

তোম্বা : অদুদা নত্তে, ঐনা হেক খঙনবা, হেক নুংশিজবা পুম্নমক্কী মতেং লোইনা পাংঙি, নঙগীসু পাংগনি। নুপীমচাদো করি য়ূম্নাকনো ? মপা মমিং কৈনো হায়রকউ।

ৱাতেম্বা : ঙাইবিখো ঐজ্ঞা, *(মপা লাকপ্রা কোইয়েং য়েংলুরগা, শোল্লপনা)* ঐখোয় বাবা লাক্ত্রিঙৈদা লোম্না শান্নসিকো। অধিকারিময়ূম, মপাগী মমিংনা গোপাল নরায়ণ অতৈদি খঙদ্রে। ঐনা খঙবা হায়ববু ঐনা নুংশিজবা রাধিকা...দং খঙঙি।

তোম্বা : ওহ্, খঙঙে, খঙঙে, ইবুংঙো নঙ করিমত্তা ৱারুরনু, ৱা-লাল থোক্লরোই। ঐজ্ঞা গোপালনন্দদি বামোন মৈতৈ খেন্নবা থমদবনি, মপুকচেল চাউবনি। মানা য়ানিংখ্রবরা, অরৈবমখৈ লোইনা হৈথরক্কনি, হেক য়ানিংখিদবদা পৎ- তৎপনি। অদুগা মচানুপী রাধিকাদুদি মখোঙদা কাংখোং পানবনি। ঐদি অয়ুক্তনা খবর, নুংথিলদনা শঙ্গোম থীনবা হেক হেক চৎপনিনা ইমুং মনুং কুপ্না খঙনৈ। নঙবু মাগী ঙামোক হুনবা ঙমগদরো? মদুসু তলপ ! নঙবু পৈশাক থোক্লবরা হায়বা?

ৱাতেম্বা : এ: মাবু তলপকা চাবরো? মদুদি ঐখোয় বাবানদি য়ারোইকো অস, ঐজ্ঞা তোম্বা মাগী অফ- ফত্ত ৱারী পূম্বা লোইনা হায়রকউনে।

তোম্বা : হায়গনি, অখঙবদি, খঙদবদি হায়রোই, খঙদে। থবক য়াম্না ফবনি বামোন নুপা মশক থীবমখৈ লোইনা চৈখিবনি, ঐসু তাহৌই। মশক থীবদা শাগৈ- জাৎ মান্নে হায়দুনা য়ূমপান্দৌ শরুকপুদি য়োংনাও অমা য়োক্লগা লৈজগে, য়ূমক অমত্ত

পাঞ্জরোই হায়বনি। ইবুংঙো, নঙনা খঙগদবা অমননে মাগী মশম ঙাংঙিদো শংজিনবনি, মুহল্লু অদুগা মনাদো মথাং মথাং হুৎপনি, মখোঙদনে খোঙদোপ শিবনি, মদুমগা থদংলু মীদি য়াম্না ফবনিহে, লৈকায়দ মাবু নুংশিদবা য়াওদবনি, অরৈবা য়েন্ন- য়েন্নদনা চাবনি, শিদং খঙঙি।

ব্রাতেম্বা : য়ারে, ঐনা খঙনিংঙম্বদো খঙলে। অদো ঐজ্ঞা, নঙদি ব্রাহ্মন শাগৈদা পোকপনি, ঐনা মৈতৈ ওইনা পোকপনি, মৈতৈগী ব্রারী ঐনা খঙঙি, বামোনগী মরমদদি ঐজ্ঞানা খঙগনি। করিদনো মৈতৈদা বামোন্না মাংঙি হায়সিবো? ঐজ্ঞাদি চাকখুমসু চৎপনিনা মসিগী মরমদা খঙঙমগনি।

তোম্বা : খঙঙিনে, বামোন তোম্বনবু খঙদবা লৈবরো? নুংবু নুংশিনরদি মাংদ্রে, শাউনরবদি অদুম মাংঙে। নঙ ঐজ্ঞা তোম্বসে নহাশিংনসু অহল- লমন্নসু য়াবা, চাকখুমসু চৎপনিনা পাখংমচাশিংনা পিকনিক চৎলে ঐবুসু য়াওহল্লে, থোংবা হৈবমখৈ থোংঙিবনি। অহলশিংনা কৌরে- অদুম চাকখুম চৎলি। তৌবদবু... ঐদি শম্বা কয়া পামদে, লাইগুরুগী লুক হৌবা লোইদ্রিফাওবদি ঈশিং খুয়া অমফাওবা থক্কে।

ব্রাতেম্বা : ওহ: ঐ ভাব তারে, খঙলে ঐসু। মৈতৈনা বামোনগী মখূৎ চাদবদি নখোয়না ঐখোয়বু মাঙই হায়দুনা ইখূৎ চাদবনিনা নখোয়গী নখূৎসু চারোই হায়বা ! বামোন্নদি মৈতৈসি মাঙই হায়বগী ইখূৎ চাদবনি। অদুদি ঐজ্ঞা বামোনগা মৈতৈগসি কনানা ফবা হেল্লিবনো?

তোম্বা : ইবুংঙো, চপ মান্ননা ফৈ, চপ মান্ননা ফত্তে, মতম মতমগী য়াওননি। মতম অমদদি লাই গুরুগী মশক ওইবদুনা গৌরিয়া চৎপদি, মশক খঙনা চৎলি। ঙসিগী য়াওলসিদনা গৌরিয়া মশক খঙদনা চৎনরম্মি হায়বগী মফত্তা উংখৎলগা অদুম লৈবনি। অদুগা বামোন মৈতৈ করিদা খেন্নে? খেন্নদে, লোন

মান্নে, লাইনিংথৌ চপ মান্ননা লাৎমিন্নে, ফিজেৎ লৈতেং চপ মান্নে। লাও, ইনাওগা ঐগা খূৎ শোক্লসি *(মখূৎ শোক্লে)* মাঙব্রা? মাঙদে, নুংশিনবনিনা। অদুনা... ঐখোয় অনী ভাব তাসি মখোয়না তাদ্রবসু।

*(মতাংসিদা ইবোহল থোক্লকই)*

ইবোহল : হাই, কনা-কনানোনে ব্বারী শান্নরিদুবো? মাঙইবনা কনা? শেংলিবনা কনা? নুংশিনরিবনা কনানো? কনা-কনানা ভাব তানগদৌরিবনো?

তোম্বা : ওজা, ব্বাতেম্বগা ঐগনি ভাব তানরিবসি। ওজাগী খবর থীল্লকপদা ইনাওগা ব্বারী শান্নরম্মিবা, লোল ফাওনবদগী নুংশিনরিবা, ময়েক মান্নবনা খঙনরিবা, যূমথংনবনিনা কায়নবা য়াদ্রিবনি, নৎত্রনে ওজা?

ইবোহল : হোয়দা, হোয়দা, ইবুংঙোনা হায়রিবদো অচুম্বা ঙাক্তনি। হৌজিকসিবু ইবুংঙো, খবরদা হাপ্পা পাউ নত্তবদা, মীয়াম্না সুম ঙাংন-শক্লবা অনৌবা অরিবা পাউ করি করি লৈরিবগে? নঙোন্দগীসু খরা তাগেনে।

ব্বাতেম্বা : অং: বাবা, ঐজ্ঞা তোম্বদা ব্বারী য়াম্না লৈবনি, য়াম্না খঙবনি। ঐজ্ঞা, বাবানা হংলিবসে ঐসু খরা তাহৌগে।

তোম্বা : ওজা, *হৌজিক-হৌজিক*, চহি হৌগৎলকপগী মতমসিদা ঙাংনহৌরি, মণিপুরদা চৈরাওবা অনী থোকএ, করম্বনা চুমদৌরিনো? বামোনগী চৈরাওবনা কৈদৌঙৈনো হংনহৌরি। অদুদগী কেলেঙরদা পাঙ্ছোইবীনা থাংশাং পায়, চুঙ্গোয় পায়, দেবীগী মতৌদা পুথোরকই, ইমোইনুসু য়াম্না নহা ওইরিবা মৌ নহাদৌনা পুথোরকই, ইমোইনুদি অহল ওইগদবনি হায়নহৌই।

ৱাতেম্বা : বাবা, মণিপুরগী শজিবু চৈরাওবসিবু করম্বনা চুমগদৌরিবনো? চড়ক পুজা হায়বসিনা মৈতৈগীরা, ময়াংগীরা! বামোনগীরা? কেলেণ্ডরদা পুথোরকই হায়রিবা শক্তমশিংসিবু চুল্লিবরা?

ইবোহল : য়েংউ নুপামচা, হৌজিক্কী মতমসিদদি ঐনা চুমই, মানা লাল্লি হায়দুনা ৱা লেপ্পা ওম্বা কনা অমত্তা লৈতে নৎত্রনে তোম্বা। অদুগা চৈরাওবদি মণিপুরগীনি, অমখক্তনি, অনীসুদে, এপ্রিলগী ১৩দা পাঙথোক্লবদুদি চৈরাওবা নত্তে, চড়ক পুজানি, বেঙ্গোলিশিংগীনি। পান্থোইবী পাম্বা কৈদা তোংবদি লাইরিক্তা য়াওই, থাং-চুঙ্গোয় পায়বদুদি অখঙ- অহৈ শাবশিংনা য়েকশিনবা ওইরিনি। ইমোইনুসু থায়নদগী ইবেঙ্কৌ হায়রিবনিনা নহা ওইহল্লিবদুসু অয়েকপগী ৱাখল্লোন হায়বর্দা।দা।

তোম্বা : লোইরে ওজা, লৈপাকসে পুল্লোই লোইরে, কনানা শেংইবা, কনানা চুম্মিবা? ঐনসু খঙদে, মানসু খঙদে, পুমশে-শেগায়রে, চে শেৎলে, ফি শেগায়রে, লা শেৎলে, পূম্মাং মাঙলে মণিপুর, হে ইমা মণিপুর অমুক্তদি হল্লকখোবা নহাক্কী অশেংবা শক্তম ! ওজা ঐ চৎলুখিগে, ৱাতেম্বা ঐ চৎলে, খবর, খবর, খবর...।

*(লাউর-লাউরগা চৎখিবা)*

ৱাতেম্বা : বাবা, ঐজ্ঞা তোম্বসি য়েংবদদি ক্রেক চুবা মাল্লগা অশেংবা অচুম্বা লৌশিনবা য়াবা ৱা য়াম্না ঙাঙজাৎনি।

ইবোহল : অদুননিনহে ঐনা মঙোন্দগী লৈপাক্কী পাউ হংলিসে। মাদি মথৌ য়াম্না চীনবনি, চাকথোংফমদসু মাগী ৱারী লৈরমগনি। অয়ুক্তনা খবর য়োনবা, নুংথিলদনা শঙ্গোম য়োনবা য়ুমথোং খূদিং চৎপনিনা ইমুং ইমুংশিংদুগী ৱাহৈ ৱাতা, চৎনবী চৎন-লোনচৎ মানা খঙদবা লৈরম্লরোইদবনি। থবক অমত্তা শূ

হায়বা য়াদবা নঙোন্দবু করি কান্নবা ৱানো হংদৌরিসিবো? ইবুংঙো ঙসিদি ইপানা করিনো অমত্তা শীন্নরমগেনহে।

ৱাতেম্বা : অহোয়, তাকপীয়ু, করি শীন্নবীরমগদবনো?

ইবোহল : ঐ ইদুকেসন এসতা চৎলুখিগে, চত্তবা য়াদবা অমা লৈরে, মফমদুদা ইচাগী করি করি অনৌবা থবক্কী পাউ লৈবগে হায়বসু য়েংলক্কে। চৎত্রিঙৈদা ইপা ইচা ৱারী অমত্তং তান্নদবা য়াদ্রে।

ৱাতেম্বা : তাকপীয়ু, ইপাগী য়াথংদি নচানা অদুম ঙাকচগে।

ইবোহল : ঐনা ঙসি ইবুংঙো হায়না কৌদ্রিবা ইচাদা তম্বীরিবা লোলসে, ঐনা পোকচবা ওইরসু ঐদি শিখিনি, লৈহৌগদবা ইচাদি মণিপুরগী মৈতৈ হায়বা ফুরুপ্তুগী য়ুমফমনি হায়না কৌরিবনিকো, ৱাতেম্বা ইচানুপা হায়রিসে, খঙলব্রা।

ৱাতেম্বা : ইপা অপোকপগী মীংগৌসি নচানা মতম লৈবা খিবিক্ত কুপ্না খন্থজে, পূক্লিং অসে ৱাচুম শুজরে, অদুদগীদি নুংঙাইরক্তদুনা বাবা হায়বসে তোকথোকচরগা ইপা হায়না কৌজরিসিনি।

ইবোহল : ফরে ফরে, ইচাসিদি পূক্লিং ৱাচুম শূবা ঙন্নবা, নশানা নশাবু কনানো হায়না খঙজবা ঙন্নবদি ইপাগী লন পৈশাসিদি অরেম্বা পোৎনি, ৱাহৈরোলসিমক লনকৈনি হায়বা কাউগনুকো।

ৱাতেম্বা : মচা অমনা মপা অমগী য়াথং ঙাকপা ঙমজবসে পোকপীরিবা ইপাগী থৌজালনি।

ইবোহল : ইপাগীদি ইচানুপা, নখোয় অঙাংশিংসে হৌজিক্কী মতমসিদদি হীংবদা য়াম্না লুরে। মতমগী খোঙচৎতি করিমত্তা কায়দে, হীংবদা নুংঙাইবা পাম্লিবা মীওইবা ঐখোয়না মালেমসিদা মৈতৈ লৈপাকসিবু পুন্মাং মাঙহনগদৌরিবসে লোল অমদি ফিজেৎনা মাঙলকপা মতমদনি। ঐখোয়না লোল অমদি ফিজেৎপু ঙাক্লা শেন্না য়োকখৎকদবনি। ফরে অদুদি ইপা ৱা হংগে- নহাক মৈতৈরা- ময়াংলা?

ঝাতেম্বা : ইপানা তাকপীরিবসিবু ঐ মৈতৈনি, ঐনা লৈরিবসি মৈত্রবাক্লিদা !

ইবোহল : অদুদি মৈতৈ ওইনা হীংগদ্রা ? লোলগী মতেং লৌরগা নশাগী নুংঙাইনবা খনগদ্রা ?

ঝাতেম্বা : ঐগী লোলদি ঐ ইশানা লোনজগনি, ঐগী ইরোল লোঞ্জরগা ইশাগী খুদোংচাবা থীজগনি। লোনয়ান ঙাংবা হৈরক্লবদি মীগী ফিজেৎ পাম্মক্কনি। ঐ, ইশাগী লোল ঙাঙবা পাম্মী।

ইবোহল : ফরে মদুমা ঐনা য়ারে অদুগা ইপানা পাম্বা অমা লৈহে, ইচাগী ওইনবা অমোম অমখক্ত পুরকউদনা।

*(ঝাতেম্বনা মপাগী ঝাহৈদো তাবদা ফাক ফাক নোকই, ইবোহল্না ঝা ঙাংদনা প্রপ প্রপ চঙশিল্লগা খুৎপাক্লা মখজাইদা ফাক লাউনা থাবা, ঝাতেম্বদু উরু উরু উংঙগা লৈবা)*

ইবোহল : করি! মৈতৈলোল অশেংবা ঙাঙবদা নঙনা নোক্লিনিনে, মৈতৈলোল করিগী খঙদে, ফিমেল হায়য়ুরো? মীগী মরোল ঙাঙলগনা চাওখৎপা শারদনা, ইরোল ঙাঙলগনা চাওখৎতবগী মওংদা হেক লৌরদনা, নঙ... মতুংদা তৌরক্লবদি য়াররোইকো।

ঝাতেম্বা : ইপানা হায়বদা অদুম য়ারসিবু, অমুক হন্না তৌররোই হায়বা, ঐসু হৈননবা অদুম তম্মগে।

ইবোহল : অদুদি, চৎলুখিগে ঐ অমুক থুনা হল্লক্কনি। ইমৌ অমদি থুনা থীনবা তৌসি, ইমুংসি মী লৈতেকো। চাক ঈশিংদু খর থোংজিল্লম্মু।

*(ইবোহল চৎগ্রে ঝাতেমবদি মথন্তা ঝাখল খলহৌই।)*

ঝাতেম্বা : ঙসিগী ঐখোয় ইপানা হায়রম্মিবসি লোলগী শীজিন্নফম তম্বীরম্বা, শা ঙাদনা লাবা অমোম হায়বা অদুগা চৎলমদাইদা ইমৌ অমদি পাম্মীহে, চাক ঈশিং থোংনবা হায়রম্বদুনদি ....

মীদনা নুপা নুপী হায়গদবা। অস!... ঐখোয় ইপাগী কোকসিদি লৈহে, মচা ঐগী পূক্লিং য়েংঙিবজাৎনি। অস, খূবাকসিদি নাইহে, লৌশিং খূত্তাকপীগদি ফজে, মসিমক্লা ওজা ইবোহল হায়না মমিং চৎপজাৎনিকো।

*(ঙাঙ ঙাঙদুনা মখজাইদো নাল্লি, তাল্লক্তুদা রাধিকাসু কৌ- কৌদুনা চঙঙকই।)*

রাদিকা : ব্রাতেম্বা, হো ব্রাতেম্বা ....

ব্রাতেম্বা : করি য়াব্রা পাম্মী? চীঙ্গোই নপাউ তম্মুহে, পাইম পূক্লিং থুপচানগনুহে।

বাধিকা : এ: অসিদি ঐদি করি হায়গদৌবা? তল্লিহে অদুম হায়নক ঙাঙলক্কনু, অদুদি হৈসু হৈতে ঐদি ...

ব্রাতেম্বা : রাধিকা, নঙদি লায়রদনা ঐ ফাওবা হৈতেহে। হৌজিক্লে, ঐখোয় ইপানা লোল তম্বিবদা ঐনা নোকশিল্লুরে। মদুদা পীরম্বা খূবাক্তুবু 'শেৎ', ঐসে 'স্বাই'! সোরারেলদা শৎ য়ৌই, ফন লাউনা চোংথরক্লগা উন্নরিসিনি ঐখোয় অনী।

রাধিকা : অদো ব্রাতেম্বা নহোয় বাবাসে স্কুলদা, লাইরিক হৈতবা ছাত্রদা য়াম্না ফুগল্লেবা। অদুম হায়না মচাদসু অদুম ফুগল্লদি ঐদি য়াম্না কিজৈবু।

ব্রাতেম্বা : উম চুম্মী, নঙোন্দসু ফুদৌবা অমা য়াওরে, ঐখোয় ইপাগী মীহুন্দুদা। ঐঙোন্দা অমা থাখ্রেদনা, নঙগীনা ওইদা থাহল্লো। ঐগীনা য়েত্তা থাখ্রে। 'ইপা' হায়য়ুকো থাহল্লোই হায়রদি। অদুগনে ইপানদি য়ারবনি, য়ূম পাল্লো হায়রম্মবনি।

রাধিকা : হায়গেনা ইপাবু ইপা হায়বনি, অদো ঐখোয় অনীবু য়ূম পানবা য়ারে হায়রম্বরো? ঐদি য়াম্না নুংঙাইরে ব্রাতেম্বা। ঐসে ঐখোয় ইমুংননে বামোন অমদা পীননবা তৌবগী ব্রানি, মমিংননে দয়াআনন্দ কৌই।

*(মমিংদু তাবদা ৱাতেম্বা হায়কেৎ খল্লি- )*

ৱাতেম্বা : দয়াআনন্দ, দয়াআনন্দ .... অদুদি ঐখোয় ইচেগী মনাওনুপানিনে, এঃ নখোয় বামোন মশেন্নিনহে, ঐগীদি করিমত্তা খল্লুনু, ঐনা ইথন্ত চাক থোংওগা ইপাবু থাকইসে সুম হায়না সুম থাকচরগে।

রাধিকা : কৈনো, ঐনা পাখৎতুনা হায়রগা নওনা অদুক লায়না ঙাঙঙিদু কৈগীনো? ঐদিনে বামোন নুপাসে সুকপাম পামদে হায়বা। ঐগী লাইবকসে নখোয়দ লৈয়ু হায়বা অদুম তম্মজাৎনি। মরী মতানে হায়রসু ঐদি পামদে, মনাওনুপাদুদা লৈদৌ শরুক মৌপ্পানুপা অশেংবদা অদুম লৈজরগেবা।

ৱাতেম্বা : হোয়নে ঐসু অদুম লৌরগেবা রাধিকা। অদো, কদাইদবু চৎলগা চেল্লুদৌরিবনো? নওনা ঐখোয়দা নখোওনা থোওনা লাক্লবনিনা ঐখোয় ইমুংদা অদুম চেনশিল্লসে। ঐখোয় ইপানা নুপী অমা পুশিল্লো হায়দনা ওর্দর অমা থোক্লম্মবনি। অসঃ ঙাইখোদা শাউনিংবা অমা লৈরে, নওনা য়াল্লকইবা ফিদুদি শাউরগা থৌরি য়াল্লুগে খন্না য়ানশিল্লকপা মাল্লি। ফিবুম ফাবা ফি লৈজদ্রো, অদুগীদুবু চুনি হায়দুরো?

রাধিকা : *(নোক্লগা)* হৈমা, ৱাতেম্বা, নওসিমা নোক্লিংবা ৱা য়াম্না ঙাংঙিবো। ঐদি চেল্লনি খঙদুনা লাকপসু নত্তনা, লৈশাবীনি হায়দুনা কেরাগা ফজরে খন্দুনা লাকচরিনি। চেল্লসি হায়রগনা নোয় ইচেগী ফি মতেক্কা লৈহৌদ্রো? অমা পুথোরকও, অদুগা কোক্কা থোক কুপশিল্লনি অদুদগী অদুম চেল্লে মৌ ওইরেদনা।

ৱাতেম্বা : অশেংবরো?

রাধিকা : অশেংবা।

ৱাতেম্বা : অশেংবা।

রাধিকা : শেংলবনে।

ৱাতেম্বা : বাহ! *(ঈশৈ শকই)*

*ঈশৈ-*

ৱাতেম্বা : ফজবনা হেল্লি শকহেনবী
উনিংবনা ঙাওহল্লি থম্মোয়সে

রাধিকা : পাম্মুবা নুংশিবা লাপথোকখিনুকো
ননাক্তা লেঙদনা লৈজগেকো॥

ৱাতেম্বা : নুংশি মীশুম লাইৱা পুৱী
নঙগী ময়ায়সে ওম্থোক্লসু কল্লিদা

রাধিকা : মীৎখৎ হৈবা শকহেনবা
নুংশি নতাৎ তৌরক্কনু॥

ৱাতেম্বা : ৱাখল পূক্লিং ঙাওহল্লগা
ইনাক্তগী লাপকে খল্লগনু
হুং.... হুং.... হুং....

রাধিকা : হো... হো...

পূন্না : পূন্সি পম্বুং য়ৌমিন্নসি,
লাংওন মপোক খঙমিন্নসি
শিংঙেল মপোক্তা পোক্লসু
হৈরাংগুম্না পানমীন্নসি নঙ ঐ

*(ইবোহল তাল্লক্কুদা প্রপ প্রপ হেক চঙলকই )*

ইবোহল : হাই, টেপপু অদুক লাউনা থাব হৌনব্রনে? *(ইবোহলগী খোঞ্জেল তাবদা মখোয় অনীদো খঙপ্রেক খঙখি। রাধিকাদি খঙবোই করিবোই মকোক্তু শং খুম্মগা, ইবোহলদা খুরুম্মি।)*

রাধিকা : ইপা নমৌনা খুরুমজরি, ঐনে ইখোঙনা থোংনা লাকচরবা, ইপাগী থৌগল ফংজরগে হায়না। ৱাতেম্বগী ঐখোয় অনীসুম খল্ল খল্লগা, তান্ন- তান্নরগা অদুম য়ৌশিল্লক্লবা!

ইবোহল : *(ঙক্লা)* কেনোনহে, হাই, চুল্লিবরনে সিবু ? ইচানুপা নঙবুনিনহে, নরোল থোকউনহে। নুপীনা চেনবরা, নুপানা চেনবরা হায়য়ুনে, খুন্মু হায়রদি খুন্মুদনা ?

ৱাতেম্বা : কোয়নববুদি কুইরে, নুংশিনবসু শাংঙে, চেনববুদি মথন্তনা চেল্লকপনি, মাগী বামোন নুপা অমনা ফাবিদৌরে হায়দুনা। মীনা ফাদৌ শরূকপুদি ঐনা অদুম ফাজিল্লবা ইপা। অমোমনি ঐনা পুরকইবা।

রাধিকা : চুম্মে, মরিক চুম্মে, নুংশিনবদগী চেল্লকপা, ইপাগী সেবা মতম কুইনা তৌজগে, ইপানা লৌশিনবিয়ুকো ঐখোয় অনীমক। *(অনীমক্লা পূন্না মপাদা খুরুম্বা)* ইপা ঐসে অমোমনি।

ইবোহল : করি ! অমসু অমোম, অমসু অমোম! নহোইবু ঙানুরো। হাই, হাই, হৌগৎলো হৌগৎলো, নখোয় অনীমক হৌগৎলো নুপীমচা নঙদি কনাগী ইমুংনো ?

রাধিকা : অধিকারিময়ূম গোপাল নরায়ন শর্ম্মগী মচা, অদো ঐদি বামোন নুপা পামদে, মৈতৈ নুপা পামজে হায়দনা অদুম লাকচরিবা।

ৱাতেম্বা : ইপা, রাধিকাসে য়াম্না ফবনে, বামোন ওইরসু মবূক য়াম্না চম্বনে, অদুম য়াবনি, ফেকো রাধিকা।

ইবোহল : ফরে, ফরে লাকঅবনিনা কমদৌনি, লাকপনে লাকঅবনিনা, মীগী ময়ূমদা কৈদৌবগী লৈরুনি। হয়েংনে ফাদোক ফাজিনকা তৌবা য়ারোইকো। য়ূমসিগী মায়সে নুপীমচা নঙনা ঙাক্কদনিকো।

রাধিকা : ইপা, ইরায় লায়না ঙাক্কনিয়ে, ঐদিনে লু..সু লুহোংবিররোইদবনে, অদুম ইম্বোরকঅদৌবদুবু।

ইবোহল : হৈশ, নুংঙাইরিয়ে ঐগী মপোকসে, ইচানুপীনা বামোন্দা ময়ূম পানবা, ইচানুপানা বামোন নুপীমচা অমা পুরক্লবা, ইবোহল ঐসে ফি শেম্বা লোইরোইদৌরি, নুংঙাইরেদা। *(অনীমক নুংঙাইনা য়েংনৈ)*

ব্রাতেম্বা : ঐখোয় ইপাসি য়াম্না ফত্রো?

রাধিকা : ফৈ।

ব্রাতেম্বা : অদুদি চঙলসে ইমুংদা।

রাধিকা : পুশিনবিরো নুংশিবা।

ব্রাতেম্বা : লাকওদনা সনা ইবেম্মা।

*( নোকমিন্নরগা মখুৎ পায়নদুনা চঙখি)*

-- ( )--

তাং ২৪/১২/২০১১

মঙাং মতম ৯:৩৮- ১০:৪৭

## ১০ শুবা উৎপা

*(নিত্যাই, হরাউনা ইমুংদগী নোকখি নোকখি ঙাও- ঙাওদুনা থোরকই , লৈম্না্সু তপ্না ইন্নরকই ।)*

নিত্যাই : হী হী, তাইবঙপানবসে কৈনোমনি, য়ূম হেক পান্দ্রিঙৈনা মচাদ মচানি, 'ইবুংঙো' হায়না কৌরকপসিদা, নুংশিপ্রবোইদকো মচা ঐখোয়সে হায়না হেক খল্লুই । য়ূম পাল্লবা তুংদদি ইথৈ অমা তোর্ব্বান অমা! য়ূম পাল্লুবা ঐসে, ইমাখোই- পাবুংখোই কৌবকাসে ইকায়ব'মা য়াওরিপোৎনি।

লৈম্না : তা- নিত্যাই ইকায়বা হৈরিবদো খোঙথাং খূদিংগী চৈঙাকনি। খঙদেদা ইকায়বগী লক্ষ্মীসু অমনি, ঐসিবুনে ইমুংসিদা মৌ ওইনা লৈবদা মতিক চাই হায়গদবসে ঐদি ঙক্ষরোই ঐদি মতিক চাদ্রেদা।

নিত্যাই : কান্নদেদা লৈম্না নঙ ব্রাখল খনমল্লে । ঙসি ফাওবসিদা পুক্সিগী য়ুম্বানবগী নুংঙাইবগী মীনোক অমত্তা নহাক্লা নোক্লিনে। নোকহনবা ঙমদ্রিবা ঐসিসু মতিক চাদ্রিবনিনে ।

লৈম্না : মীগী মচা অমা ওইরক্লিববু করিগী মতিক চাদনি ? ঐদি হঞ্জিন হঞ্জিন্না ফোঙদোকচখিবনি। ঐদি মৈতৈ নিঙোলনি ব্রাহ্মণগী ইমুংদা মৌ ওইবদা মতিক চারোইকো হায়দুনা ।

নিত্যাই : নও ভাব করিমত্ত তাদ্রবরা ? নওদি লাইরিক- লাইশু হৈরবিনি, অহানবদা খঙঙমদবসু য়াই, অনীশুবদসু খঙদ্রবসু ফরে । অদুবু নুমিৎ মশীংসি ফনা য়াম্না য়ামশিল্লক্লবনিনা খঙফম থোকই । ব্রাহ্মণগী ইমুংগা মৈতৈগী ইমুংগা করি খেন্নে, ইমাগা পাবুংগনা নুংতিগী লাইনিংথৌ মৈরা লাংঙিবসিদি । মচিন্দবু শ্রীরাধা গোবিন্দ, শ্রীকৃষ্ণ হায়না শোঞ্জবগী ব্রাখক্তনি ।

লৈম্না : মান্নে, মীওইবা খুদিংমক চপমান্নে, অদুবু ধর্ম্মা অমগী ঈচেলগী ঈরৈসিদি অচেনবা ঈশিং ঈচাওগী চেন্থরকপা লাইজগুম মহূ পান্দে। অতুংবা লাইজদি মহু পাল্লি। অদুগুম্না থম্মোয় মনুংদগী হায়দোরকপা ব্রাহৈনা মৈরি ওইদুনা মৈচাক্লে। ধর্ম্ম লাইনিং অসে কৈদৌনুংদা পূনশিনবা যাদৌবা লৈতেদা ।

নিত্যাই : মহু ফন কনসনু, ময়া ফন থৌবসু ওইসনু, শীজিন্নফম্না লৈত্রবা, হকচাং পাঙ্গল অসিনা শোঞ্জিল্লক্লবা মতম, ধর্ম্মগী গৌরিয়াবু কনানা চৎপা ঙমগদৌরিবনো ? ইমাগা পাবুংগনা তৌরিবসিদি খুনুনা মথোংদা চাউবনিনে লৈম্না, নও ভাব য়াম্না তাদে ।

লৈম্না : হয়েংগী মতম ঙাইবদা মিকুপসিদা ফংলিবা মৈচাকসিদি ইতোমতনি। যূমগী মৌ অমা ওইরগা ইকু- ইনেমগী সেবা তৌবা ফংদবা, ইথন্ত খল্লুবা মীকুপ্ত ঐসিবু য়ূম অমগী মৌ ওইরিবরা? ইয়ূমসিদা ঐনা ইখোঙনা লেপ্লিবসিবু ঐসিবু ইকায় খঙদ্রবরা ? উরিবা ঐগী মীৎসিবু পাংবা য়াদে হায়দুনা ফীমুনা কুপশিল্লগা থম্বগুম.... । *(মখা তাবা ঙমদে)*

নিত্যাই : ফীমুবু হাইদোকপা ঙম্বা নমাঙদা ঐ লেপ্লিবসিদি । কান্নদে পাবুংগা ইমাগসে উকাই তকপগুম্না তকথৎসি, নখুত্ত হামদুনা চাথোকউ, শোকপা য়াদে হায়বদুমা শুকশোক শোকউনু, হয়েং ব্রারক্লবা তুংদা শোয়দনা হায়জরক্কনি ।

লৈম্না : তা- নিত্যাই, ঐদি ফরগে হায়দুনা য়ূমদগী লাকপনিকো। লৈশাবী অমনা য়ূম্নাক অমদা মৌ ওইরগা করি চৎকদগে হায়বসে ঐ খঙডি । ঐবু ফত্তে হায়রকপদি য়ারোইকো, হীংনা হীংনা ঐ শিবা পামদে। *(তাল্লকুদা রাশেশ্বোরী প্রপ প্রপ চঙলকই, ঙাঙনরিবদু হাইফেৎ তারগা তাপ ওকই ।)*

রাশেশ্বোরী : হো ইবেম্মা, নপুরোইবদা করি লাইরাবু কাম্মিনো ? করি স্লোগপু থিজিল্লিনো নুপাশিদবু ? নত্তেনে, ইমুংসিদা মৌ ওইবনেনা ওইরবনিনা ঐজ্ঞাসু খরা মহায়য়ুদনা, তা- নিত্যাই, তা- নিত্যাই ! নুংঙাইদৌরি ইমুংসিদা, শ্রী কৃষ্ণ ইবুংঙো, নুংঙাইদৌরিহে ।

নিত্যাই : লৈম্না, নঙ ইমাদগী পাউতাক খরা তাহৌ, ইমানা তম্বীবা হরি নামগদো খরা ফাহৌরোকো, ঐ থবক চৎলুখিগে । *(চৎখি)*

রাশেশ্বোরী : ফৈ ফৈ ইয়াগী ইবুংঙো নুংশিবা ! নমা ঐঙোন্দনে ইমৌসে শিন্নরম্লবনিননে ইখূৎ চানবা লাকপা হৌরগেদো । *( মমৌদা)* হো ইবেম্মা, ইমুংসে ব্রাহ্মণ শাগৈনে শাগৈ। *(খৎনবা হৌরকই, লৈম্নাসু তুমিন্না লৈথোক্তে শৎ খুম্মকই)*

লৈম্না : ব্রাহ্মণ শাগৈনেনা কৈদৌ হায়রিবনো ? ঐসে বামোন নুপাসিদনে য়ূম পাল্লক্লবা, হো বামোন নুপাসিননে ঐবুনে লৌবিরিবা ।

রাশেশ্বোরী : হী! নঙগুম্বনসু নশোং কাংদুনা কৈদৌদৌরিবা রাশেশ্বোরী ঐঙোন্দবু, নমিৎতুদা খুদোম্বীনা চক লাউনা থিল্লগা নমিত্তু কোখোকউরনহে ।

লৈম্না : রাশেশ্বোরীনা ইমিৎ কোৎলগা লৈম্নানা হীক্কু মাদুনা লৈথোক্কদরো ? রাশেশ্বোরীগী মচানুপা অহন্না লৌবা নমৌনি হায়বদো খঙঙো ঐসে ।

রাশেশ্বোরী : করিগী ইমৌ, চন্দোল উপু অমা থাংদোকপা য়াদবি নঙবু নুপীরনহে? নঙ অমা লৈববুদি হৌদোং অমা লোইবনা ফৈ।।

লৈম্না : চন্দোল উপু থাংদোকপা লাকপা নত্তে, নুপী অমনে হায়বা খঙদ্রিবসে ইদুকেসনগী মঙাল ফংদ্রিবা ওইরিনি। স্কুলিং ফাউন্দেসন কয়া ফজরম্মোই।

রাশেশ্বোরী : ইমাইপেম্মা, ইমাইপেম্মা, হরে হরে ওস্থোক্লসু তৌঙমখ্রেদকো! হো লৈকায় লৈকায় মৈতৈনুপী লাইরিক হৈবীনা ঐঙোন্দা ইংলিস লোনশিল্লকএ । হো মোই ঐজ্ঞা, ননাই নুপীবু অমুক্তা কনবিয়ো, ইকায়খঙদবী মৈতৈ নুপীসিনা ওৎপদগী ননাই ঐদি শলাক শাবে । খঙনি লৈকায় খোমগে।

লৈম্না : হে হে নঙনা লৈকায় খোম্মবদি ঐসু ইপুরোইবদা তাকথোক্কে। হো তা- নিত্যাই, ইনেম ভৈরবিননে মৈরি থোক্তবা মৈথুন্না নম্বিরে।

বাশেশ্বোরী : নঙ নঙ মতোইনরা নঙ হা ! নপুরোইববুসু ঐজ্ঞা কৌ হায়বসু য়াদবা ! নঙনে নশম অদো কোগোক কোক্লা ফোইদৎলুরো, নশম খুদাং য়েৎলগা হায়যুরনহে ।

লৈম্না : ই:ই: ইশমসিবু খুদাং য়েৎলগা হায়গেগা হায়রদনা, নঙনা ইশমসে ফোইরবদি ঐনসু খুনিংসিনা পুকচেপ্ত হেক থিনদৎলগা লোইরেদনা । (*তাল্লকসিদা গৌরশ্যাম হেক চঙঙকই, অনীদুগী মতৌদুদা ঙাইহাক ঙকচানরুরগা মমৌনা অঙাং ওইবনিনা মমৌদা খাম্মকই)*

গৌরশ্যাম : হাই- হাই কৈদৌরগেনে নখোয়বু লাউবগা খোংবগা, লৈকায়সে কুমহৈ ওইনা য়েংনরেনহে। ইমৌ ইবেম্মা, নমাগা করি ব্বারী শান্নরম্লিবনো নমাদো মশোং খরা খরা কাংবনি খরা খরা ফাথৌকো।

রাশেশ্বোরী : (কপশিন্নে) হো মোই ঐজ্ঞা ফাথবদি লায়রদননে, মতোংখে লোইনা চাথোকখ্রবনে, ঈগসে য়াওরিবরা অমুক্ত য়েংবিয়োমি, ঐগ্যা ঐবু ইপামদা থিনবিরো । ঐ ইমুংসিদা লৈবা ঙমজররোইকো।

লৈম্না : ইশ, তন্দমাল্লেনে অসিবু, ঐখোয়দি নুপাদ পাউক তমজদে, হনুথংদবু ! উম, বামোন নুপীসিদি নুপাদা য়াম্না কেশিন্নবা হৈ- জাৎনি ! মশক অসিগা ইকপু ইকায়জৈ । ঐখোয়দি য়াম্না তল্লে য়াম্না তল্লে, অস য়াম্না হৈনজদেদা।

গৌরশ্যাম : আ : আ: হায়রুরনুনে নঙ, নমাদবু, ননেমনিনহে, ইবেম্মা নঙবু, ইকুনা হাম্বদি য়াওদনা। হৌনদেনহে অদুম হায়না হায়বদি, ইবেম্মা নঙনা অঙাংনি খবা ফাথৌদনা।

লৈম্না : ঐজ্ঞা পাবুং, ঐসে ইমা-পাবুংগী সেবা তৌজগে খন্দুনা লাকচখিবনি ঐনা কৈসু তৌরোইয়ে, নমৌননে মিকুপ খব খিত্তং চোইরোল লোনখ্রামাল্লে। পাবুং, নমৌনা চা লোঞ্জরক্কে। *(চঙখি)*

গৌরশ্যাম : চৎলো, চৎলো ইমৌসিদি, নকু- ননেমগী সেবা তৌবা হায়বসিদি শ্রী কৃষ্ণগী কৃপা লেপ্লা ফংগদবনি। ঈশ্বর হায়বসিদি মফম খুদিংদা চপ মান্নেদা । ধর্ম্ম অমগী মচাবু ধর্ম্ম অমনা হন্থনা য়েংবা হায়বসিদি য়াম্না চাওখৎতবগী ব্রানিদা ।

রাশেশ্বোরী : ইমাইপেম্মা ইমাইপেম্মা করিনোনহে মোই ঐজ্ঞা ? চা হায়বসিবু থকপা কয়া য়াম্না ফংদ্রগে, মৈতৈ নিংঙোনগী মখূৎ চাবিদৌরিদুবু ? হন্নুথংদা ঙাওরকঅব্রা হায়মি ? শিরমদাইগাসে নকশিল্লক্লব্রা হায়মি ? ঙসিনে, চাদো হেক থকপদনে ঐজ্ঞা, ঐদিনে খুদোম্বীসিননে নখনাওদা চক থীনজীল্লগা হেক্তা ওৎথোকহনগদবনি । *(লৈম্না চা গ্লাস অমা পুরগা প্রপ প্রপ থোকলক্লগা মকুবোক্তা লানগে তৌই ।)*

লৈস্না : পাবুং চা সিদা লৈজরে

রাশেশ্বোরী : কদাই কদাই চাদো সিদা পীরকউ (*গ্লাস তো তাপ লৌই*)

লৈস্না : অদুক য়াম্না লাউরগদি থকনিংবা লৈরবদি কোক হায়রকউ য়াদ্রা ? অমা শৎ লাউনা পুথোকপিরক্কনিদনা

রাশেশ্বোরী : থকনিংবা, নঙগী চাসিবু থকনিংবা তু :(*জ্রো হৈদোকই*) নঙনা অহল অসিবু হনুথংদা মাংথোকপিগে তৌরিব্রনহে ঙস্মিদকো নঙসে, ওস্থোক্লা ইকায়বসু খঙখিদ্রেকো নঙ নঙনেকো নখাজাইদুদা খুপাকসিনা সেৎ সেৎ থারফাওবা পেল্লরোইকো ঐ ।

গৌরশ্যাম : রাশেশ্বোরী নঙগী ব্রাহৈদো কনমল্লিনহে। নত্তে, ইমৌসিনা মকু ঐগীনে হায়দুনা পুথোকচরকপা চাসিবু নঙনা তাপ হেক লৌরগা হৈদোকপসিবু হৌনরিব্রা হায়বনি । নঙসু ঙস্মিদকো।

লৈস্না : পাবুং, নমৌ করিমত্তা শাউজদে । হৌজিকনে, নমৌ হৌজরক্কে য়েংবিয়ু। হে, হনুবী চাদো হৌজিকমক শিংউ, হৌজিকমক খুনকৎলু, খুনদা তারগদি ঐ তৌরক্কে য়েংউ, খুত্তুমসিননে ননাতোন্দা লৌথগেকো ।

রাশেশ্বোরী : করি, নঙগুম্বনসু ঐঙোন্দা খুত্তুমক শিংঙদনা হনুবীকা হায়জা শারদনা হো মৈতে নুপী অমাংবী অমাংবী, নখূৎ চবীদবদো পেল্লি পেল্লি, ইকায় খঙদবী য়োং মৈতৎপী, খোঙহামপুন মাইতেংকোন হীংচবী, নমায় ইকায় খঙদবদগী য়ুমসিদা লৈরিবনি, ঐ ওইরদি নহান্না ইপামদা চৎচখ্রনি, মায়থাবী মায়থাবী ।

লৈস্না : এ:এ: নবুংঙো অমনা লৌবদগী লৈরিবা, নঙ কল্লকপরো? হ্মার শান্নবী চরোই ক্লাক ! ঈরুজদনা লৈ চিনবী বামোননুপী! হে হে হায়দোরকউরো, ঈরুজদনসু চন্দোন থিনবদো শেংঙিকাসু হায়জা শারিয়ে । নবেম্মা ঐখোয়মুক শেংবদি লৈত্রবনিনে নুপা ফাবী! য়াম্মা হায়নিংঙকইদা, শকতামক্রা য়োংজাও হনুবী হেক মাল্লদনা। মপুরোইবদবু

'ঐঙ্গা ঐঙ্গা' কৌরগা পাউখোন শীবসু ঙম্বী, ফরিনিনে অসি হায়রদি, কৈনো খঙদেমী ।

গৌরশ্যাম : হাইত, কৈনোনহে, ইমুংসিবু ইমুং ওইররোইনহে, ইমৌ ইবেম্মা নহাকসু অঙাংনি খরা মহল্লুদনা, রাশেশ্বোরী নঙসু মনেমনি খল্লুবা । নঙনা নোংমগী অঙাংসিদা মৈ চু চুদুনা তৌরিসিবু করিগীনো? (*মতাংসিদা নিত্যাই প্রপ প্রপ হেক চঙলকই*)

নিত্যাই : পাবুং ঐননে, নমৌনুপীদনে ইমাগী স্লোগসে খরা তমজহৌ। মনেমগী য়াথংদি মমৌনা ইনগদবনি হায়জরম্বনি । পাবুংবু য়েংবা নুংঙাইবীরিব্রা ? মৈতে বামোন অনীসিবু কনানা মাঙই, কনানা শেংই, অনীসিগী বীচার তৌবা ঙমবিরব্রা ?

রাশেশ্বোরী : ইমাগী ইবুংঙো, নঙ অসে শুমহৎ য়াইনা শুমহৎখ্রবোইদকো। নঙ নরোল য়াম্না থোকএদকো। নুপী অসে লাকপদৈনিকো নঙনা তৌরিসে ।

গৌরশ্যাম : হাই হাই নুপামচা, মতম্না শোয়দনা পুরক্কুনা নোংমদি অফবা হায়বদো অদুম লাকচনিদা। অহলগী চীনথক্তা অঙাংনা পংখুম খুম্বা হায়বসে অহলনা নুংঙাইবা থবক নত্তেনে । লালগে লাল্লু চুমগে চুম্মু অঙাংননে অহলগী চীনথক্ত খুমহৈদেকো ।

নিত্যাই : ইমা, ইমানা হৌজিক হায়খিবা নুপী অসে, নুপী অসে হায়বদো ইমাগা পাবুংগনা লৌরুবা নত্তেদো, ঐনা লৌজরুবনি । ঐগী নুপীনিনা ঐনা অদুম পুশিঞ্জখ্রগেকো । (*কোনবিরগা পুশিনখিবা)*

গৌরশ্যাম : নুংঙাইদৌরি, রাশেশ্বোরী নঙনা শিনবা লিলাসে। নচানি নমৌনি তাকপী তম্বীরগা থোকপনি । নঙনা মাংঙি মাংঙি হায়দুনা তৌরিবসে, নঙদনিনে নথ্বায় চাক্কদৌবা, নচাগা নমৌগদি চপ মান্নখ্রেদনা সে ।

রাশেশ্বোরী : হে, হে, রাশেশ্বোরী ঐনা গোপাল নরায়ন শৰ্ম্মদা চৎকনি, মন্ত্রা লৌরুনি, মাইরেলনা তংখায় তাবগুম শেৎ শেত্তোকখ্রগা লোইরে, হরিনামনা অমুক্তং ফু কান্নদা চৎচখ্রনি ।

গৌরশ্যাম : অং..অং.. ঐ থিংঙোইকো থিংঙোই, নঙ চৎলুকো, গোপান নরায়ন শৰ্ম্মদো মমিৎ য়াম্না ঙাওবনি, মাগী তালোইদো কয়ানো য়েংউ। পুশিল্লকউ লাইব্রাদো, নচানুপাসে অদুম ঙাওজনি, মীগী মচাসিদি মপা অমা চাউথোক চাউনা লৈরিবনিনা অদুম পুরগা চৎখিনি।

রাশেশ্বোরী : ঐবু করিনোনে তৌদৌরিসিবু? নতুংদসু তেন, নমাঙদসু লাং, মোই ঐজ্ঞা, মন্ত্র অমতা তাকপিয়োমি। বামোনসিবু মন্ত্রা য়াম্না হৈ হায়দাইনে, নিংথৌগী অচানবা মনাইনে হায়দাই, নিংথৌগী মচীন মনাওমক খাইবোক তাহনবা ঙম্মীকা হায়নবদাইনে ঐজ্ঞা ?

গৌবশ্যাম : সে সে, নঙনা মন্ত্র য়াম্না পাম্মদিনে শোল্লগেকো - কুন্তিগী মচা নুপা শ্রী অর্জুন্না পুরকপা অক্রমন্ত্রনি, নমৌ নুংশিযু, নচাবু নুংশিনা কোল্লগা লৈয়ু, শোল্লবা মতমদা নচাগা নমৌগনা নখোঙ অদো নাম নাম পায়রগা সেবা তৌবক্কনিনহে । নপুরোইবমকনা শোনবা মন্ত্রনি হুং শু- (*তুমিন্না চঙখি*)

রাশেশ্বোরী : মোই ঐজ্ঞা, হো মোই ঐজ্ঞা তশেংনমক্কী মন্ত্রদুবু অর্জুনগী মন্ত্ররো ? ঙসাই হায়বদুবু... উম, ঐননে ইমিৎসিদা লাইরিক হৈহৌদবসে লাল্লবনিনে লাল্লবা ! (*মথন্তা শোল্লগা*) কনা লৈরোই হায়ব্রা... অ... নীংশিংবা থোক্লেনে শে । কান্নদে মোই ঐজ্ঞাদনে, মন্ত্রসে থেম থেমদুনা লৌরগে । (*চঙখি*)

--( )--

১৫।১২।২০১০/য়ুমশকৈশ

মণ্ডাং মতম: ৯.১৫-১০.২৫

# ১১শুবা উৎপা

*(ব্রাতেম্বনা মনাইনুপী রাধিকাদা কৌথোক্লগা ব্রারকপগী মওংদা চৈ)*

ব্রাতেম্বা : মসি নুংশীসে মচিনসিবু শুক্লোই লোইদে। হয়িংখোইগী মপোক্তা পোকপরা খঙদেনে, ঙাঙখ্রগা শুক্লোই লোইশিন্দে। লৈসু লৈখ্রবোইদকো মাগী ব্রারীসে, হাই রাধিকা, লাকওনে নঙবু। *(ঙাঙ-ঙাঙলগা থোক্লকই)*

রাধিকা : অব্রাংলোমগী ইনেবেম্মা তোম্বিসে, মশুশিং অসুক য়াম্না লৈববুনে হন্নফাওবা য়েংবিদেমি। অহল অসিনা ঈশিং শোক্লিবা তুদৌরে, য়েংবা ঙমদদনা ঐনা শোকপীরুরিবনি।

ব্রাতেম্বা : অ: অ: ঙাঙঙো ঙাঙঙো ঐ তারগে। নঙ ঙাঙঙোকো, মখাদি। *(রাধিকাদি করিমত্তা খন্দখে মখা তাই।*

রাধিকা : আ... ইচে পুর্নিমাশিসু মৌপ্পাশিংগী হেক খনবদা ময়ূম মকৈ পানপোৎতে। মচনগা মৌপ্পাগসিনা পীজদেমি, মচা মশু কনাসু লৈপোৎতে, অমখকশিদং থাকপসিবু থাকশিং পোত্তেনে। ফৎসু ফৎখিদ্রেদা হৌজিক্কান নুপীশিংসে। ময়ূম হেক পাল্লকপদগী ইমুংগসে শেগাক শেগাইবজাৎনি।

ব্রাতেম্বা : উম, মখাদি কনাগী অমুক ব্রাৎলি রাধিকা?

রাধিকা : অদুবুরো, অমননে, মখারোমগী ইপু নোংয়াইসে, মচাশিংদিনে শৌগ্রি য়ুংদৌ য়ুংঙি অদুগা অহল অসিনা লৈপাক তৌদুনা লৈবসিবু চা গ্লাস অমত্তদি লোল্লগা পীথকউদনা, মদুসু তৌদবা, খঙদে খঙদে হৌজিকসে মতম অমনিকো., ঐখোয়দদি য়াওবিদবা ...।

ব্রাতেম্বা : *(খূবাক্লা রাধিকাগী মনঙ্গন্দা শেং লাউনা থারগা)* নঙবু লৈকায়সিগী হেল্লররো? চিনখ্রেনে নঙগী থবকসে উখ্রেনে নঙগী নমিৎসে। মীব্রা তাননবা থবক, ইপানা য়াবা থবক্লো অদুবু, হা, ইপানা য়াবা থবক্লো? মৌনা লৈকায় কোইরিসিবু, য়ূমসিবু অহল-লমন পান্দবরো হায়বা?

রাধিকা : করির্গীনো তা ব্রাতেম্বা! মীগী মতেং পাংবা হায়বসিদি ঙম্মীখৈ পাংগদবনি। ঐনা মতেং পাঙবিরুবদি মীব্রা তানবসু নত্তনা। চখোক্কনু হায়রগা চখোক্তুগা লোইরবদুবু মখূৎসে হেক্ত য়াওরকত্রমি।

ব্রাতেম্বা : য়াওদদি, ইমুংসিগী মী কয়া য়াম্মী, নঙ খঙঙি নৎত্রো? ঙাংখিবসিনা ঙাংখিবসিনা, কাক্লা হান্না খোংদ্রিঙৈ, উচেক্লা য়াকাইদ্রিঙৈ নঙনা হান্না ঙাংবা হৌরকঅবনি। নঙদি হনু-হম্বিমক্তি নত্তেদনা।

*(তাল্লক্তুদা ইবোহল হেক চঙলকই)*

ইবোহল : হাই, করি তৌনরে? ইচানুপা নঙনা কন্না কন্না ঙাংবা তাইনে। ইমৌনুপী নঙনা তপ্না তপ্না খূম্বা তাইনহে, নখোয় অনীবু খৎনদে- চৈনব্রনহে?

রাধিকা : ইকুবোক খৎনদে। নমৌননে ইনেতোম্বিনে, ইচে পুর্নিমাসিনে, ইপু নোংয়াইনে মখোয়গী মতৌ য়েংবা ঙমদদনা তেংবাংবিরুবা, অদুদা ইপুরোইবনা শাউরিবা।

ৱাতেম্বা : *(কিজনা)* ইপানা চৈনি হায়দুনা তৌবনিদা, য়াম্না শাউবা নত্তে, খজিক্তুংনিদা।

ইবোহল : ইমৌসিদি মীগী মতেং পাংবা হায়বসিদি পাংগদবনি। তৌবতবু মীৱা তাগদবা মফমদদি পাংঙোইদবনি। ঙসিগীদি করি করি এনশাং থোংদৌরি? ইমৌইবেম্মা, ঙাইখোনহে ইকু ৱা অমা হংগেনে। নঙবু য়ূমদা নোংফাদোক চৎনিংদ্রনে?

রাধিকা : ইকুবোক নমৌদি চৎচনিংদেদা, চৎলুরগা ইখূৎকাসে চাবিদৌ নত্তে। মখোয়না লুহোংৱিবসু নত্তবসিবু, চৎলোই।

ৱাতেম্বা : চৎনিংদ্রগদি, নহান নমা লাকপদা করিগী লোন্না ৱারী শান্নরি? ইপা, মানে মখোয় ইমুংগা ৱারী অদুম ফাওনবনি।

ইবোহল : ফাওনসনুনে ইচানুপা, মমানি মপানি-মচানি, ঙাইহাক শাউনরবসু কায়নবা য়াপোত্তেনে। নোংমত্তং ওইরবসু নীংশিংলক্কনি। য়েংঙোই নখোয়নি শাউননুকো, তপ্ন-তপ্না ৱা ঙাংনৌ। ঐনে কৈথেল ফাওবদং অনৌ-অপেন খজিক্ত লৈরুখিগে। *(থোকখি)*

ৱাতেম্বা : রাধিকা, নখোয় ব্রাহ্মণ শাগেনা মৈতৈবু মাংঙি হায়রিবসিবু মোইবু করি করি লাই নীংগে? মাংঙি হায়রিবসিনা কদায় ফাওবা মাংঙি। শেংঙি হায়রিবসিনা কদায় ফাওবা শেংঙিবনো? অহল লমন্না তাকপীবদো খঙব্রা হায়বা?

রাধিকা : ঐসু খঙদেদা, ঐখোয়গী ইমুংদসু লাইনিংথৌ অদুম লাৎলি। ঐখোয়গী অঙাংশিংসু য়ু থকপসু, শা চাবসু অদুম য়াওই। বামোন চাকথোংবসু য়ু থকই, করিদা শেংঙিনো ঐসু ভাব তাদে।

ৱাতেম্বা : ঐসু খঙবা ঙমদ্রিবনিনে করিদা শেংঙিনো? করিদা মাঙঙিনো? বামোন হায়বসিদি শান্তিদাস গোসাইনা মণিপুরদা রামান্দি ধর্ম্ম পুশিল্লকখিবা মতমদুদা থোরকপনি। বৈষ্ণব

ধৰ্মসিনা ভাগ্যাচন্দ্ৰ মহারাজনা পুশিল্লকখিবনি অদুগা কাইনদগী থৈবোং পাম্বী য়াল্লুবগা নিরুপোন তৌদুনা গোবিন্দবু লাৎখিবনি হায়না ঐখোয়গী ইতিহাসত ইদুনা লৈরি।

রাধিকা : খণ্ডদ্ৰবা নৎত্ৰো, মান্নরবা নৎত্ৰো? ঐসু খণ্ডদে হায়বা, মখোয় মশেল অদুম শেংজরসনু। শেম্বাং কাকথুম্না অনানবা শুমাংবু চাশিল্লকপগুম অশেংবা মখোয়দো অদুম চাশিনজরক্লনি।

ৱাতেম্বা : হোইদহে, নাপীবু লোইবা নাইবরো? ফনমক য়াম্না শুমাঙনা নাল্লবসু নাপী মচেৎ অমত্তং হৌহনসি হায়নরিবনি। থিওরিদি হৈহে, প্ৰাক্তিকেল হৈতবগী ৱানিনে ইবেম্মা রাধিকা নঙসু?

*(তাল্লক্লুদা দয়াআনন্দনা কৌর- কৌরগা চঙলকই)*

দয়াআনন্দ : ইবাই, ইচে কনা কনা লৈগে?

ৱাতেম্বা : ইশেন্নুপা দয়াআনন্দ, লাওনহে ঐখোয় লোইনা লৈয়ে।

রাধিকা : ইবুংঙো দয়াআনন্দ, লাকও, চঙলকও, ইনম্মবু কৈদৌরগে?

দয়াআনন্দ : ইচে, ইবাই ঐখোয় ইতৈমনা মঙ নুংঙাইতে চৎলুচো হায়দুনা লাকইবনি। মামবু কৈদৌগে, নাব-য়েকপগা য়াওবরো?

ৱাতেম্বা : ইপাদি করিসু তৌদে, হৌজিক্তা কৈথেল চৎখিয়ে। ইচেদি করিসু তৌদবরা? নাব- য়েকপা য়াওদেকো।

রাধিকা : ইবুংঙো, ঐখোয় বামোনগী হৌনবি খূৎ-চাই-চাদে-’দো তৌবিরিবরা হৌজিকসু।

দয়াআনন্দ : ঐখোয় পাবুংনদি য়ারবনি, ঐখোয় ইমাসিননে হূইথৌ ওল্লগা ইতৈমদা অমুক অমুক চিক্তৌগী তৌই। মশুনুপা অমা হেক ফংবদনে মখূৎ চানি হায়।

ৱাতেম্বা : ইশেন, নহাক্তি ঐখোয়দা ঙসি চাক চাখ্রসি, নচেবু থোংহনগে মৈতৈগী খূৎ চাই হায়বদো নঙগী ৱাখলদদি করি লৈগে?

দয়াআনন্দ : ইবাই ঐদি করিমত্তা লৈতেদা, মোইগী মাঙবা শেংবগী তৌনরিবা মতৌদুদা তৌফম খঙদদুনা খূন্দা হেক হেক চঙঙগা য়ুগাসে খর খরা থকঅপোৎনিদা।

রাধিকা : এ: ইবুংঙো মাঙবা শেংবগী ব্বাদি নত্তে। য়ুদি থক্কনু, নশাদনি শোক্কদবা। নঙবু নয়ূম নকৈ পান্নবা ইমাহোয়না করিমত্তা শিনবিদবরো? নয়ূম নকৈ লেপ্পবদি নহাকসু ভাব অমা তাগদবনিদো।

দয়াআনন্দ : ঐখোয় ইমানা বামোন নুপীদা হায়দুনা লৈ। বামোননুপী অফবখৈনা মৈতৈ নুপাদা লোয়না ময়ূম পানখ্রে। খরা অমনা হাওদা পানখি, ময়াংদা খরা পানখি, পাঙন্দা খরা পানখি। ইমানা পুশিল্লকই্বা বামোন নুপীদুদি পোলিও কাপহৌদবা মানবা ঙাক্ত। অদুদদি ঐসু ইমিৎ অমা পাল্লিবনিনা, ফজে ফজদে খঙিবনিনা, ঐদি য়ূমক অমত্তা পাঞ্জরোই হায়দুনা হৌজিকফাওবা পান্দ্রিসিনি।

ব্বাতেম্বা : য়েংঙোই ইশেন, নহাক্তি ইমাগী য়াথং ইল্লু, পাবুংগী য়াথং ঙাকউ, ঐখোয় ইবাইনা ঙাকহৌদ্রবসু। হয়েং শোল্লগা নারগা কনানা সেবা চঙগনি।

দয়াআনন্দ : সেবাগী ব্বারীদি ইমাগা পাবুংগনা শোল্লগবু ঐখোয় ইতৈমনা তৌদনা কনানা তৌদৌবিনোদা? তামো হায়র সেবা হৈতবনি, তামোদ নত্তে, ঐসু হৈতে।

রাধিকা : ইবুংঙো দয়াআনন্দ, নখোয়সু বামোন ওইরগা বামোন নুপীদো থীরদি পামদেকো। ঐসু ধর্ম্মনা ধর্ম্মগী থোকপা, গৌরিয়া খঙঙবনি হায়বা বামোন্নুপাশিংদো দাইরিয়া তৌবা মানবা ঙাক্ত! ইমাননে অমখক য়েংনহন্দোইনি হায়দুননে লাকএবা। ইস, মশক্তো, উবদা খংখিদননে নহোই নবাইদনে ফন হেক চোংঙকপা।

ৱাতেম্বা : চোংবুদি চোংঙকএবু পূক্লিংসিদদি ওম্ভোক্লা নুংঙাইখিদ্রেদা। শক থীবা-ফজবা, ইনাকখুনবা-খুন্দবগী ৱা নত্তনা ইমুং মনুং চঙনদবা-ইম্থোক্লবসিনা থবক অমত্তং থোক্লকপদা ওম্ভোক্লা নুংঙাইখিদ্রে। লাইনিং মান্ন-মান্নবা মশেল লৌনবনা ফবরা খল্লিদা!

দয়াআনন্দ : ইবাই ফত্তে, ধর্ম্ম মান্নবা মশেল ঙাক্ত লৌনবা ফত্তে, বামোন ঙাক্ত তাবা লমসু নত্তবসিবু, মৈতৈগা বামোনগা লৌন-লৈনরগা মৈতৈগী ৱারী বামোন্না খঙ, বামোনগী ৱারী মৈতৈনা খঙনবা মসিনা ইন্টিগ্রিটিগী চাউরবা লংলানি।

বাধিকা : ইবুংঙোনা হায়রিসিনা মচুম্মে। অহল লমন হায়বসিদি হয়েং শিশ্লগা লোইরদবনি। ধর্ম্মগী ৱাফমদি, ইবুংঙো দয়াআনন্দ করিমত্তা খল্লুনু। মপাম্থোংগী ধর্ম্মসিদি থম্মোয় শেংঙগা লোইরে।

ৱাতেম্বা : করিনোনহে রাধিকা অঙাংদুদা নঙনা ইনশিল্লিদুবো? ইনেবেম্মগা মামোগগীসু খর মখল্লু। ইবুংঙো, নবাইনা হায়রিসে লৌকো। অহল লমনগী য়াথং ইল্লু।

দয়াআনন্দ : ইচে, ইবাই, অ... ইচে রাধিকাগী ইমান্নবীগী ইনাওনুপীগা ময়ূম পান্দ্রিবা লৈবরো ? বামোননুপীদি ঐ সুকপাম পামদেবা, ঐনা বামোন ওইজরসু। হয়েং ঐনা বামোন্নুপী লৌরে হায়না খল্লো, ঐখোয় ইতৈমা নুংশিশ্লবসিগা খৎনরো, বামোন্নুপীদুনা ইতৈমবু মৈতৈনি হায়দুনা হস্থনা য়েংবিরো। অস! অদো ঐদি য়েংবা শুকঙম ঙমজরোই। ঐদি মৈতৈ নুপী ওইনা অদুম লৌজগে।

বাধিকা : ইবুংঙো দয়াআনন্দনবু পাল্লবদি নচে ঐ লৈরিসিদি। ইপ্পাগী তালোই থীববু কৈদৌবগী ফংলোইদৌরিবনো? ঐননে শোয়দনা থিরক্কে।

ৱাতেম্বা : রাধিকা, মীৱা তাননবা থবক তৌনুকো। চঙঙো ইমুংদা, চাক ঈশিংদো লোইশিল্লুরো, ইপাসু হল্লক্লনি ঙসিদি ইশেনগা চাক চামিন্নরগে।

দয়াআনন্দ : ঙসিদি ইবাই নুংঙাইহে। ইচে, ঐদি য়াম্না নুংঙাইরেবো। ঐখোয় পাবুংসুনে য়াম্না ফবনে, ইমাসুনে ফদি ফবনে। অ ... নোংমদি ফরক্কনিদা।

রাধিকা : হোইদা, লাইনা তম্বনি খল্লুরনুদা। ইপ্পানা চানিংবা এনশাং অমত্তংদি হায়য়ুদনা নচে থোংবিগে।

দয়াআনন্দ : ইচে, মৈতৈ এনশাং অমত্তা থোংবিয়ুবা, মণিপুরগী এনশাং অমত্তং চাগে।

ৱাতেম্বা : করিনোনে ইশেন মৈতৈ এনশাং মণিপুরগী এনশাং হায়রিসিব করিনা মশক তাক্লে ?

দয়াআনন্দ : ইবাই, নশেন্না তাকচগে, উত্তি, কাংশোই। মসে মণিপুরগী এনশাংনে। উত্তি চগেম্না চউম্বা- কা হাযদনা মৈতৈ পাউরৌদা হায়নরিদুদি ? মদুবু কৌই মৈতৈ এনশাং। বামোন এনশা কৌববু লৈবরো ?

রাধিকা : নুংঙাইহে দয়াআনন্দ, ইপ্পাদি ৱা মচং ঙাক্তা ঙাঙঙিহে। অদুদি ইচে চাক থোংঙুরগেকো, হাউবা হাউতবদি ইপ্পাগী চিন্দোন লৈতোন্দা লৈরেহে। *(চঙখি)*

দয়াআনন্দ : ইবাই, ইবাইখোইদি ইংখোল য়াম্না চাউবনিনা, আ...দা থারিবা এনশাং নাপীশিংসে ফজখ্রেদা পুখ্রিদদি ঙা কয়াম্না থাদগে?

ৱাতেম্বা : হন্দক ঙাদি ইয়াম য়াম্না থাদদ্রে, ইংখোলসু নচেগা ঐগনা কোইবনিনা ... ইকোই কোইদেদা, মীসু ইরৈ লৈতবনিনা। লাকও লাকও, য়েংঙুসি লাকও। *(চঙখি।)*

-- ( )--

২৫।১২।২০১০/য়ুমশকৈশ

মঙাং মতম: ১১.৫০-১২.৪০

# ১২শুবা উৎপা

*(গৌরশ্যাম শর্মা য়াম্না হরাউনা- নুংঙাইনা ইমুংদগী ঙাং- ঙাংদুনা থোরকই)*

গৌরশ্যাম : শ্রীরাধা গোবিন্দগী কৃপাশিদি শঙ-শঙনা হেক্ত ফংঙিকো ইমৌনগনে ইনৌ- নৌনা 'পাবুং'- কৌরকপসিদিনে ইচাদগী হেন্না নুংশিরকপা য়াউবজাৎনি। মমা ইবেম্মা রাশেশ্বোরীদি মমৌ নুংশিবগসে খঙলমদৌ মান্দে। নুমিৎচুপ্পগী থাউ অশাবা হৈজিনবগা চপ মান্নদনা জৌ- জা প্রীক প্রীক হেক শৌদনা লৈখ্রে। তুতু থোক্লকএ থোক্লকএ, শৌবা হৌরক্লনি। *(তাল্লভুন্দা রাশেশ্বোরী শাউ- শাউনা চঙলকই )*

রাশেশ্বোরী : হো পেল্লে পেল্লে নুংঙাইরে শ্রীকৃষ্ণ ইবুংঙো, নমিৎ তাংঙবোইদকো। কনামত্তা ইতেং পাংবিনবা হেক লৈতবা ঐসে। চাক থোংঙে ঐ, ঈশিং শোকএ ঐ। নুমিৎকি খোঙচত্তিনে দিজল ওতোদগী হেন্না য়াংনা হেক্ত চঙশিল্লকপা।

গৌরশ্যাম : নুংঙাইখ্রেদা, নুংঙাইখ্রেদকো গৌরশ্যাম ঐগী মপোকসে, শিরনি হায়বসে পাম্মুরকইদকো, শিবসিবু খরগা য়ৈথোকপা য়ারদি নুংঙাইশ্লনিদকো। ইমৌনা থোংবা ইলিশাগী মহাউসিনগা হাউরিবা। কুইন চারুদ্রগা চারকপসিদদি ওম্থোক্লবু হাউখ্রেদা।

রাশেশ্বোরী : ইশ! ওয়্যেক্লসু হৈনখিদ্রেদা, পূক অসে মথক-মখা ওল্লিদকো, উম!, থুক.. থুক হেক লাউরকইদকো (*হন্দোক্কে তৌই*)। মোই ঐজ্ঞাদি, শাগ চাবিরবোরে। ঐসে তীনমন- লাইমনগা লোইনা তাওখৎলকত্রনে। চৎলোদা নশক্কু তুক্কচৈ, য়েংনিংদে, সোরগদো খ্বাইদা হোঞ্জিল্লকনুকো- আ...খ্বাইদা- আ ...খ্বাইদা মশকসে উবতদা হন্দোক্লিংইনে ঐসে। *(হন্দোকনিং হন্দোকনিং তৌবগী মওংদা মবুক নমথৈ ।)*

গৌরশ্যাম : রাশেশ্বোরী ইবেম্মা, মহাউশিদদি জাতি- বিজাতি ধর্ম্ম খায়দেকো, হেক্ত হাউমনব্রদুনা গৌরশ্যাম ঐনা হৌদোংক চণ্ডলকপসিদি খূৎ য়েৎসিনা শেৎ হেক্ত ফুবনিদনা, হাউইকো ইলিশাসে ।

রাশেশ্বোরী : হনুথংদনে, নপোকথোক- নয়ালাং, চানিং-থকনিংবকাসে খল্লক্লেনে, হো- হনুবো, শিরমদাই মতম নকশিল্লক্কুনা ঙাওরিরো ? ঐবুনে নশক্কো উরগা সুম সুম তুক্কচরকএ- মি। মোই- ঐজ্ঞা খজিক্তং লাপথোকপীখ্রো ।

দয়াআনন্দ : *(চণ্ডলকই)* ইমা, পাবুং ঐখোয় ইমাসিবু মশা ঙমদ্রবো ? হিদাকগুলি নৈরুচোরা ঐবো ? পাবুংনা হাউই হায়রিদো তশেংনা হাউরমগনি । ঐখোয় ইতৈমনা থোংবগী তোংঙানবা মহাউ অমদি লৈবনি। পাবুংনা চাবিরিদুবু ...

গৌরশ্যাম : (*মরক শৎ থৎলগা)* ইবুংঙো তোম্বা হাউইবো, নমাসু নোংমত পীজরবদি মাসুনে মহাউগসে খণ্ডগা ধম্মগী মাংবা শেংবকাদু পুমকায়,পুম্মাং ।

রাশেশ্বোরী : মোই ঐজ্ঞা, খোইদৌসে শুম শুম শাউগৎহল্লিদকো । ঙসিনে, রাশেশ্বোরী ঐননে ইমুংসি হৌরগেদো হাই, লমকেৎপী লমহাইবী, হৌরকফম্মা ষণ খোঙ্গুন্দগী হৌরকপনিনা তীন- কাং ফারগা চারকপগী মতৌদো ইম্রুংসিদদি তৌবা

য়ারোইকো । ঙসিমক নপামদা চৎলু, নঙকশমদো পায়রগা লাক্নুনা ইনগে খঙনি মৈতৈ নুপী, চাওখৎতবী, তুমিৎ খূদাং মচা, বামোন ইমুংদকাসু মৌ ওইনি হায়দনা লাকচ- শারিনে। *(কনাসু খুন্বীরক্তে)*

গৌরশ্যাম : খাইখোনেহে রাশেশ্বোরী নঙ্গু, ঋাগী ঋা চুম্না ঙাংঙুনহে, ভাব তাদবা তৌগনুনে। ফরবসু ফত্রবসু নচানুপানা লৌরিবা ইমৌনি, মীগী মমাঙদা লৈকায় লান্না লাউ-খোংদুনা তৌবা হায়বসে ইমায়দা হামুক তৈশিনবনিনহে।

দয়াআনন্দ : ইমা পাবুংনা হায়রিবসে খরা য়াবিয়ু। ইমানা লাউরিবা খোম্থোক্তুবু, ইতৈমশি মীনিদা ! অতেবা ষন্না ঋাইরক্লবদি শরু ফংঙি হায়বদো নোংমদি শোয়দ্রবনিকো।

রাশেশ্বোরী : করি ? ইমুংদবু ঈলিশা থোংঙি হায়নে, কনানা হৌনবনোমি মদুগী থবক্তুবু, ইমানা পোকপদগী তারকত্রিনে । ইমুংদবু শা থোংঙগা চাবকপ্রনেহে নখোয়বু? লোইরবনে ইমুংসে পুমলোই লোইরবনে, ইমুংতা নত্তেয়ে শাগৈসিসু পুম্মাং মাংলবনে, পুমচেন চেম্থরবনে ।

গৌরশ্যাম : ইবুংঙো তোম্বা য়েংঙুনে নমাসে কয়াদা মফৎ ফুখ্রবনো। য়েংঙু ইবুংঙো, বেঙ্গলগী ইলিশা অমগী মহাউ হায়নরিবনিনে, নত্রনে ইবুংঙো ?

রাশেশ্বোরী : অমুকসু পল্লকএনে *ঐ...বো..*, *(হন্দোকনিংবগী মওং)*, ওক.... পূকসে থুক থুক লাওরকএদকো ঐবুনে । মসিদি ফাজিল্লরোইদা, হন্দোক্লগেদা ঐ *ওক, ওহক (চৈবসু লেপ্তে)* শেংদোকহনগেকো নখোয় ঙসিদি । *(মবূক নম নমদুনা লৈবা)*

দয়াআনন্দ : হোইদ, হন্দোরকও হন্দোরকও ইমা, শেংবগী ঋাদি শেংদোকপিগে । ইমাগী সেবা নচা ঐনা তৌদনা কনানবু তৌদৌরিনো ? নারবদি ইতৈমনা অদুম সেবা তৌজনি।

রাশেশ্বোরী : করি ! মখূৎ চাদবী মানা ঐগী সেবা তৌদৌরিবা ? ঐনে শুক্না নারোইকো, নাগদৌ শরুকপুদি তূম্মিংদা লৌশিনবিরম্বা । ইবুংঙো তোম্বা সে য়েংঙু ঐসিবু নাবরা, নারোইকো ঐ। সেবা তৌগদৌরিবা মীগী শক্তাদো য়েংনিংদে, ঐদিনে শুক্না হেক নারোই ।

গৌরশ্যাম : নাগে নাজসনু ঐখোয়দি, ইচানা ইমৌনা লৈরিক লৈরাক থল্লবসিদা, গৌরশ্যাম ঐগী করি ব্রাৎলুগনি? হনুথংদ মী ফত্তবা হায়বসিদি তুংদা কনাসু লৈরোইকো । হাউইদকো ইবুংঙো তোম্বা, নতৈমগী ইলিশাগী মহাউসে ।

রাশেশ্বোরী : মসিদা পল্লকঅনু হায়বসে য়াদ্রবনিনে, হৈনদে হায়রমক্তদা শুম শুম পল্লক্লবদি চিখাকতো ফোইহৈদেবা লৈপোত্তেকো। মসিদদি, হেক্ত ফোইদংলগেদা খঙনি ঙসিদি (*চিখাক্তো ফোইগদবগী লাম্মকই, গৌরশ্যামসু লংনবোই করিবোই ফন হেক চোংগি ।)*

গৌরশ্যাম : ইবুংঙো তোম্বা, য়েংঙুনহে নমাসে অসুক অহল ওইরবা ঐঙোন্দা চিত্রহার তৌশিল্লকইসে। য়েংঙু য়েংঙুনহে তোম্বা। *(ফংদি ফংহন্দনা সুম লংনৈ। রাশেশ্বোরীদি কপ্পি থোক্লম্মি। )*

দয়াআনন্দ : হো, ইমা, ইমা নঙগী মীহুন্দো মপান থোক্লক্কনু হায়বনি। ইলিশা অমগী মহাউ হায়দুনা বি:এ, এম: এ তম্লবগী লাইরিক্ত য়াওরিবনিনে। ইলিশা হায়বদি শা নত্তে ঙানে ঙা। (*মচাগী ব্রাদো তাবদা রাশেশ্বোরী খংলেপ লেপ্পী)*

রাশেশ্বোরী : (*ইকায়রপ)* হা করি কনানা খঙগনি অদুদি, শা পনবদা পংশাউদা হেক শাউনিংঙুরে ঐদি । মাসু ঙা ওইরবদি শা য়াওদবা মমিং অমা পনগে হায়দে ।

গৌরশ্যাম : রাশেশ্বোরী ইবেম্মা নঙনা পংবসে পংঙিদকো। ঐসু লক্লগে য়াওনা লক্লবনি ঙসাইদগী। ইমুং-মনুং মহি লাঙহনবসে ঐখোয় নুপানা নত্তেদো, নখোয় নুপীনদা মওইরে ভাব তাওকো ।

দয়াআনন্দ : ইমা, পাবুংনা হায়রিবসে চুম্মিবনিনে। ইমানা অসুক অহল ওইখ্রবসিদা কুম্বী কালেন খায়দনা নোংমগী লেপ্তনা চাক থোংঙিবা, নখৃত্ত হামদুনা চাগদবা মতমসিদা। সোরারেলদা কৈনো তৌরগা ইমায়দা তাই হায়বদো ইমা নঙোন্দা অদুম থোক্লদবনি।

রাশেশ্বোরী : তাগে তাসনু, বাগে বাজসনু ইপাঙ্গলনা ঙম্মিখৈ হোৎননি । হয়েং শিবা কান্দা জয় কৃষ্ণ লোইরে।

গৌরশ্যাম : এ : এ : হয়েং শোল্লবকান্দা কনা লৈদোইবা নঙগীদি ? নচানুপা অতোম্বসে ফংঙে ময়ূম-মকৈ পাল্লো হায়বসু পান্দে। চা কপ অমফাওবা নপাঙ্গল থাংদোক্তনা থকপা ফংদবী, নপাপসে ওম্থোক্ল চেন্ন পোক্লকখ্রবোইদকো নঙগী মপোক নোংদমসে ।

রাশেশ্বোরী : থক্কনি ইখূৎনা লোল্লগা থকপসিদি হাউখ্রেদা! তুশোন মানশোনবা মীনদবু মীগী মতেং লৌবগী বানি। ঐদি মীতেং শুকলৌ হেক লৌরোই ঐনা হেক হীংঙিখৈ ।

দয়াআনন্দ : লৌরুনু লৌরুনু, হোৎনৌ ঙম্মীবমখৈ হোৎনৌ, পোকঙমদনা পোকপা মীওইপোক্লি । শিদ্রিফাওবা হেক লাক্লবা হায়দুনি । নত্রা পাবুং, ইমা কো ।

রাশেশ্বোরী : ইমুংসিদনে ঐগী মী অমত্তা লৈতেয়ে, ইমাগী ইবুংঙো তোম্বা নঙ নয়ূম-নকৈ পান্নবা তৌরসিনে ইমানা হায়বা য়াওকো ।

গৌরশ্যাম : ইবুংঙো তোম্বা, নমানা হায়বসিদংদি নঙনা ইন্নবা তৌকো । নমাগী নীংবদি থুংহল্লুকো নহাক্লা ।

দয়াআনন্দ : পাবুং ঐ, ইমানা হায়বা শুকইন ইনবা ঙল্লোই। ধর্ম্ম তীন্নে হায়দুনবু শোরাৎ ননগদৌবা নুপীদো ঐনা কৈদৌবগী লৌদৌরিনো ? হনু- হনা ঙাক্তা পুশিল্লক্লগা ঐনা করম হায়না লৌদৌরিনো ? ঐবু নৌনা পাম্ব্রা ওইহনগে হায়বিরিরো ? শকওই ফিভমনেনা মোইবুং লোংথোকপা ঙাক্তা । ঐসু হীংবনে হীংলবদি ঐগী নুপী কাদো মশক মতৌ ফজবা পাম্মিদনা ।

রাশেশ্বোরী : ফজবা থীবা হায়বসিদি নুংশিনবগী মখা পোল্লিনহে। লৈমিন্নরগা নুংশিনবগা অদুম ফজরকপনিনহে। নখোয়গী পাবুংসিবু কয়াম ফজবগে ঐনা লৈরকইসিবু ? ক্বা তিন চঙবা হেক মানবসিদা লৈরকইসিনিনহে ।

গৌরশ্যাম : (*খৌদেম্বা*) অহ অহম, য়েংঙুনেসে ফজবা থীবা নুপা হায়বসিগী মগুণসে কন্দ্রা ? ফজরবনেনা নাতোনচাবি ওইনা শাৎলম্বদগী ঐনা পুশিল্লক্কুনা গৌরশ্যাম ঐগী ইতুংদা লৈ অমা ওইনা থারিসিননে য়েংঙু ।

দয়াআনন্দ : পাবুং ইমাদনে অমুক হৌবিরুরনু, ইমাননে তেম্পরসি খজিক্তং নেমথরিঙৈসিদা ভাব অমুক্ত তাহনসে মি ।

রাশেশ্বোরী : হরে নতোন চাবিকাসু প্রমাণ তৌজশারিনে । ইস, ইগুণ লৈবকসু হায়জশারিয়ে। শক্তানেনা থরোই- নিংখাবী অপুন্বা হেক মাল্লদনা ! নখোয় ওইনা ভাব তাহৌরো ঐদি চঙঙে । (*চঙখিবা*)

দয়াআনন্দ : ঐখোয় ইমাসিবু করম্বা মতমদা, করম হায়না ভাব তারক্কদোইনো ? ইমানা ভাব তাদ্রবদি ইমুংসিদি অদুম মহি লাংদুনা লৈরনি । হুম, পাবুং ইমাগী থবক্তা মতেং পাংশিল্লগনে, ইমাগা ভাব তানবা ব্বারী খরা লীরুদ্রবদি য়াররোই, পাবুং, ঐ চঙঙগে।

গৌরশ্যাম : চঙঙো চঙঙো ঐসু লাক্লগে, নুপীনা জ্ঞান তাদবসে ইমুং মহি অদুম লাংঙনিসে। নুপীনা ইমুং কায়হনবা ঙম্ববজাৎনিকো। রাশেশ্বোরীবু ভাব তাহনবগী মপুং ওইবা থৌদাংসে ঐগীনিসে, ভাব তাহন্দবদি য়াদে। ধর্ম্মসিনা অনী হেক থোক্লিবমখৈদি পূনশিনবসে খরা ৰাদৌবা মানশ্লেদা। *(ঙাঙল- ঙাঙলগা চঙখিবা)*

--( )--

তাং ২৭/১২/২০১১

চঙবা মতম ১:১৫

# ১৩ শুবা উৎপা

*(লৈম্না মপুরোইবগী য়াথংদা মনেমবোক্ক অৱাই- অখুম পংতৌ তৌনরবসু তশেংনমক্কী ওইনদি মহাক্কী থম্মোয়দা অচুম্ববু পামজবা, মনেম- মকুগী সেবা য়াম্না ফংজনিংবি য়ূমগী মৌনি। অদুবু মনেমনা মংগি হায়না ইম্বোকপীদুনা থম্মোয় লাইমন ওইদুনা নুংতিগী লাইওইবদা থৌনিজবনা মাগী মখৌ ওইজরি।)*

লৈম্না :

*লাইখুরুম্বগী ঈশৈ*

তোল্লবী তাইবঙগী অৱাবা
খঙবিনবা কনা লৈজদে
মঙালতগী মশক ওইরিবা
থৌজালতদি পীবিয়ু ননাইদা।।

লাইবক্তা য়েকপরা নীংঙমদবগী মৈচাক
নোংদম্বা মপুগী থৌদোক থৌশিল্লা
অৱাবা খাংলগা নুংঙাইবা তম্বীরিবরা
ওইহনবীয়ু মল্লবা থাশিসে থানিল

পুম্সিসে নোংম- নোংমা হৌজিল্লক্লে
তারমদাই নুমিৎকী খোঙচৎ- চৈশিংদা
অৱাবা মৈচাক থম্মোয়গী লামৈনা
ইদোম তরক খাংজেনে অৱাবা।।

হে থৌজালগী মপু
উবিয়ু  নচাগী নীংঙমদবা
ঙাইজবা নুমিৎতো পীনবিয়ু
পুনেমজরি নচা ঐনা॥

*( খুরুম্বা লোইরগা হৌগৎলকপদা মকোক খংঙাও ঙাওরক্নুনা তুগে তৌরকই । তাঞ্জাদুদা নিত্যাই হেক চঙঙকপা মপা চানদুনা লৈম্নুনা তুথরকপদো তাপ ওকই ।)*

নিত্যাই : (*পাখৎনা)* লৈম্না কৈদৌরে ? করিগী কপ্লিবনো ? নঙ ব্রাখল য়াম্না হেনমল্লে । কান্নদবদা অরেম্বদা পংখন্দা খল্লে, ঐনা শেলগা থোক্তবসিদা নঙ নপূক্লিং নুংশিরবরো ?

লৈম্না : অদুগী নত্তেদা, শেল থোকপা- থোক্তবদি ঐদি করিসু খন্দেদা, ঐগী নীংবা থুংদবসু লৈতে । নুমিৎ অমখক্তো, অদুনি ঐনা ঙাইরিবা কৈদৌঙে লাক্কদগে হায়না !

নিত্যাই : লাক্কনি, শোয়দনা লাক্কনি, নঙগী পূক্লিংনা নীংজরিবা থম্মোয়না খৌরাংঙিবদো, ঙাইবদা কল্লু কপকনু, খাংবা কল্লুকো লৈম্না ।

লৈম্না : মীওইবা অমগী পুন্সিদা খঙনা খঙনা অসুক চাউবা ইকায়বা! মসিমুক পেন্দবা লৈরম্লরোই তাইবঙ- পানবসিদা। তানিত্যাই, করিগী ঐবু লৌবিরিবনো? ঐ মৈতে নুপীনি মৈতৈগী খূৎ বামোন্না চাদে ঐ খঙঙি। মসি থোক্লক্তনবা তানিত্যাইদা হায়খিদবদি নত্তেকো ।

নিত্যাই :বামোন-মৈতৈগী চৎনবী ! মাংবা- শেংবা ! পল অসে নঙ ঐগী নুংশিনবনা নমখাইগদবনি । নঙ ভাব তাদে, নুংশিবা হায়বসে ধর্ম্ম অমগী ঈচেন্দা তীনবা য়াদে হায়বা ইন্দিয়ান কন্সটিট্যুসনগী লোদা য়াওবা থেংনরবরা নহাক?

লৈস্না : অদু ওইরসু তা- নিত্যাই, মৈচাক অমদি ইথক্ত মৈফম ওইদুনা লৈরেদো। মুখৎপীনবদি কনাসু লৈতে, নোংমগী চাকপদি লোইনাইদ্রি। অকন- অকনবা ব্রাহ্মেশিংনা নুংতিগী নাপ্পদা শিংজা য়েরি নখূৎ চাবিদবী, মৈতৈ নুপী অমাংবী ঐবু করম্না খাংদুনা লৈবা ঙমগদগেনে তা- নিত্যাই? ঐনে অমুক অমুক খন্নকই ঐবু য়ুমদা চৎলসিরা ? ইনেম- ইকুগী সেবাদি ফংজগে খন্না লাকখিবনি, ইনেম্নদি ঐবু লৌখৎপিদরে ।

তানিত্যাই : তানিংদে তানিংদে, নঙবু ভাব করিমত্তা তাদ্রবরা? নঙনা অসুক কুইনা য়ুমসিদা লৈরকপদা বামোনগী চৎনবীাসিগা মৈতৈগী চৎনবীসিগা করিদা খেন্নগে ? নঙনা মদু লৌশিনবা ঙমদ্রিবসিনা করিগীনো? নঙদি ঐনা লৌবনি, ঐগা লৈমীন্নগনি, ইমাগা পাবুংগা লৈমিন্নগদৌবসু নত্তে। নঙনা হায়দোরক্লিবা ব্রাহ্মেশিংসিনদি ঐগী করিমত্তা খন্দবা মাল্লি ।

লৈস্না : খন্দবদি নত্তে, খনবদুনবু কনখ্রবা মৈচাকশিংসে খাঙদুনা লৈরিবনি। ঐ ইনেম- ইকুগী সেবা তৌনিংই। ঐগীদমক্ত ইপুরোইবনা চাউথোক চাউনা লেপ্পীরবসু, ইনেমগী থম্মোয়বু পেলহনবা ঙমদ্রবি, অহল ওইরবা ইকুবোকপু হরাউনা সেবা তৌবা ঙমদ্রবি ঐসিবু য়ুমসিদা মৌ ওইনা লৈরুবগী করিবু কান্নদৌরিবনো? মসিগী মৈচাকসিনি খাঙঙমদ্রিবসে, ঐ খাঙবদা য়াম্না ব্রারেদা। *(বাশেশ্বোরী থোরক্লগা ঙাংনরিবদো লুম্মগা তাই, তাহৌরিবনা ঐ খাংবা য়াম্না ব্রারেদা হায়বা ব্রাহ্মেসিখক্তনি। হেক তাবগা ফন চোংশিল্লক্লুনা খৎনবা হৌরকই ।)*

বাশেশ্বোরী : হী: তৌ ঙমখ্রেদকো ইবেম্মা, ইমাইপেম্মা নঙসে ঙকইদকো, করিসু খঙজদ্রবা তীনগুল্লবা ঐগী ইচাসিদা চিরোলগা তৌদুনা কপশিন্নরিনে। ইমাগী ইবুংঙো ! নিত্যাই নঙ মাঙঙেদো, নুপীসি লৌরুবদগীনে নঙ পুম্মাঙ মাঙঙেদকো । চিরোলগী

লীপুনসিদগী নহাকপু নাছোকপা ঙম্মরোইদ্রনহে। ফৈ-ফৈ নথন্তনা নাছোকপা ঙমদ্রগদি কিশিগী থৌরিদো ঐনা পং থাদংকনি, থদংকে য়েংঙুকো। (*হায়রগা মমৌনুপীগী মশমদু তাপ ফোই*।)

লৈম্না : হৈমা ইশমকাসু ফোইরকইনে, থাদোকও- থাদোকও- মি, থাদোক্তবা তারগদিনে ঐগীসু মীহুন অরাংবা লৈকো। অহ্ দা খূৎ হল্লে হায়রক্কনি থাদোকও। মসিদা থাদোক্তবা তারগদি চিন্না ঙাংনরগনা চিন্না খুমগনি, খূৎ য়াওনরক্লবদি ঐগীসু খূৎ য়াওরক্কনি। শমসে ফোইরক্কনুকো, ৱাগী ৱা ঙাংনবসিদা য়াদ্রবনিনা বামোন নুপীগী মীহুন্দা নত্তেকো, মৈতৈ নুপী ঐগীসু মীহুন লৈ, নঙনা ফোইবদি য়ারগা ঐনা ফোইবদি করিগী য়ারোই। (*হায়রগা মনেমগী মশমদো লামফোই ফোইরকই*)

নিত্যাই : এ : এ : কুমহৈ অমনিনে মসিসু, ফোইনৌ ফোইনৌ, খাম্বা য়াদবা ঐদি মরক্তা লৈবা তাবনি। ইমানা ঙম্বসু ফুরো নমৌনি, মমৌনা ঙম্বসু হোৎনরো। ঐরা উপাই লৈতে, ইমাগী মীচং চংঙে ঐগী নুপী নুংশি, ঐগী নুপীগী মীচং চংঙে ইমাবুসু নুংশি। ঐদিনে কনামত্তগী মীচং চংঙোই, অঙম অঙম্বা হোৎনরো হোৎনরো। (*হায়রগা নাকন্দা থৈদোক্তুনা লৈ*)

রাশেশ্বোরী : হে হে মনেম ঐঙোন্দগা ফুইনে, মখূৎক হল্লিনে, ইশমকা ফোইরদনা কয়াদা তৌ ঙমখ্রবনোনহো হে, হীংচাবী, নঙ ঐ... সে বামোননুপীনি হায়বা কাউরব্রো ? নখূৎতো কেন তারেনে, নঙনে দোষনা দোষি ওইবা তারেনে।

লৈম্না : নঙনা হায়রিবখৈ ঐসু খুমনি। হে... বামোন নুপী, শুনুকোক চফূ মানবী, হো নঙগীসিবু য়াম্না চাউজনিংঙিরো..., বামোন্নুপীনিকা হায়জরিদো। নবেম্মা ঐখোয়দিনে...

লৈমনিনহে লৈম.... হো ইবেম্মা, নঙ খঙদ্রমাল্লেনে, লৈপাকসে মৈতৈ লৈপাক হায়বনে, বামোন লৈপাক হায়দবনে। নখূৎতো মৈতৈ নুপী ঐগী ইশমককা ফোইরিদো উৎ ওন্দুনা তাঙ্গোই তাজনি। *(হেনজিন্নখিবগী নিত্যাই তুমিন্না লৈথোকপা য়ারক্কদুনা মনি মমৌ অনীমক্তা চৈরকই)*

নিত্যাই : লৈস্না নঙসু ইমানি খরা মহল্লু, করিদনো ইমুংসিনা ইংগদৌরিসিবু ? ইমা, ইমাসু হেনমনখ্রেদা, ফরবসু ফত্রবসু নচানুপানা লৌবা নমৌনি। লৈস্না নঙসু ননেমনি তোকওমি কৈদৌরগে? কনাদনো ঐনা খামদৌরিসিবু? ঙসিনে য়েংঙুকো, ঐনা খাম্বদ য়ারক্ক্রদিনে ঐ তৌরকঅগে, ঐ তৌরকংাগে। *(খংলাউ লাউই, লাউবদুদা মনি- মমৌ অনীদু খংপ্রেক খংনা থাদোক্লে।)*

রাশেশ্বোরী : হরে, নুপীসিদদি ফুগে হায়দ্রগা মমা ঐঙোন্দা ৱারকচবা শারিনে। ইমাগী ইবুংঙো ওহ নঙসে ফানয়াই-পুন্নয়াইনা পুমশুম শুমখ্রবোইদকো। নঙগী নুপীসিনা নমা ঐবু ফুরবফাওবা নুপীসিদা নখূৎ থাবা ঙমদ্রবনেবা। ইবুংঙো অচৌবা নঙননে নমা ঐবু শুকনুং নুংশিদ্রবোইদকো। হুম, ইচা লান্দে, ইচাগীদমক্তা মমা ঐ লৈ, ইচা মাঙবা য়ারোই। হে অফাওবী, মীখৎ নাখৎ হৈবী, নঙগী মীশুম লাইৱাদা ইচাসে পুমকুপ কুপখ্রেনে, পুমপং পংথখ্রেনে।

লৈস্না : হো অপাম- নুংশি কাদগদি খূৎ থিংজিনবিরকঅনো, নরমচৎতো ফজরগদি ইমাবু মশক খঙগদবা। ইমানা পোকচরবসুনে নচানুপাসে ঐগী ওইজরবা ঐগী নুপানে, মৈতৈ নুপী ঐঙোন্দনে পৎ তৎখৈ নুংশিজরিএ। হৌজিক্তি ইপু- ইনাই অনীদিনে থৱায়গা হকচাংগনে। হো হূদো কামগে হায়রগননে ঐজ্ঞা পাবুংদা ওইনা কাম্বিরুরো... ইবেম্মা।

নিত্যাই : মসি য়ৌশিল্লক্কবদি ঐদি শ্বাইদগী নত্ত্রে, ঐনে করিমত্তা খঙদ্রে। অমনা দোষনা দোষি ওনগেসু ওলহৌরো । অমনা উৎনা তাঙ্গোই ওনগেসু ওলহৌরো। ঐরা লৈকাইদা ওইনা চেনখ্রগে, হো খঙদ্রে খঙদ্রে, উদ্রে করিমত্তা। হাই লৈস্না, ঐনা হায়বদো কাউগনুকো ঐদি চৎলেহে, নোই নোই থোকপা, নোই নোই থোকপা চৎলে চৎলে। *(চেনখি)*

রাশেশ্বোরী : হৈমা, ইমাগী ইবুংঙো, নমা ঐগী মীচংগা সংদেনহে, মাগী নুপীবুদি কৌরম্মগা মমা ঐবুদি কৌরমদে...বা। ঐদি মাঙজরে ইচাসে পুমঙাও ঙাওরগা চেনখ্রেনহে। হাই নিত্যাই, অচৌবা নঙ চৎখিবা য়ারোইকো..., চৎখিনু..., চৎখিনুনহে..., নঙ ঙসিদি ঝা লোইথোক্ল রদবনি, ঙসিদগীনে নঙ তোংঙান্নচারোকো। ফৈ ফৈ ইমুংসে মশুং- মশুং থোক্লা থুগাইগে, খঙনি, লৈবা ঙম্রা য়েংগে হায়বা।

লৈস্না : হো তা- নিত্যাই, নোক্লিংদ্রা য়েংঙুনে, নুংতিগী থুগাইদুনা লৈরবা ইমুংসিবু ঙসিদংগা থুগাইবা শারিসে। হো তানিত্যা, ঐদি বামোন ইমুং মশক খঙদেয়ে, নমাগী সেবা তৌগে হায়না লাকপসু নত্তে, ঐনা খঙঙিসে নঙতনি । তা- নিত্যাইনা ঐবু লৌবিরিবা নুপানিনা ঐগী মীচং চংবিয়ু, ইপুরোইবনা ফৈগাক ফৈনা লেপ্পীরবা, তোঙান্না চাবকাসিদিনে লৈস্না ঐঙোন্দদি কেৎ কেৎলে হায়দুনি। নহানমখৈনা হূ চাবা, ঙসিদগীদি হো ইপুরোইবা... চাক চারসে...!, হো... চক্রবিহ্ মনুংদগী নাম্থোরকএ হা..হা..য়ো। করিবু থোকএনা তৌ শারিনো য়ুম পান্দুনা লৈরবসিদা শেঙ্গাওদা ভৈরবিসিনা শনি চঙদনা হেক লৈরদনা।

রাশেশ্বোরী : হে, মৈতে নুপী অমাংবী- অফাওবী, ঐঙোন্দবু শনিক হায়শারদনা, ষণ খোঙ্গুন্দগী হৌরকপী, নরমচৎতুননিনে নখূৎ চাবিদ্রিদো, নমিত্তা নচা উদবদো নুংঙাইরে, নপুনসিগীসু উবা

ফংঙোই। মমা ঐনা ইচা কায়নবগী মৈচাক ফংলিবসে, নঙসু নোংমদি ফংঙুকো। হে, সুর্যদেব ইবুংঙো, অচুম অরান খায়বিরকউকো । হেরা, নচানুপা পোক্লবদি লৌখৎপীসে ব্রহ্ম সভা য়ৌরগা শেংদোকহনগে নখূৎ চাবিগে কা..সু খনবনি নখূৎকা সুকচা চাররোই , নমিত্তা নচা উদবদো পেল্লি... পেল্লি, হো... অৱাথবি ... লাবা...।

লৈস্না : ইশ ! য়াম্না লাউরদনা খৌরাংনা নবেম্মা ঐগী ইখূৎসে ঙাইরিবোরে । হ: হ: নবেম্মা ঐখোয়না চাউবদি নুংতিগী লানশিল্লকইদুনি। অদুগসু নুপা পোক্লগা ইখূৎ চাগে, নুপী পোক্লগনা মাংঙিক হায়জরিয়ে । ইচানুপা পোক্লগনে ইখূৎ চাবিদৌ লৈরদিনে ইচানুপা শুকপোক পোকচররোই, নুপীঙাক্ত তরেংপু পোক্কেনে। নোংমদি ফরক্কনি নোংমদি শোয়দনা সেবা তৌগেকা খল্লম্বনি, হো ইবেম্মা বামোন্নুপী, নপুন্সিদুদা ইখূৎ চাবা ফংগনি...কাদিনে সুকখন খল্লুনু, হো হোংহ্‌ পাম্বী।

রাশেশ্বোরী : হরে, হরে, মাগুম্বনসু রাশেশ্বোরী ঐগী চিন্থক্ত অরংননা খুমশারিনে। নঙনে লেম্না খক থাররোই। ঐনা শিরসু শিসনু, নঙত হাৎলম্লগা ঐসে পেল্লদবনি ঙসিদিনে নঙ ঐগী ইগুণ খঙহনগে ।

লৈস্না : হো, হীংনা হীংনা মীহাৎপী, কুইরেনা নঙদি মী হাৎপা! নঙনা ঐবু হাৎপা ঙমগনিদি খল্লুনু, খূৎকাপ্পীদুম কাপ্পীগেহে । নঙনা ঙম্মগা হাৎলু লাও, ঐনা ঙমমে নঙক অদো পেক থুদেক্কে, নখূৎ- নশাদো পোক- পোক থম্বৌ থেকপগুম থেকতোক্কে। লৈস্না ঐঙোন্দবু হৌজ শারিয়ে, নঙনা ঐবু হাৎকে তৌরগা ঐনা তুমিন্না য়েংদুনা লৈথোক্কদরো ...?

রাশেশ্বোরী : ইমাই পেম্মা ইমাই পেম্মা, গুম্মীদকো গুম্মীদকো, হীংচাবীনিনহে। রাধে রাধে, বিষ্ণু বিষ্ণু, হীংচাবী হং হং নঙ উবদা খুকউ পাইগেসে, মৈতৈ নুপী হং, হং, হং,..(*মখুউ পায়না)*

লৈম্না : বামন নুপী হীংচাবী, নুংশিৎ অপাই-হৈবী, নরেদো খুনিংমুক শাংঙদনা, নঙবু উবদনে চাদৌ থক্কদৌ পূম্বা কিজরে। হীংচাবী নঙবুদি ঐনা ঙম্মবনে, নঙনা চাদ্রিঙৈদ ঐনা হান্না চিকঅবনে খুদোম্বিসে চিক্কে হং হং হং (*মখুদোম্বী থাঙ্গৎলগা চীকই)*

রাশেশ্বোরী : নঙনা ঐবু হীংচাবীনি হায়রবনিনা ফৈ ফৈ, নঙ মতাং মতাংদগী চাবা হৌরগে, নখ্বাং অদো পেক থুদেক্কে খঙনি, চারগেদো, চারগেদো মৈতৈ নুপী মতাং মতাং চারগেদো, হৌরগেদো নখ্বাংদগী। (*ফৎ পাইশিল্লকই)*

লৈম্না : হীংচাবিদি পাংখোক্লানা কম্থবা হৌনৈ, কম্থরগেদো, উখোংশাং মাইকৈদা চৎলো চৎলো, হাওরৈ খানা পাংবা মাইকৈদা হোইথরবনে, বামোন নুপী রাশেশ্বোরী য়াওনা হোইথরবনে ! হো হীংচাবী, হো হীংচাবী, ঙাক্রোগা চারুরনু... শন্দং চাও, চৎলো চৎলো। (*ইনফি মচিন্দো পায়খৎলগা মনেম্মা মনাক্তা চঙশিনগে তৌবা মাইকৈ মাইকৈদা ফদৎ ফদৎ কল্লি। তাল্লক্লুনা ইবোহল হেক চঙলকই, মনিমৌ অনীগী মতৌদুদা ঙক্লা ঙাইহাক্তুং য়েংঙুরগা মচানুপীবু শাউনা চৈরকই)*

ইবোহল : হাই ইবেম্মা করিনো ? করিনোবা ঙসি, নঙনা... নপা ঐগী মীৎমাঙদা উহল্লিবসিবু? নয়ূম পানবনে হায়দুনা পাল্লগা অদুক য়াম্না থকশি- খাশি নাইদবা মতৌদুবু করিনো? নঙ... ঐগী ইচাদো নৎত্রবরো?

*(লৈস্না খংপ্রেক খংন্ডি, তুমিন্না লৈ, মানা ঙসি তৌরিবা মতৌসিদা ইকায়বনা তৌফম খঙদে, মপুরোইবগী য়াথংনা মনেমবু মায়োক্নবনি হায়রসু চৈরনি, খুমদবসু য়ারোই। লাকথোক্তনা লাক্লিবা মপাবু উবদা মপুক্লিংদু খংনুং নুংশিরক্লুনা 'ইপা' হায়না কৌরগা মপাগী নাক্তা চেনশিল্লি।)*

লৈস্না : ইপা, ঐ .. ঐ .. ঐ হায়ফম খঙদ্রে , ঐ হায়ফম খঙদ্রে, ঐবু ঙাকপীয়ু, ঐ লানগ্রে, ঐবু ঙাকপীয়ুকো। ইপা *( মপাদা ঙারগা হিক হিক চিংনা অঙাংগুম্না কপ্লকই। রাশেশ্বোরীদি নোকফেং তৌই)*

রাশেশ্বোরী : নুংঙাইরেদা ইবুংঙো, হূই ঙাওরগা হূইবু থী, যণ ঙাওরগা যণবু থী, ইবুংঙোগী ইচানুপীসে লমফেৎ লমহাইনহে। ইবুংঙোনা ব্বারক ব্বাতেম্বা খরা ব্বাৎলকপ্রা কৈনো ! ওম্থোক্ন সু মতাং চানা হেক লাকইদকো, শ্রীকৃষ্ণমক্কী কৃপানি। উবিহৌরেদনা ! ইবুংঙোগী ইচানুপীনা মনেম ঐঙোন্দা তৌরিবা শব্দদো মসে নুংতিগীনিদো।

ইবোহল : হোই থৌরানি, ঙসিদি ইচাগী ফত্তবা মপা ঐঙোন্দা উহনবিরে। মচা ফত্তবদি মপা ঐনা ব্বারকপা তাবনি *(মথাদা ঙারগা কপচরিবা লৈস্নাবু মরেংজুম পায়দুনা ইম্থোক্লগা মখজাই লেংওন অনীদুদা খূৎপাক্না শেৎ- শেৎ ওন- ওন্দুনা থারগা, শাউনা মখা তারকই)* তৌখিদ্রা, তৌখিদ্র হায়য়ু, অমুক হন্না নঙ ননেম- নকুদা থকশি থৌগায়রোল মশক খঙদবা, শাগৈ চেম্বা থবকসে তৌবা য়ারোইকো, খঙঙব্রা? অমুক হন্না থকশি খাশি কায়গদবা, নচিন ব্বারকপা ঙম্মোইদবা লৈরবদিনে ঙসিমক, হৌজিকমক যূমদা চৎসি। *(কল্লবা ব্বাহৈসিনা লৈস্না মপাগী মখোঙ কোল্লগা হায়জরকই)*

লৈস্না : নত্তে নত্তে ইপা, ঐবু য়ূমদা হনশি তাকপীগনু। ইপানা য়াদবা থবক ঐ অমুক হন্না তৌজরোই, ইপাগী য়াথং হিক্তোকচরোই, শাজে চেম্বুবা থবক, ঐ অমুক হন্না তৌজররোই। ইপা, ইমুংসে নচাগীদি পোলোইগী পম্বুংনিনে, ঐ য়ূমসিগী মৌনি, য়ূমসিদা অসুম লৈজহৌগেকো। ইমা নচা লানখ্রে, ঐগী ঙাকপীফম থোক্ত্রবা ইরালসে অমুক্তা ঙাকপীয়ুনে ইমা *(মনেমদা খুরুম্মী।)*

রাশেশ্বোরী : হো ইবেম্মা, কপশিন লাউশিন্নরগা কান্নগদবা নত্তে, নঙবু ঐনা ঙাকপীবা, হুম রাশেশ্বোরী ঐননে নঙবু ঙাকপীবা শুকঙম ঙম্লরোই। নঙ লাকপদগী নত্রো ইমুং মশুং থোক্লা পাম্লিসে? নঙবুতা ঙাঙনবদা খনাও চরমসে খ্রক খ্রক কংঙেনে, ইকায় খঙদবী নঙত চংচখ্রোনহে?

*(মতমদুদা গৌরশ্যাম চঙলকপদা রাশেশ্বোরীনা ঙাঙবদো তারগা খংশাউ শাউনা চৈরকই)*

গৌরশ্যাম : রাশেশ্বোরী...! কনাদনো ? নঙনা... ঙসি ঙাঙলিবা ব্রাহৈসিবু কনাদনো...? নুপীমচা অসে ঐগী ইমৌনি, ঐগী ইচানুপা অহন্না লৌবা ইমৌ! নঙনা মখূৎ চাদ্রবসু মকু ঐনা চারি। ঐগী ইমৌদিনে নঙনা তাম্বোক্লিংবা মতমদা তাম্বোকপা য়াবা হূই হৌদোংদো নত্তেনে। নুপী নঙনা য়াদ্রবসু মকু ঐনা য়ারি। ইবেম্মা, হৌগৎলু করিগী কপ্লি? কপকনু ঐ লৈরিবসিদি। আ ... নিঙোল পোকপা ইবুংঙো শাউনবা য়াবা নত্তেকো।

লৈস্না : পাবুং শাউবিগনু, ইমাগী মরাল নত্তে, নমৌ ঐনা মৈতে নুপী ওইরুবগী ইরালনি, ইমাবু চৈবিগনু। ঐনা য়ূমসিদা হেক লাকপদগী, নোংমগী খৎন চৈনদবা নুমিৎ য়াওশিল্লক্লে ইমুংসে ঐনা মরম ওইদুনা মশুং থোক্লা কায়রেদো। ঐনা য়ূম অসিদগী ইখোঙ অসে হেক থাংদোকখিবা নুমিৎতা, শোয়দনা

অঙ্গংবা হায়বদো ওইরক্কনি হায়না খঞ্জরে। পাবুং, ইমা, ইম্মুং অসিনবু নুংঙাই- য়াইফনা পানগদবা লৈরিবদি ঐ অমা মাংজবদি মাংজখিসনু। ঐ ঙসিদি ইপাগী মতুং ইনজগ্রগে।

ইবোহল : ইপাগী ইবেম্মা চৎসি ইচাসিদি, মফমসিদা ইচাগী কনা লৈত্রবসু নপা ঐ লৈরি। ইচাবু হূই হৌদোংদৌনা তাল্লগা মপা ঐনা য়েংদুনা লৈগদবা নত্তে। থৌরানি, থৌরানিদি মীনুংশি খরা লৈবিবা ফে, মী মরক্তা লৈরবদি মী ওনবিয়ুকো। ঐজ্ঞা, নুপী অঙাংনা পানবা ওইনা নম্বা ইম্মুংসিদা ইচাবু থনম্বদি থম্নিংদ্রে ঐনা লাকচরিঙৈসিদা ইচাসে ঙসিমক পুজগ্রগে। *(মতাং অসিদা নিত্যাই চঙলকখি, মপা মচাগী ব্রাহৈশিং তারবা তুংদা মপাবুংবু ব্রারৌরকই)*

নিত্যাই : পাবুং কনি থোকএ হৌজিক্তি? ইমা নঙসু পেল্লো। নচাখক্তংবু নুংশিবা মীগী মচাবুদি নুংশিবা খঙদবা। মীগী মচাসে ঐনা লৌরুবনে ইমানা ইঙ্গোক্লবসু ঐগীদি নুপীনে। ইপা ব্রারৌবিগনু লৈস্নাগীদমক ঐ লৈজরি ভারাদা ওইরবসু ঐখোয়নি লৈগনি। পাবুং খঙনা খঙনা উনা উনা করিগী মীৎ উবিদ্রিবনো করিগী না পংশিন্নবিরিবনো? য়ূম অমগী মপু ওইরগা করিগী ব্রায়েনবা ঙমদ্রিবনো? লৈম্না লাও চৎলসি।

*(চৎকে তৌবদা মপানা)*

গৌরশ্যাম : হাই, নুপামচা নিত্যাই নঙগী পাবুং ব্রা হায়গে তাও শাউখিনু। কদাইদা চৎকদৌরিবনো? নয়ূমনিনে মফমসে, নঙবু কনানা তানগেনহে? মতম অমা লাকখিনি হায়দুনা মতমদো ঙাইরিবনিনে। রাশেশ্বোরী, নঙনা মতম কুইনদগী চনবা পাউখোংদো, ঙসিদি ঐ ফোঙলগেকো। মুন্না তাও নঙদি য়াম্না শেংবী বামোন্নুপী হূইথৌনিনা মীরক্তা লৈবা য়াদ্রে, নঙ ঙসিদগী শারং মনুংদা লৈরোকো। নঙদি নপামদা চৎকে হায়রবসু চৎলো, লৈগেসু লৈয়ু অদুগা নঙগী নখূৎতি চাররোই, নঙনা মাংঙে খল্লিবা ইমৌসিদি কোনশেংনি।

নওনা ঙম্মী খল্লিবা ইমৌসিবু নওনা ইম্বোক্লগা, ঐনা ঙম্বা নওবুনা ঐনা ইম্বোকপা, মুন্না খল্লু। ইমৌগী মখূৎতি ঐনা চাগনি, নওগী নখূৎতি ঐনা চাররোইকো।

ইবোহল : ঐজ্ঞাগী ব্বারেপতুনা ঐগী ইচানুপীবু নুংশিবিরি হায়বদি খওজরে অদুবু ঐজ্ঞা, ইচানুপীনা ইমুংসিদা য়ূম হেক পাল্লকপদগী ইমুংসি লময়াই খায়না পানবা হায়বদুদি থোক্লেদো। য়ারগদি ইমুং মনুংদি কায়নবিগনু, ঐগী ইচাদং পুজপ্রগা, ইমুংসিগী মীপুম খুদিংমক্লা নুংশি চান্নবা শান্তি লৈনা পানমিন্নহৌবনা ফগদ্রা খজেদো।

গৌরশ্যাম : আ: ইবুংঙো ইবোহল, ঙাইশেন মশেল অসিদি নচা ইচা লৈমিন্নরিবনিনা খৎনবসু য়াওদবা য়াপোৎ নত্তেদো। ইচা ফত্রে ঐনা ব্বারক্কনি নচা ফত্রে নওনা অদুক ব্বারকপা হৌনশানিদা। ঙাইহাক খৎনবা চৈনবনা তৎনবা কায়নবা য়াপোৎতেদা ইমুং অনীসিদি। ইচাগী মতুং ইল্লগা লাকচখিবা ইমৌনি, ইচাগী মরুম থুপ্পা ইনাক্তা লৈজসনু। নুপী অঙাং খৎনবা, ষণ ব্বাইনবা য়াওরুনুদা ইবুংঙো ইবোহল।

বাশেশ্বোরী : মোই ঐজ্ঞা, তোঙান্না চাবা হায়বদুবু চুম্মব্রো....? কনা কনাদি চাদৌরিবা, হনুথংদা ঐনকা ইপামদা চৎতৌরিবা..? ইস!... মোই ঐজ্ঞানকা ইম্বোকপীরবা ঐসে। তৌবিনু তৌবিনু মোই ঐজ্ঞা, চফূ মচেৎ, চেগাই মচেৎ, ফদি শেগায়বদগী হৌদোকমিন্নরক্ল গা ... ঙসি হেক্ত....
ব্বাহে অমনা কায়নবা য়াপোৎতেদা, তৌবিনু, অমুক্তা খঙ্খবিয়ুকো মোই ঐজ্ঞা।

নিত্যাই : মসি থোক্লনবগীদমক্তা ইমানা শিল্লি নত্রো? লৈশ্নানা ঙসিফাওবদা ইমুংসিগী কায়ননবা করি শিল্লি। মহাক্তি য়ূম অসিগী মৌ অমা ওইনা মনেম মকুগী সেবা তৌজগে খন্না

লাকখিবনি। ইমানা করিগীদমক্তনো লৈস্নাবু অদুক তাথি তাওইনা তৌবিরবা? নচা ঐগী থম্মেয়না নুংঙাইরমগনি খনবিব্রো? লৈস্নানা ইমাগী চিন্থক্তা খুম্বদি ইমাগী ৱাহৈনা কনমনখিদুনা ঐনা খুমহনবনি। লৈস্নাগী মরাল নত্তে।

রাশেশ্বোরী : ই ! লৈস্নাবু ঐনা চিন্থক্তা খুম্মী থকশি- খাশি নাইদে হায়দুনা চৈরিবসিদি নহাক্কী থৌইনশিন ওইরে। ইস! ঐনদি ওম্থোক্লা তাথি- তাওইনা তৌরুরেদকো, নীংঙম্লক্লেদকো ঐদি। *(মথন্ত ইকায়জবা নুংঙাইতবা ফাওরকই)*

ইবোহল : ঐজ্ঞা, ফরে ঐজ্ঞানা য়াবিদ্রবনিনা ইচানুপীবু থমজরম্লগে, ঐজ্ঞানা ফন- ফনবা অঙাংশিংবু ৱারক ৱাতেম্বীরো । নিঙোল পোকপা মপা ওইবা কনানসু মচা নিঙোলনা মপামদা হল্লকপা পাম্লদে, তঙাইফদবগী অদুক তৌনবনি। থৌরানি, ওক্তশিংদা পূম্লমক নচানি নমৌনি খন্না চিকখোন পাউখোনবিয়ু। ইচাসে, য়ুমসিগী মৌ নত্তে হায়বা য়াররোই। ইবেম্মা, নঙ য়ুমসিগী মৌনিকো, নকু ননেমগী সেবা তৌগদবনিকো। ঙসিগী অসিগুম্বা লীচৎসিবু অমুক হন্না উহল্লবা তাহল্লবদি ঐদি নঙগী ননাকসিদা শুক্লাক লাক্লরোই। ঐ শিবদসু নঙনা নপামনি হায়দুনা থোঙ্গুল তাকরপা য়াররোই, ঐগীনি হায়দুনা লৈ মনা অমফাওবা কৎলক্কনু খঙঙব্রা, ঐ চৎলে *(হায়রগা ফিংনা চৎখি।)*

লৈস্না : *(কপ্পগা)* ইপা, অদুক হকপা ইপাগী ৱাহৈদুবু নচাদা করিগী তাকপীরিবনো? ঐবু করি ওইয়ু হায়রিবনো? ঐগী মপোক নোংদমসে ওম্থোক্লা থীনা তম্মমখ্রবোইদকো, পীশক পীক্লিঙৈদগী ইমা লৈতবনিনা, ইপাগী মফমদা অৱা নুংঙাই কয়া পাউদম্লকখিবা নৎত্রনে? পাকথ্রবা তাইবঙপানবসিদা ইপা নত্তনা ঐগী কনা লৈবগে? ঐগী ৱারী লীফম কনাদনো, কনাদনো ঐগী পাউকৎফমসিবো? নিঙোল ওইবী ঐগীদি

অপোকপী ইমানা লৈত্রবদা ইপামদা খোঙদাফম লৈত্রবা মসিবু কৌবরা য়ূমপানবগী নুংঙাইবা, মসিবু কৌবরো নিঙোলগী মপোক?

রাশেশ্বোরী : ইস! পীশক পীক্লিঙেদগী মমা কৌবা ফংলক্রুবা! ঐসু নঙগুম্বী নিঙোল ওইরকখিকো, ইমা কায়নবগী মৈচাক ঐসু ফংলকখি। ওহ ! অসুক মরাইবক থিগ্নবী ইমৌসিবু ঐনা নাথৈবিখ্রবা, কয়াদা ব্রাহনখ্রবা! ইমৌ ইবেম্মা, ইনেম লৈরি লাউনে। ঐসু নুপীনি, নুপীগী মৈচাকতি, নুপীগী অব্রাবদি নুপী ঐনা খঙগদবনিনে। ঐনা খঙঙে মৈচাক্তো...! ঐসু ফংলকএ... ইমা কায়নবগী অব্রাবদো!! ইবেম্মা লাওনে.. ইমৌ নত্তে ইচানিনে। নঙগী কনা লৈতে কনানা হাযবিবনো, নমা ঐ লৈরিবসিদি।

লৈস্না : ইমা, নমৌগী ইরাল ঙাকপীয়ুকো ইমা, ঙাকপীফম থোক্লুবা ইরালখকতনা লংজখ্রবা নমৌ ঐগী ইরালসে, ইমানা ঙাকপীদ্রবদি তাইবঙপানবসিদা কনানা ঐবু ঙাকপীগনি ইমা!... নচাদি পুং- পাং শুদ্রবা, নাম হাঙলবা ইমুংদগী হৌবকপীনি ঐনা ইপুরোইবগী তুং ইল্লকখিবদি, ইমা পাবুংগী সেবা তৌবা ফংজরগনি খন্দুনা ইনজরকপনিনে। মতম কুইনদগী ইমা কৌবা ফংঙক্রুবসু ইনেমদা 'ইমা' কৌবা ফংলনি খন্দুনা হরাউনা য়ূমসিগী মৌ ওইরকখিবনি ইমা, ঐবু ইন্থোকপীগনু, ঐপু ইন্থোকপীগনুকো ইমা। *(মনেমগী মখোঙ কোন্দুনা কপচৈ, রাশেশ্বোরীসু খাংবা ঙম্মক্রে।)*

রাশেশ্বোরী : ইমাগী ইবেম্মা ইচাবু কবিগী ইন্থোক্কদৌরিবনো? করিগী লৌখৎলোইদৌরিবনো? লাওনে, ইথানুংদা নুংশিনা চেজেৎ কোনগেনহে। লৈস্না লাওনে অমুক্ত থম্মোয়সিবু ঈংহল্লুনে *(মমৌবু মথানুংদা নুংশিনা চেজেৎ কোল্লগা কপ্পী, গৌরশ্যামসু মপী তৈথোক্লম্মী)*

গৌরশ্যাম : রাশেশ্বোরী, নঙ ঐগী মরকসিদা জীব মচাসিনা তাংজফম লৈরনি খন্দুনা লাক্লিবসে নঙ ঐগী মপোকসে কয়াদা লাইবক ফখ্রবনো? কনানা শেংদৌরিবা ? কনানা মাংদৌরিবা? বামোন্না কনা, মৈতৈনা কনা? নুংশিবা হায়বসিগী মফমদদি মাংবা শেংবা লৈতে লাইনিংথৌবু নীংমিন্নরিবা, অমত্তা ওইমিন্নরিবা ঐখোয়বু, মীওইবগী ফত্তবা হায়বসিনা ঐখোয় মশেলবু লময়াই খায়না পালহল্লিবনি।

নিত্যাই : পাবুং ঐখোয়গী হিন্দু ধর্ম্মনা তৌরিসে ঐ শুকয়া য়ানিংদে, শেংলবদি ইমুংদগী শেংঙকউদনা, ইমুংদনা চানিংবা- চা, থকনিংবা থক, মপান্দনা শেংবা হেক শারদনা মৈতৈ নিঙোলদো ডোক্টর, ইঞ্জিনিয়ার ওইরবদি হেক্তা মখূৎ চাইনে। মচানুপীদো অচৌ অশাংদা হেক চেনখ্রবদি হেক্তা লুহোংঙি, খিত্তং হন্থ্রগনা মাংঙি হায়দুনা হেক্তা ইন্থোকই।

রাশেশ্বোরী : হাই অচৌবা নঙনা খংপোৎ নত্তে, ধর্ম্মগী কল্লবা ফিবান্দুদি নুংশিনবনা নমদুনা নমথেক্কদবনিনহে। বামোন রাশেশ্বোরী ঐসু ইমৌগী নুংশি থৌরিনা চেৎনা পুনখিবদগী, ঐ মায়থিরেদনা ! অসুক নুংশিখ্রবা ইমৌসিবু নহানমখৈ ঐনা উরমদবসে ঐদি পাপ্পু চেল্লমগনিদা। মোই ঐজ্জা, ইমৌ খনবকাদি নচানুপাসে হৈত্রা? রাশেশ্বোরী ঐগী ইমৌ ওইবদা চোপ্তে, ওন্থোক্লা নুংশিখ্রেদকো ইমৌসে, ওন্থোক্লসু ফজখ্রেদকো, ইচাদগী নৌহৌননা ইমৌগী নুংশিবসিসু মহাউ অমনিনে মোই ঐজ্জা!

লৈম্না : ইমা, পাবুং! নচানা মতম কুইনা ইমা পাবুং অনীগী সেবা তৌবা ফংজগেকো, ইমা পাবুং অনীনা ইখূৎ চাবিরনি খনবদা, ঐদি মপোক অমা পোক্লেদো ওন্থোক্লা নুংঙাইজখ্রেদকো ইমা।

রাশেশ্বোরী : নুংঙাইতদি, ইচানা নুংঙাইতনা কনানবু নুংঙাইগদৌরিবনো?

নুংঙাইয়ু ইচাসিদি ! ধর্ম্ম হায়বদুনা মোই মোই থোকপনি। লাওহে ইমৌসিদি নশম ননাদুবু খোমগৎলগা নুপী শম্ভুন্দুম পুনবিগে। সে সে নকোকসিসুনে হায়ফেতংগা খুমজিল্লু, মসিদা লৈ নাচোমগদু অমত্তং থেৎচল্লবদি ফজখ্রনিদকো ইমৌসে !

গৌরশ্যাম : অহ.. অহম... ইবুংঙোচৌবা, অখাক অরাও লৈত্রেনহে, লাওনে নমাগী মতৌসি য়েংশি লাওনে। থাঙ্গৎপদা আ.... য়ৌখ্রেনেসে. পাক তারক্ল রোই। কোক থাদে, থোক লৌখৎলি। ইবেম্মা রাশেশ্বোরী নঙনা ঙম্বসে ঙমখ্রেদকো হো নুমিৎলৈ।

রাশেশ্বোরী : হরে... মোই ঐজ্ঞা য়োং মৈতৎপো, চিখাক্তু নু থাংবদা ব্বাবু ব্বারিনিনে মোই ঐজ্ঞাদি ! হৌরকঅনুকো ইরাংদো নৎত্রনে ইবেম্মা? হৌজিক্তি ইনেম ইমৌনা থোক তোঙান চাথোকসিরা? মোই মপা মচাসে কনানা চাক থোংবিগনি?

গৌরশ্যাম : হাই, হাই নঙগী হৌবী হৌরকঅবরা ? নুমিৎ কদোমদা তাখ্রে? হৌজিক্তি খৎনবক য়াবজাৎ নত্তেকো, ওম্থোক্লা পেনখ্রেদকো, নুংঙাইখ্রেদকো। ঙসিদি মনি মমৌগী নুংশিনবসিদা ধর্ম্মগী লংতাই হায়না থোল্লগেকো - হা- ?

*(পুন্নমক হরাউনৈ, নুংঙাইবা ম্যুজিক)*

-- ( )--



# হা তাইনিংলকঅবদো

হায়নীংবা হায়হনবিয়ু
ঐগীসু হক পীবিয়ু
লাইনীং ধর্ম্মগী লাইজসিনা
পুমচোৎ চোৎলবা হকচাংসে
করিগী অশাবা ফাওরিবা
অইংবনা কদাইদগী হৌরক্লিবা
কৈদৌঙৈ অরূবা ওইরক্কনি
ঐদি ঈচেলসে শোক্কনি
য়েংলরোই চেন্দুনা কদাইদা
করম্বা মরুমদা থুপতুনা
ধর্ম্মগী লাইশোল ফংলোইদগে
ঙম্লরোই, ফংদবসু য়াররোই
'লাইশোল ধর্ম্ম' অমত্তনি
লোলগী খোঙ্থোক্তি মান্নদরমদ্রে
লাইশোলনা ঐগী অশেংবা
ধর্ম্মনি মীগী মরোল
তাইশিনসি, মান্নসি য়ানদে
নকোক অমা নহাক্কীসু,
ইকোক অমা ঐহাক্কীসু
কোক্তি মায়ে 'কোক'
রাখলদি মান্নদে তোঙাল্লি
খৎনরে লাইশোল অনী
ঐনা খঙই লংতাই
খোইরাংবা পোকপা ঐবু,
চানীংবা অমাখক ফংবদা
ধর্ম্মবু অনী উরিব্রনে
'ঙামোক' লাই শেল খায়দে
'ঈশি' ধর্ম্ম খায়দে
'পৈশা' মাংদে ঐখোয়
'চাক্লা' লংতাই তাইরসি।